# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

## শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলি

অনিশুবা শরুক



অইবা :

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ

# শ্রীহরি সঙ্কীর্তনাবলি

## অনিশুবা শরুক

ইজবা :

**শ্রীময়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ,** ভক্তিবসার্ণব।

প্রদত্ত :—শ্রীগোবিন্দজী ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ॥

ঈশৈ :—ফেলোসিপ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী।

কালাকার :—সত সঙ্গ আকাশবানী, ইম্ফাল॥

লৈফম :— চিংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।

ফংফম :

১। **অফোংবগী ময়ুম**

চিংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

২। **সরস্বতী বুক হাউস**

শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

ফোংজবা :
শ্রীয়ুম্নাম লোকেন্দ্র সিংহ
চিংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই,
ইম্ফাল।

তাং ২৮।৩।৯০ ইং ( মার্চ )

কোপি মশীং—১,০০০

মমল লুপা ২০



---

ছাপা নম্ফম : — এস, আই, প্রিন্টিং ৱার্কস
শিংজমৈ শাপম লৈকাই, ইম্ফাল

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ, সাং শিংজমৈ চিঙামখা মাইস্নাম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈবা ওজা অসিনা ইবা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ-শৈরেং অনিশুবা শরুক অসি পাজবে। ঈশৈ অসি মণিপুরগী ওইনা ইমা লোন্দা ইবনা পাবদা খুংলোইবগা ওইবগা, ইমা ইরেনশিনা তাবদা ভাব তাবা ওইগদবা অমসুং হরি ভক্তিগী মবমদা চসি ফাওবদা ইবা লাইবিক য়াম্না লৈতবগা লোইননা পুক্নিংদা অপেনবা, কপনিবা পোকহল্লি। লোইন-লোইননা অসিগুম্বা হরি ভক্তি লম্বেলদা পামজবা ভুদা হোবক্কদবা অঙাং-নুবী পুম্বগী লমজিং পথাপ পোকহনবা ওইবকপা য়াই। মরম অসিদগী ওজা অসিবু থাগৎচবগা লোইননা তুংদসু হরি ভক্তিগী ঈশৈ শৈরেংগা মবি লৈনবা অঙম্বা খনা ইমা-লোন্দা পুথোকপা ঙম্বা ঈশ্বরনা থৌজালবিবা ওইগনি খঞ্জে।

শ্রীৱাংখেম সনাজাওবা সিংহ

# থাগচ্চবা

ঐখোয়গী ওজানা "শ্রীহবিনাম সঙ্কীর্ত্তন শৈবেং পবেং অনিশুবা শরুক" কৌবা লাইবিক অসি ফো'বিবকপদা থম্মোইদা হবিগী কৃপা ফলে খন্দুনা হবাওবা ফোংদোকচবি। মণিপুবী লোল চাওখৎনবা মীপুম খুদি না মাযকৈ খুদিংমক্তগী হোৎনবক্লবা মতম অসিদা ঐখোয়গী ওজানা য়ায়া হোৎনবিহুনা লাইওইববা মণিপুবগী ঈশৈগী ওজা কযানা থোনবিবস্বা ঈশৈ ময়েক, পুবাণ কযাগী মত, সঙ্গীত গ্রন্থ কযা কযাগী বিধানবু অনুবাদ তৌবীহুনা ফো'বিবকপসি কীর্ত্তন সমাজগী অব্রাৎপা অমা মেনখৎপিবত নত্তনা মণিপুবী সাহিত্যগী লৈকোলদা ভক্তিগী লৈবা' চাব অমা থাব'ববনি। অসিগুম্বা লাইবিক কযা অমস্ত পুথোকপিবক্লবা ওজা ইবুংঙোবু শ্রীহবিনা থৌজালবীনবা হবিগী চবন্দা হন্না হন্না প্রার্থনা কচ্চবি।

ওজাগী সেবক
থৌদাম নোদিয়া সিংহ
হৈবাংগোই থো', ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

চংনবকপা মতমগী মতুং ইন্না ইমালোনগী ঈশৈবু পামজত্তুনা ইজবনি। অবানবা অরাংপা অশোইবা ভদ্রলোকশিংনা পাবিরগা তাকপি-তম্বীবক্লবদি হবাওনা তমজগনি হঙ্গৎচবি। খংবা ঙমদবা হবিগী লীলানি খংজবা খবদং পামজত্তুনা ইজবনি।

ছাপা নমবদা খবচ অয়াম্বা :

১। শ্রীবাজ কুমাৰ সনাতোম্বা সিংহ
উবিপোক য়াংস্বম লৈকাই, ইম্ফাল

২। শ্রীহিজম ইবোতোন সিংহ
চৈংঙা মথক, ইম্ফাল।
শ্রীশ্রীবিশম্ভৰ প্রভুৰ সেবাইত।
শ্রীবাধা কৃষ্ণ যুগল সেবা অভিলাস।

ভদ্রলোক অনিনা শেলগী মতেং পাংবিত্তুনা ছাপা তৌজে। মপোকসিমগী লমন তোল্লে; বৈষ্ণব অনিগীদমক শ্রীবাধা কৃষ্ণগী নাম শোনবা চবণ কাউদবা ঙমহনবীয়ু হাযনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী চবন্দা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজবি।

১। শ্রীৱাংখেম সনাজাওবা সিংহ, ওজা পাণ্ডি।

ভদ্রলোকসিনা ইজবিবা শ্রীহবি সঙ্কীর্ত্তন শৈবেং পবেং অনিশুবা শরুক মুন্না পাবিবগা হায়নিংবা খব তাকপিবকপবুস্নু কাউবা লৈতনা ইকাই খুম্নজবি।

২। শ্রীথৌদাম নোদিয়া সিংহ, হৈরাঙ্গোইথোং হায় স্কুল ওজা অমস্তুং কীর্ত্তনিয়া। উক্ত কীর্ত্তনিয়া অসিনা ঈশৈবু সঙ্কীর্ত্তনবু পামজহুনা ইজবিবা লাইবিক শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পবেং অনিশুবা শরুক অসি মুন্না পারগা মানা অপাম্বা মোত ফোংদোক্নুনা হায়রকপগী ইবদা পুক্লিং নুংঙাইবা অত্বগা অঙম্বা শেলগী মতেংস্থ খর পীবিবকপগীস্থ মপোকসিগী কাওররোই। কীর্ত্তনিয়া অমা ওইনা পামজবা শ্রীগুবিগী নাম শোঞ্জবা ঙম্বা ওইহনবীয়ু হায়না শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী চবন্দা প্রার্থনা তৌজরি।

৩। শ্রীশাপম ইবোমচা সিংহ
সি.সি, হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওজা
শিংজমৈ সাপম লৈকাই, শরাংথেম লৈরক, ইম্ফাল।
( প্রেস মহাজন )।

ওজাসিনা শেলগী অমদি মচাক পুন্নমক অরাংপা মেনখৎপিহুনা ফোংবা ছাপা তৌবা ঙমহনবীবগীদমক মপোক অসিমগী লমন তোন-জরবনি মতম পুন্নমক্তা ওজাগী মঙ্গল ওইহনবীয়ু হায়না শ্রীগুবিদা প্রার্থনা কচ্চরি।

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ
পাকা সঙ্কীর্ত্তন বিদ্যালয় প্রধান অধ্যাপক।

# কচ্চবা

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী চরন্দা
প্রভুগী চরণ থম্মোইনুংদা চেংনা কোঞ্জরগা
শ্রীযুক্ত গুরু দেবশিংনা তম্বীবা ঈশৈ খবদং
ইমা লোন্দা ইথোকচবগা কচ্চবি ॥

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ

---

# ওজা খুরুমজবা

খুৎকমজৈ লম্মুক্কববা মীবু লম্বী তাকপীবগুম মিং তাংববু মিং পাংহনবগুম পাক্কবা লাইজ ঈপাক্কা লম্মাংনবা হিংবাইবু ধ্রুব তাবানা হিনাও শাবীবগুম মতমগী অমম্বদা মঙাল পীবিবিবা। মচাগী মতৌগুম নিংবীবিবা ওজাবু কাউজবা লৈতনা খুকমজৈ। ওজাগী চরণবু কোকথক্তা হাপচৈ, ওজাবু ইপামক্কি হায়না খুকমজৈ।

ওজাগী মনাই
শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ

# ওজা

১। শ্রীযুক্ত লাইশ্রম ৺গোপাল সিংহ।

২। শ্রীযুক্ত ঙাঙোম ৺যোগেন্দ্র সিংহ।

৩। শ্রীরাজ কুমাব সনামচা সিংহ।

৪। শ্রীলাইমযুম লালবাবু শর্ম্মা।

৫। শ্রীগুরুমযুম বাবুসনা শর্ম্মা।

৬। শ্রীসাইখোম ওজা ৺লাবন্য সিংহ, ব্রজবাসি

৭। গুরু ভাই শ্রীমাইস্নাম ৺কুল্ল সিংহ

ওজাশিংবু কাউজবা সৈতনা খুরুম্জে।

শ্রীখুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ



# সূচী পত্র

| হিরম | | | লামাই |
|---|---|---|---|

| বিষয় | | | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|---|


— — —

# অরানবা চুখোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১১ | বর্ন | বর্ণ |
| ১ | ১৩ | প্রীয়ে | প্রায়ে |
| ২ | ১৫ | নুংশিনা | চংখোন্না |
| ৭ | ৫ | নৈবিদ্যা | নৈবিদ্য |
| ১৩ | ৭ | সংহগী | সিংহগী |
| ৭ | ১০ | গুলরা | গুৱাল |
| ২৩ | ৫ | বিনোদনী | বিনোদিনী |
| ২৬ | ১ | ধনি | ধ্বনি |
| ২৭ | ১ | লড়ু বেড়া | লড্ডু পেড়া |
| ১৭ | ১০ | অসিগী | অনিগী |
| ২৮ | ৯ | লড়ু বেরা | লড্ডু পেরা |
| ২৯ | ১৩ | মপারি | মচা ইবুংঙোনা |
| ৩৬ | ১ | পতি | যতি |
| ৩৭ | ২ | শোল্লবদা | শোঙ্গবদা |
| ৩৯ | ৮ | নিংবিনা | নিংঙিনা |
| ৩৯ | ১৩ | জহেদেগ | জদেগহে |
| ৪০ | ১ | কুরুজন | গুরুজন |
| ৪১ | ১৩ | লীলদা | লীলাদা |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪২ | ৯ | থত্তুনা | থত্তুনা |
| ৪২ | ১৭ | খল্লবদা | খল্লুবদা |
| ৬০ | ১৪ | মণনা | মনিনা |
| ৬১ | ৫ | নেনা | নৌনা |
| ৬১ | ৭ | পুরুং | [illegible] |
| ৬৪ | ৬ | লাংলকনিদো | লাংহংকনিদো |
| ৬৫ | ৭ | বৃন্দা | বন্দা |
| ৬৭ | ১ | নোমা | নোংমা |
| ৬৭ | ৬ | যৌবত্নুনা | লৌবত্নুনা |
| ৬৭ | ১ | লৌবো | লৌবে |
| ৭৩ | ১১ | পোপাল | গোপাল |
| ৭৪ | ১৬ | নৌববা | নৌরবা |
| ৭৮ | ১ | মুকলী | মুরুলী |
| ৮৪ | ১৭ | পামজরা | পামজবা |
| ৮৫ | ১ | নখোং | চরন |
| ৮৫ | ৫ | হুবিবা | শুমহংলিবা |
| ১০১ | ১ | শ্ভাবনা | ভাবনা |
| ১০৫ | ২১ | স্থবল গীস্থ | স্থবলগীস্থ |
| ১০৬ | ১১ | শুব | শোর |
| ১০৮ | ১১ | ননা | নংনা |
| ১০৯ | ১ | রামানন্দ | স্থবন বেস |

| লামাই | পরেং | অবানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১২৩ | ৮ | ব্রহ্মবারি | ব্রহ্মচারি |
| ১২৫ | ২ | মদ্ভাক্তো | মদ্ভক্ত |
| ১৩১ | ৫ | বসগৃত | রসামৃত |
| ১৩১ | ১০ | সথ্যদগী | সথ্যদগী |
| ১৪১ | ২৩ | শেদোবকপা | শৌদোকবকপা |
| ৭২ | ৫ | নান | নাল |
| ১৪৩ | ১৫ | মণনি | মনানি |
| ১৫৭ | ৩ | শ্রীমদ্ভাগবত্তা | শ্রীমদ্ভাগবত্তা |
| ১৫৮ | ৭ | ক্কক্কা | ক্কাকনা |
| ১৫০ | ১২ | নমাইনি | ননাইদি |
| ১৫২ | ১৫ | ঐনা | ঐগী |
| ১৫৬ | ১০ | শুক | শুক |
| ১৬২ | ৯ | ডাবগা | ডালবা |
| ১৬২ | ১৬ | খম্বাক | খম্বাক্ত |
| ১৬০ | ১ | মনিনা | নাইন্না |
| ১৬৫ | ২০ | ন্যুমিনা | মনিনা |
| ১৬৬ | ৩ | ওইবংব | ওইবরে |
| ১৬৬ | ১১ | খোলমই | খোংলমই |

# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

## শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলি

## শ্রীহরিশরণমঃ

১। আজানু লম্বিত ভুজৌ কনকাবদাতৌঃ।
সঙ্কীর্ত্তনৈকপিতরৌ কমলযাতাক্ষৌ ॥
বিশম্ভর দ্বিজবরৌ যগ ধর্ম্ম পালৌ।
বন্দে জগৎ প্রিযকরৌ করুনাবতারৌ ॥

২। ববাহ পুবাণ •
কলেঃ প্রথম সন্ধ্যায়াং লক্ষ্মী কান্তোভবিসতি
ব্রহ্মরূপং সমাশ্রিত্য সম্ভবামি যুগে যুগে।

৩। মার্কণ্ডপুবাণ :—
গোলকঞ্চ পবিত্যক্তা লোকানাং ত্রানকবিনাং।
কলৌ গৌরাঙ্গরূপেন লীলা লাবন্য বিগ্রহম ॥

৪। শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কন্ধ : -
কৃষ্ণবর্ন্নং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গস্ত্র পাষ্যদম
যজ্ঞৈঃসংকীর্ত্তন প্রীয়ৈ যজন্তি হি সুমেধসঃ।
হবিভক্তি বিলাস ধৃত শাস্ত্রবাক্য।

৫। গুরুর্ব্রহ্মা গুরুর্বিষ্ণু গুরুর্দেবো মহেস্ববঃ।
গুরুরেব পবংব্রহ্ম তস্মাৎসংপূজয়েৎসদা ॥

শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

# শ্রীহরিবু খুরুমজৈ

১। সনা মচু হেল্লবা পাম্বোম্না খুকউ য়োনা চোল্লবা।
সঙ্কীর্ত্তনবু হৈদোকপিবা মথনা থম্বাল লকা ওমজবা।
থৌজান্না মবম ওইহুনা শায়োনবা ব্রাহ্মণ শাগে অথোইবা।
বিশম্ভর গৌরাঙ্গ প্রভুবু হন্না হন্না খুরুমজৈ॥

২। বরাহ পুরাণদা হায়রি :—
কলিগী অহানবা মচিন্দা শ্রীলক্ষ্মীগী মবুংওনা।
ব্রহ্মাগী মশক লৌহুনা যুগ যুগ খুদিংদা পোকই॥

৩। মার্কণ্ড পুরাণনা হায়রি
গোলুক থাদোক্লুনা মা পুন্নমক ওাকপিগে হায়না।
কলিদা নোবরা ফজবা অঙোবা কুচুনা শায়োনবা
শ্রীগোরাঙ্গব হান্না হন্ন খুরুমজৈ।

৪। শ্রীমদ্ভাগবতা হায়রি ১ শুবা স্কন্ধদা.
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনবা অমুবা কুচু ওইবা মঙান্না মুদ্রবা।
নিত্যানন্দ অদ্বৈত শ্রীবাসনচিবা অয়াম্বা ভক্ত লোইনবা।
পণ্ডিতশিংনা নুংশিনা সঙ্কীর্ত্তন যজ্ঞনা শ্রীগৌরাঙ্গব পূজা তৌই।

৫ হরি ভক্তি বিলাসনা হায়রি : —
শ্রীগুরুদেব হায়বসে ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরনি।
অথোইবা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা গুরুবু তত্তনা পূজা তৌজগনি॥

আরতি পরে

# শ্রীগৌরাঙ্গ আরতি

## কাটাদাসপেড়ে—গৌরি ॥

ফজৈ ফজৈ গৌবাঙ্গগী আবতি কচ্চবি
নু শিবৰা খোঞ্জেলনা কীর্ত্তনয়াইদা নিংল্লি ॥
মোইবা খোং ই কাঁশী হিবি কবতানস্থ খিংলি।
খাইথুমলবা পুংগী বোম্না শুঙ্খাংনা যৈবি।
মখল মখল লৈ পবে না ডকশমদা খোংল্লি
মাইথোনা থাজ কোটি ডমজনা ডংল্লি।
ব্রহ্মানচিবা লাইয়াম পুম্বা থবাম তবা লেন্নবি
মতোক লিশিং অনন্তনা কেক্তা ছত্র খংঙবি
শিব শূক নাবদা বেদ থ বা হৈবশিনা।
ভাব তাবা ডমদাবে চমমনবে ডম্নমকনা।
শ্রীনিবাস হবিদাস পঞ্চম শুন্দা শকলি।
নবহবি গদাংধব চামব থৌগল চ জবি ॥
বিব বল্লব দাসনা চবণতবু নিজবি।
তাইবং পুম্বা শিনবা থংনা নঙ্গুণনা নিলনি ॥

শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

# শ্রীরাধা রানী সন্ধ্যা আরতি

## ইমন কল্যান

শ্রীরাধা রানীনা জয় ওইবি চবন্দা চংজবি ।
অসিগুম্বা আরতিনা লেপনা জয় ওইবি ॥
কুপ্পবা কব্রং ফিজোল শংলবা শাড়ীনা লৈতেংলি
শিগ্রে সিন্দুব তঙা বনা তাইব' শুম্মাংলি ।
চান্নববী সখিশিংনা নিংথিনা ফিজোল থৌগল্লি ।
রতনগী সিংহাসন্দা ইবেম্মা লেংশিল্লি ।
সনা, লুপা, হেবা, মণি-মুক্তানা হংলবা ।
ল লবা ফিজেং লৈতেংনা ঙাল্লি সনাহকচাং পুম্বা ॥
মাইকৈ মরিদা সখিশিংনা হরাওনা খুবাক খুবি ।
চান্না থোইবী ললিতানা ফজনা আরতি কচ্চবি ॥
নৈব নৌর ব্রজগী মৌশিংনা মঙ্গল ইশৈ শকচবি ।
চান্নরবী সখিশিংনা চামর থৌগঞ্জরি ॥
শ্রীরাধাগী চরণ থম্বালতবু ভক্তশিংনা পামজবি ।
দাস মনোহরনস্থ চরণ সেবাতবু পামজরি ॥

— - ———

আরতি পরেং

# শ্রীগোপালদেব আরতি

## গৌরি

মাংখরে পাপ পুন্না মপোক মপোক্কী।
লোমখরে যমরাজগী থবক দণ্ডি পিবগী॥
আরতিনা জয় ওইহরি শ্রীমদনগোপালগী।
ননগী ঘীদা লুপলবা করপুরগী বর্ত্তিনা॥
মণ্ডাম্বনা পুমণাল ঙাল্লি সনাগী পুখমদা।
থাজ কোটি কোটি নুমিং কোটি মুর্ত্তিবু হেন্না॥
মাঙ্গৈথোংনা নিংথিজরি নন্দগী মপারিনা।
চরণ থম্বাল অনিদা নিঙ্গরি মণি নোপুরনা॥
বৈজয়ন্তি লৈপরেনা থবাক্তা হাই হুমলি।
ৱাহোং চুরা কোকথোন্নি সনা-ফিগে খ্বাংজেংনি॥
খোংলি বাঁশি নুংশিনা পুকনিং শুম্নাংলি।
নিংথিরবা লাইবকনি চাইরুং মতা ফবনি॥
য়েংজরি পুক্লিং পেঙ্গনা মদন গোপালবু।
মী লাই মুনিশিংনা আরতি কচ্চরি॥
ভক্তনা খুত্থুম চল্লবা তাইবং মপুগী।
য়ৈরি কাঁশি য়ৈরি তাল মৃদঙ্গ ঝাঁজরি॥
লৈ খুবাম খুবাম কচ্চরি তঙাংলবা লৈরাংগী।
হুঁ হুঁ হায়না হীক্লা হীক্লা রঘুনাথ দাসগোমাগ্রি॥
চরণনা তাইবং শুম্নাংপা গোকুল থাজগী।

আরতিনা জয় ওইরি মদন গোপালগী।
মদন গোপাল জয় জয় যশোদা মচাগী ॥
যশোদা মচানা জয় ওইরি নন্দগী মচাগী।
নন্দগী মচানা জয় ওইরি গিরি ধারী লালগী ॥
গিরি ধারীনা জয় ওইরি গোবিন্দ গোপালগী।
গোবিন্দ গোপালনা জয় ওইরি গৌর গোপালগী
গৌর গোপালনা জয় ওইরি নিত্যানন্দ লালগী।
নিত্যানন্দ লালনা জয় ওইরি শ্রীঅদ্বৈতদয়ালগী ॥
অদ্বৈত প্রভুনা জয় ওইরি গদাধর লালগী।
গদাধর লালনা জয় ওইরি গৌরভক্ত পুম্বগী ॥

# বৃন্দা তুলশী আরতি

## গৌরি—আড়া

খুরুমজৈ খুরুমজরি তুলশী মহারাণী ;
বৃন্দে মহারাণী খুরুমজরি ॥ধ্রু॥
হন্না হন্না খুরুমজরি ইমা নারায়নী ;
ব্রহ্ম সনাতনী খুরুমজরি ॥
উজবদা শোকচবদা মাংহল্লিবী পাপ পুম্বা ;
নগুণবু বেদ পুরাণনা শকচরিবী।
মনাগা লোইনবা থোংলবা মঞ্জুরীনা ;

শ্রীলক্ষ্মী মবুংঙো চরণ থম্বালদা ওন্থোইনা লৈরিবী ॥
রাধাগী মবুংঙো চরণ থম্বালদা ওন্থোইনা লৈরিবী ।
ধন্যনি ইমা তুলশী ইমাগী লাইনিং অসি ;
শালাগ্রামগী মহাপাটরাণী ॥
ধুপ দ্বীপ নৈবিদ্যা আরতি কস্চরি ;
লৈ-তনা নোঙ্গুম্না হৈথজুনা কৈদৌনি ।
লুক্না য়াংখৈতরুক ইনশাং মথেন কুনথ্রাতরুক ;
তুলশী য়াওদনা অমত্তা লৌদবনি ॥
শিব সনক-নচিংবা অতুগা ব্রহ্মানচিংবা ;
কোইনা চত্তুনা থীবি নগুণবূ মহামুনি লৌশিংবনা ॥
চন্দ্রশেখবনা ইমা ইমাগী নগুণ শক শোল্লিয়ে ;
প্রেম ভক্তি পীনবিয়ু ইমা মহারাণী ॥
করি অমত্তা পামজদেনে প্রেম ভক্তি নত্তনা ;
ব্রজ রাধা শ্যামগী প্রেম ভক্তি নত্তনা ।
শ্রীগোবিন্দগী চরণ থম্বালদা রাধা গোবিন্দগী ;
চরণ থম্বালদা শেংলবা প্রেমভক্তি পীনবিয়ু ।
ইমা মহারাণী খুরুমজরি ২ ॥

---

## যুগল আরতি—খোইড়া

জয় ওইবি শ্রীবাধা গোবিন্দ আবতি কচ্চবি ।
জয় ওইবি শ্যাম সুন্দব মদন মুহন বৃন্দাবনচন্দ্র ॥
বাধাবমন বাধাবিনোদ শ্রীগোকুলানন্দ ।
জয ওইবি বাসেশ্ববী বিনোদিনী ভানু শাগে থাজ
জয জয ললীতা বিশাখানচিংবী সখী মযাম্না ।
পুর্নিমাশী কুন্দলতা জয় ওইবি বৃবানচিংবী ॥
জয় ওইরি শ্রীরূপ মঞ্জুরীনচিংবী মঞ্জুরী অনঙ্গ ।
খুরুমজরি থৌজালবিতুনা পীনবিযু অনিগী চরণ

---

## সিংহার আরতি

আরতিনা পুমঙাল ঙাম্লে শ্রীরাধা গোবিন্দ ।
ভক্তনা খুতুম চল্লি চবণদা ভক্তি লৈজকুবনা ।
মথেক অহুম থেকপা শক্তম মাইথোং থাজ হেনবা ।
ঙাগী মঙং মানবা নাইম্না ঙাল্লি চাইকং মতাফবদা
থম্বাল-লকা ঙমজবা মিয়েংনা জগৎ পুম্বা শুম্বাংপা
সনা ফিগে খ্বাংজেংনা রমনীশিংগী পুক্লিং হুবা ॥
মোমোন নোকপা মাইথোংনা গোপীশিংগী নুংঙাইজবা
ভাগ্যচন্দ্র তোল্লবনা নিজরি অনিগী চরণ সেবা ।

---

## গ্বাল আরতি—পাঁচ তাল

আরতি তৌরি নন্দরাণী মচাগী মাইথোং য়েংই
রাখ্বালশিংবু কোইশিন্দুনা গোপীশিংনা ইশৈ শকই ।
ঘাগী থাওমৈ লৈ চন্দন লফোইনা থল্লবা সনাগী পুখম ।
ফজরবীশিংনা হুল্লুধ্বনি তৌই সখিশিংনা খুবাক খুরি
বাক্কি শিঙ্গা বেন্ন খোংই যশোদানা রাম কৃষ্ণবু কোল্লি ।
মাখন শঙ্গোম ক্ষারনচিংবা ইন্দুনা চারি রাম কৃষ্ণ ।
মনংশল নহাশিংগী নৌরবা মাইথোং নুংশিনা চুপই যশোদা
জগোই শাই ব্রজনুপীমচাশিংনা রাম কৃষ্ণবু যেংনা হবাওনা ।
নু ভাইজবি রোহিনী মমানা মঙ্গল তৌরি নন্দঘোসনা
ধন্যনি ধন্যনি হায়না ভগদানন্দনা নুংঙাইজরি ॥

——  ——

## শ্রীগৌরাঙ্গ আরতি

শ্রীগৌবাঙ্গনা ঐগী ধর্ম্মনি কর্ম্মনি ;
গৌবাঙ্গনা ঐগী জাতিনি ॥
গৌরাঙ্গনা শাগৈনি মিংচৎনি সম্মাননি ;
গৌবাঙ্গনা ঐগী পাঙ্গল্লি ॥
গৌরাঙ্গনা ঐগী থব্রাই মিরেলনি ;
গৌরাঙ্গনা ঐগী থব্রাই মপুনি ॥
গৌরাঙ্গনা ঐগী লৈজবা ললনি ;

মাগী মন্যাইনা ঐনি ॥
হবি নাম ধ্বনিনা লুপখ্রে শাগৈ ;
অঙাওবা ওইহল্লে ঐবু ॥
নুংশিনা শরুকপা ইবুংঙোগী স্ববনা ;
যুমদা লৈহল্লে ঐবু ॥
গুরুজন্না তাকপা হাপলবোই নাকোংদা ;
ইকাই ইকি থাদোক্লনি ॥
শাগৈ মান হুন্দোক্লনি হায়জৈ জ্ঞানদাসনা
শ্রীচবন্দা কচ্চবি ॥

---

# শ্রীগৌরাঙ্গ মঙ্গল আরতি

## বিভাস—ভৈরবী

মঙ্গল আবতি কচ্চরি শ্রীগৌব কিশোবগী ।
মঙ্গল ওইরি নিত্যানন্দ লোইননা প্রভুগী ॥
মঙ্গল ওইবি শ্রীঅদ্বৈত ভক্তশিং লোইননা ।
মঙ্গল ইশৈ শক্লি প্রেমগী ইথক হৌনা ।
মঙ্গল পুং য়ৈবক্লে খোল করতাল্লা ।
মঙ্গল জগোই শারক্লে হরিদাস ফজনা ॥
মঙ্গল ধূপ থাওমৈ কৎলক্লে স্বরূপ হবাওনা ।
মঙ্গল আরতি মৈঙাল্লা পুমঙ.ল ঙাল্লি ॥
মঙ্গল নুংঙাইবা ফোংদোক্লনা গদাধবনা নোক্লি ।
মঙ্গল ইশৈবু তোল্ল কৃষ্ণদাসন' শকচবি ॥

# শ্রীরাধা গোবিন্দ মঙ্গল আরতি

## ভৈরবী—পাঁচ তাল

মঙ্গল আরতি কস্চরি শ্রীরাধা গোবিন্দ।
জয় ওইরে শ্রীরাধা গোবিন্দনা শখিশিংনা নিল্লি॥
সনাগী পুখম থন্না ঘাগীবর্ত্তি মৈনা পুমঙাল ঙাল্লি
মাইথোং থাজ অনিমক্না মকা লামনা ঙাল্লি॥
ললীতা বিশাখা সখ' অনিগী প্রেমদা লুপচবি।
মাইথোং অনি চিংনা য়েংজে মুংঙাইজবা ওইজবি
বৃন্দাবনগী কুঞ্জ লৈকোন পুম্বা পুমঙাল ঙাল্লি।
অনিগী ফজবা শক্তমগী মঙান্না অঙকপা ওইবি॥
মঙ্গল ইশৈ শক্লি কোকিল রাহোং জগোই শাবি।
মাইথোং থাজগী থাবন্দা নোংইন্না মিতাজবি॥
বীনানচিংবা যন্ত্র ময়াম মঙ্গল ধ্বনিনা নিঙবি।
শ্যামানন্দনা মুংঙাইজবা ঙমখৈ লৈজদবি॥

# মহাদেব আরতি

## আড়া

আরতিনা জয় ওইরি সদাশিবগী অঙকপা ওইরি।
কাংশি করতাল শরিক খিংলি পুং ফজনা য়ৈরি ॥
ভৃঙ্গিনা করতাল হৌনা খিংলি নন্দিনা পুং ফজনা য়ৈবি।
মাইগৈ মরিমক্তা লাইয়াম পুম্বনা ভাল ভাল লাওবি ॥
উফুল লৈতেংলহুনা মহাদেব ডম্বুব খিংলকলি।
প্রেমদা ময়াই কাহুনা শ্রীগোবিন্দ তোইনা শোল্লি।
মাইথোং থাজ মণ্ডাদা হরাওনা পঞ্চনাম শোলক্লি।
বৈষ্ণব দাসনা হরাওনা শ্রীচরন্দা স্তুতি কচ্চরি ॥

---

# দেবী আরতি

## করুন দেবচাল্লি

আরতিনা জয় ওইরি দেবী ইমাগী।
ভবানী ভক্তশিংগী কিবা কোকহলবিরিবী ॥
মক্রুবা ফিজোল থোল্লিবী সনানা লৈতেংলিবী।
সিন্দুরনা কোক্তা ওাল্লিবী ওক্তা মুক্তানা লংলিবী ॥
ব্রহ্মা শোরারেন্নচিংবা লাইয়াম পুম্বনা খুরুমলিবী।
খুবাং তরা লোন্নহুনা মুনি ঋষিশিংনা স্তুতি কংলিবী ॥
মোইবুং শেম্বুং শরিক কাঁশি বেনু যন্ত্রনা তোইনা থৌগল্লিবী।
লাইরেম্বী পুন্নমক্লা হরাওন ।চামর থৌগল তৌজরিবী ॥
রাম প্রসাদ দাসনা ইমাবু হন্না হন্না খুরুমজরি।
মপোক মপোক খুদিংদা শ্রীগোবিন্দগী চরণ কাউঙ্গদবা নিজরি

# শ্রীগুরুদেব আরতি
## আড়া

জয় ওইরি শ্রীগুরুদেবঃ আরতি কচ্চরি।
শ্রীচরন্দা চংজবদা অৱা অনা কোকচরি ॥
চবণামৃত মৱিক অমত্তনা কোটি তীর্থগী মহৈ ফংজবি।
গুরুনা তম্বীবা মন্ত্র নামশোঙ্গবদা কোটি পাপ্প কোকচবি ॥
অহিং মুংথিল অনিমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা ভক্তি লৈহনবিবি।
নিজরি রসিকানন্দনা থৌজালবিযু হায়জরি ॥

# নরসিংহ আরতি
## আড়া

আরতিনা জয় ওইরি শ্রীনর সংহগী।
ভক্ত প্রহ্লাদবু কনবীবা অহানবা থৌজাল নহাক্কী ॥
কল্লবা খুজিম্না হোগাইত্থনা মবুক লালবীরি হিরন্যকৌশিকী
বেদ পুরাণনা শকনরি নগুণ মত্ত্রবা নহাক্কী ॥
অনিশুবা আরতিনা বামন দেবনা জয় ওইরি।
অহিং মুংথিল অনিমক্তা বলিনা সেবা ফংজরি ॥
অহুমশুবা আরতিনা ব্রহ্ম পদবী ফংজরি।
পান্থোম লিশিংনা রাজ্য সাশন ফংজরি ॥

মরিশুবা আরতিনা হিংচাবা পুস্বা লাকবীরি।
অব্রাংবা থাক্কী সিংহাসন ভক্ত বীভিষন্দা পীবিবি।।
মঙাশুবা আরতিনা কল্লবা কংস লালবীরি।
প্রেমতনা গোপীশিংনা তাংলবা চরণ ফংজবি।।
লৈ তুলশী পত্রনা সেবা ওইনা কচ্চরি।
মপোক মপোক খুদিংদা কবিরনা চরণ কাউদবা নিঙ্গনি

---

# শ্রীবৈষ্ণব আরতি

## আড়া

আরতি কচ্চরি হরি গুরু বৈষ্ণবকী।
গঙ্গা যমুনা রেবা তীর্থ কোটি মশক চরণামৃতগী।।
প্রেমগী মন্দির মনুংদা ওইরিবা প্রেম সেবাগী।
কেশব চন্দন যাবক চন্দন মৃতিকাচন্দন মুক্তা মালাগী।।
রত্ন মশক ওইবা জল পাত্র মঙ্গলগী মশকী।
হায়জে পীতম্না হে হরি লালবীরিবা তোল্লবগী।।

---

## শ্রীরাধা গোবিন্দগী আরতি

আবতি কচ্চরি ব্রজনিংথৌ মচা ইবুংঙোগী ।
ঙাল্লি ওইদা নোংথাংগুম মমোম বৃষভানুগী ॥
ব্রজ গোপীশিংনা মুংশিনা ইশৈ শকলিবী ।
কাম কোটি ঙমজবা মাইথোং থাজনা পুমঙাল ঙাল্লি ॥
মিস্না থম্বালগী ফজবনা জগৎ পুম্বা শুম্বাৎলি ।
কুমকুম চন্দন থোলবনা নোংদা নোংথাং কুপগুম্মি ।
বস মথল মথলগী ভাবনা শ্রীঅঙ্গদা থৌগল্লি ।
শ্রীরুপ মঞ্জুবীনা চামব থৌগল চংজবি ॥
দাস বৃন্দাবন্না নিংথিবা অনিগী সেবাবু পামজবি ।

---

## শ্রীরাম সিতা আরতি

আবতি কচবি ভক্তশিং ময়াম পুন্নমক্না । -
মোইবুং তোইনা খোংলি নিল্লি খোল কবতান্না ।
জয় ওইবি সিতা বাম বঘু শাগৈ থাজনা
অনিগী চবণ সেবাদা পুক্লিং চংই লক্ষ্মন্না ॥
ঙমফদ্রবা মহাদেবগী লিকুং ইবাই লাইনা থুদেকই ।
সিতাগী অন্নাবা পুম্বা ইবাই লাইনা কোকপী ॥
লেবাক খুদিংগী নিংথৌবেলশিংনা পুজা কচ্চবি ।
অনিমক্কী চামব থৌগল হনুমান্না তৌজবি ।
অনিমক্কী চবণ থম্বালদা তোল্লভদ্রশিংনা চংজবি ।

---

## শ্রীশ্রীজগন্নাথ আরতি

জয় ওইবি শ্রীজগন্নাথ আরতি কচ্চবি।
উজবদা চবণ থম্বাল অব্রা অনা কোকচবি॥
তোইনা তোইনা কাংশি য়ৈবি বেন্সুস্থ খোংলি।
মৃদঙ্গনা তাল চানা য়ৈবি খঞ্জুরিস্থ য়ৈরি॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন সমক্র নাক্তা খোঙ্গেল রাংনা কৌজরি।
মার্কণ্ড শ্বেতগঙ্গা নুংঙাইনা ঈথক হৌবি॥
সনা মণি থাওমৈ কচ্চবি মঙাম্তনা পুমলং লংই।
ষনগী ঘী অগববর্ত্তি থাংমৈনা পুমঙাল ঙাল্লি॥
মী লাই মুনিশিংনা থোংদা লেপ্লি ব্রহ্মানা বেদখিরি
ধন্যনি ধন্যনি হায়না রাঘব দাসনা পেঙ্গরি॥

---

## শ্রীবিজয় গোবিন্দ ভুগ আরতি

জয় ওইরি গোবিন্দজিগী আবতি কচ্চরি।
মোইবুং শবিক কবতাল পুং যন্ত্র পুম্নমক য়ৈরি॥
অহানবা আরতিনা মাইথোং থাজদা কচ্চরি।
ময়োল অহুম্ব শুদ্ধংনা নুংঙাইবা পীবিবি॥
অনিশুবা আবত্তিনা ঙক্তা লৈ পরেং থোল্লি।
শংবানবা কুচু হকচাং মাইথোংনা পুমঙাল ঙাল্লি।
অহুমশুবা আরতিনা শ্রীগোবিন্দজীগী ফজবা।
কামদেববু শুদ্ধংপা শক্তম গোপী পুক্নিং হুবিবা॥

মবিশুবা আবতিনা নুংঙাইবগী মশক ওইবা
তোল্ল-তাববা লালবিবা শংবান্নবা চংখোনবা ॥
মঙাশুবা আবতিনা মতিক মগুণ ফোংদোক্লিবা।
ভক্তশিংবু য়োকখৎপিবা ফত্তবশিংবু মাংহনবিবা।
চবণ থম্বাল অনিবু মপোক কয়াদা কাউজদবা।
দাস মনোহবনা পামজৈ শ্রীচবণগী সেবা ॥

## বল রাম কৃষ্ণ আরতি

ব্রজ গুৱাল লোইননা ব্রজলাল লালজী।
ব্রজলাল কৃষ্ণ শ্রীবলদেবজী অনিনা ঙাম্থোইবি ॥
ঘোগী বত্তি থাওমৈ শ্রীদাম সুদামনা আবতি কচ্চবি
ব্রজ গুলৱা লোইননা ব্রজলাল লালজা ॥
আবতি কচ্চবি অনিগী মাইথোং যেংজবি।
ব্রজ গুৱালশিংনা হবাওনা খুবাক খুবি ॥
ধন্যনি ব্রজগী থৱাই কাহ্নাই বলাই অনিসে।
আনন্তসাই গৌবাচান্দনা চবন্দা চংজবি ॥

---

# শ্রীবিজয় গোবিন্দ সন্ধ্যা আরতি

গৌরি শ্যাম অনিগী মাইথোং যেংজরি।
হরি কেশব ফজবা শক্তম্না ইমিং পেঞ্জবি॥
নুমিং কোটি থাজ কোটি ঙমজবা শক্তিন্নি।
উজবদা পুক্লিং মিংকী নুংঙাইজবা মশক্লি॥
অশংবা শাড়ি সনাফিগে ফৈজোম খ্বা জেংনি
কুঞ্জদা বন্দা শান্নবদা য়াম্না হৈশিংবনি॥
ৱাহোং চুবা থোনবা খুত্তা মুরুলী পায়বা।
ঙা মরোংগী নাইন্না নাপদা হাই হুমলিবা॥
মৈগী বত্ন সিংহাসন্দা ঙান্থোইবি গৌরি।
নিপালক্তগী অথোইবা ঙান্থোইবি গিরিধারী।
ব্রজগী গোপী পুন্নমক্লা আরতি কচ্চরি।
নন্দগী মচা ইবুংঙো বৃষভানুগী মচা ইবেম্মা
য়াম্না নুংঙাইনা ফজনা হবাওনা ঙান্থোইবি।
অনিগী মাইথোং য়েংজহনা আরতি কচ্চরি।
হরে কুঞ্জ পুম্বা অনিগী ফজবনা ঙাল্লি।
আরতি কচ্চরি বিজয় গোবিন্দনা জয় ওইনি

---

আবতি পরেং

# শ্রীমদ্ভাগবত আরতি

আবতিনা জয ওইবি শ্রীমদ্ভাগবত স্বয ব্রহ্মগী মশক
জয ওইবি শ্রীমদ্ভাগবত শুকদেবগী থবাইগী লন
মহার্কা কৃপাদগী পবিঙ্গিংনা থবাই হি জবি
শ্রীগোবিন্দগী মশক ওইবা পুবাণ পুম্বগী অথোইবা
মযেক অমনা ব্রহ্মগী মশক অবেপ্পা শক্তমনি।
শিদবা উপাল কোটিদগী থোইনা চানবিহৈবনি।
বৈষ্ণব দাসনা হাযজৈ অসিবু হেল্লবা লৈতবনি॥

---

# শ্রীমদ্ভাগবত নাম সঙ্কীর্ত্তন

## কাটা দাসপেড়ে

জয় ওইরি শ্রীচৈতন্য বিশ্বম্ভব গৌরচন্দ্র গৌর।
শায়োন পুম্বগী কোক্কী লৈতেং ; কলি যুগকী চিন্তামণি
শ্রীগৌরাঙ্গ গৌরহবি গৌব কিশোর।
শায়োলবিবনা ধন্য কলি যুগ কৌরি ॥
যুগ যুগ খুদিংদা ওইখিদ্রি অম্নুন্না থৌজাল হৈবা।
মতুংদম্নু ওইরক্লরোই অম্নুন্না চানবা হৈবা।
গদাংরগী থর়াই ওইবা সুপণ্ডিত নিমাই।
চংজবি চবন্দা অকি অখং পুম্বা কোকপিবা ॥
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু শচিগী মচা ইবুংঙো।
প্রেমভক্তি শিদবা উপাল জিব পুম্বগী গুরু।
জগন্নাথ মিশ্রগী মচা বিষ্ণুপ্রিয়াগী মবুংঙো।
নবদ্বীপ চন্দ্রগী মিংলেন শোল্লুনে তত্তনা ॥
গৌব গৌর গৌর শোল্লু যমগী দণ্ডি লৈরোই।
ও-হে ও-হে ও-হে কলি জীব পুম্বা ॥

---

# নাম সঙ্কীর্ত্তন অহৌবা

## ডাসপেড়ে

১। জয় ওইহরি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য বিশম্ভর গৌরচন্দ্র গৌর।

২। শ্রীগৌরাঙ্গ গৌর হরি গৌর কিশোর॥

৩। গদাধরগী মবুংঙো পণ্ডিত নিমাই।

৪। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য শচী মচাইবুংঙো॥

৫। জগন্নাথ মিশ্রগী মচা বিষ্ণুপ্রিয়াগী মবুংঙো।

৬। নবদ্বীপকী থাজ ওইবা শোল্লু শ্রীচৈতন্য॥

—

১। জয় ওইহরি জয় ওইহরি ; শায়োল পুম্বগী অথোইবা

২। কলি যুগকী চিন্তামনি ; প্রেম ভক্তি পীনবিবা ; জীব পুম্বগী মবুংঙো॥

৩। চরন্দা চংজরি ; কিদববু পীনহৈবা ; প্রভু নংগী ;

৪। যশোদাগী মচা ওইরম্বা ব্রজদা মাখলুচুরা কৌরম্বা ;

৫। গৌর গৌর গৌর শোল্লু ; যমগী দণ্ডি ফংলোইদে ; মমলবা কলি যুগতা।

# নাম সঙ্কীর্ত্তন

## তাল অহুম

জয় ওইহরি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দনা
জয় ওইহরি শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র গৌর ভক্তশিংনা॥
শায়োন পুম্বগী অথোইবা কলি যুগকী চিন্তামনি।
জীব পুম্বগী মপু প্রেম ভক্তি পীনহৈবা॥
জয় ওইহরি নিত্যানন্দনা রোহিনী মচাইবুংঙো।
তোল্লা তার লালবিবা থৌজালহৈবা ইবুংঙো॥

# নাম সঙ্কীর্ত্তন

## আড়া

জয় ওইবি শ্রীনিত্যানন্দ অদ্বৈত গৌরাঙ্গ।
নিত্যাই গৌরাঙ্গ নিত্যাই গৌরাঙ্গ ॥ জয় ওইরে ॥
রোহিনীগী মচা ইবুংঙো বলরাম নিত্যানন্দ।
মাগুম্না থৌজাল হৈবা কনা লৈবগে ॥
লংজরবা ফাওবদা প্রেম পীনহৈবা।
শাক্ষি ওইরি জগাই মাধাইনা ॥
জয় ওইরি যশোদাগী মচানা শচীগী মচা ওইববা।
কলি যুগকী চিন্তামনি শায়োল পুম্বগী অথোইবা ॥
জীব পুম্বগী মপু প্রেমভক্তি পীনহৈবা।
জয় ওইরি মহাবিষ্ণুগী শায়োল ওইবা শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্র ॥
শ্রীগৌর কিশোরবু মানা পুরকপনিনে।
গঙ্গাজল তুলশী কত্তুনা হুঁকার শব্দনা ॥
বৈকুণ্ঠদা ঙাল্লিবা জগৎকী মপু শ্রীহরিবু।
জয় ওইরি গদাধর শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিংনা ॥
জয় ওইরি চক্রবতি তরুক কবিরাজ নিপান্না।
স্বরুপ রুপ সনাতন রায় রামানন্দনা ॥
খণ্ড বাসি নরহরি মুরারি মুকুন্দনা।
জয় ওইরি মহন্ত হুম্ফু মরি কবিরাজ নিপান্না ॥
জয় ওইরি মচা মঙা লোইনতুনা রায় ভাবানন্দনা
মচা অহুমগা লোইননা শারি জগোই শিবানন্দনা ॥
গোপাল তরানিথোই অমদি মহন্তহুম্ফু মরিনা।
থৌজানবিহুনা পীনবিয়ু শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণ ॥

# নাম সঙ্কীর্ত্তন অরোইবা

## আড়া

জয ওইবি শ্রীবাধা কৃষ্ণ গোবিন্দনা।
বাধা গোবিন্দ বাধা গোবিন্দ বাধা গোবিন্দ ॥
শ্যাম স্নুন্দব মদন মোহন বৃন্দাবন চন্দ্র।
বাধা বমন বাধা বিনোদ শ্রীগোকুলানন্দ ॥
বাশেশ্ববী বিনোদনী ভানু শাগৈ থাজ ওইবী।
ললিতা বিশাখানচিংবী মঞ্জুবী অপুম্বা ॥
শ্রীকপ মঞ্জুবীনচিংবী মঞ্জুবী অপুম্বা।
পুর্ণিমাশী কুন্দলতা অমদি বৃবাবৃন্দ ॥
থৌড়াঙবিত্তনা পীনবিযু অনিগী চবণ সেবা ॥

---

# শ্রীগোপালদেব ভোজন লুক কৎপা

## আড়া

নিংউ গোবিন্দ মাধব গিরিধাবী।
চিঙ্গী মণি গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গৎপীবিবা ॥
পুক্লিং ভুবা উজ্জ্বল বসবু ফোংদোকপীবিবা।
লুক-হা শংদা লেংই মদন গোপাল ॥
মথেল লুকোই মযামদো মশিং থাবা ঙমদে।
লুকী মথক্তা তুলশী মঞ্জুবী অমমম হাপই ॥

গঙ্গা জল তুলশী লোইননা লুক কচ্চরে।
পুক্লিং পেন্না গোপালদেব লুক মথেন হাবীরে॥
মাল পুৱা ক্ষীরনচিংবা তলগী মথেন মথেন।
রসগুলা জিলিবী কচৌরিনচিংবা হাওরবা মথেন॥
শাক শুক্তানিনচিংবা ফজনা ভৌৱবা মথেন।
শগোল হৱাই থোংবা কংতক মুগ থোংবা মথেন॥
শোক ফজনা তৌববা ঘা অফবনা রস হাপলবা।
বরা পকৌৱা বড়াঝাল থোংবা সানা থোংবা॥
পুন্নমক্কা মহি লৌহ্নুনা শোক তৌরবা মহি হাওববা
অৱাৎ অপা য়েংহ্নুনা থৌগল্লে মথেন লুকোই।
পুক্লিং পেন্না লুক হাবা লোইরবদা আচমন তৌবে।
সনাগী য়াশেং চৈনা য়ারক ফজনা শেংদোক্লে।
মনম নুংশিবা লুরবা ঈশিংনা চিলতেংথোক্লে॥
লুক হাবা লোইরহ্নুনা লৈগী আসন্দা লেংশিলে।
ফজবা ফিজেৎ লৈতেং মনাইশিংনা থৌগল্লে॥
কর্পূর হাপ্লবা হাওরবা তাম্বুল পানা কচ্চরি।
শ্রীগোপালদেবগী প্রসাদিবু ভক্তনা পামজৈ॥
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী মনাইগী মনাই ওইবা।
লুক হাবা সেবাবু নরোত্তম দাসনা পামজৈ॥

— —

# শ্রীগৌরাঙ্গ ভোজন—লুক কৎপা

## আড়া

নিংউ তোল্ল-তারবা লালবীরিবা শ্রীগৌরহরি ।
শ্রীগৌরহরি নবদ্বীপবিহারি তোল্লবশিংগী মবু্ংঙো ॥
লেংবিরকউ মহাপ্রভু হঙ্গংচরি শ্রীচরন্দা ।
শান্তিপুর ঐগী য়ুমদা লেংশিলবিরকউ ॥
মক্রুবা আসন্দা প্রভু লেংশিলবিরক্লে ।
লুববা মনম ন্নংশিবা ঈশিংনা চরণ শেংদোক্লে ॥
লুকহাশংদা প্রভু হরাওনা লেংশিলবিরক্লে ।
ওইদা শ্রীঅদ্বৈত প্রভু য়েত্তা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ॥
ময়াইমক্তদা লেংশিন্দুনা ফমলে শ্রীচৈতন্য গোসাঞি ।
থেলকৎলবা লুকফমশিংদো মথেল লুকোই য়াম্মি ॥
শাক শুক্তানিনচিংবা হাওব হাওববা মথেলনি ।
মুগ কংতক চানা হরাই থোংবা শগোল হরাই শোক্লি ॥
মাল পুরা কচোরি পুরি মথল মথলগী তলনি ।
শঙ্গাম ক্ষীর জিলিবী রসগুল্লা লড্ডু লাল মুহোলনি ॥
সানা থোংবা মাখল মধুর ঝাল বড়া ঝাল থোংবনি ।
থেলকৎলবা লুক্কী মথক্তা তুলশী মঞ্জুরী অমমম তারে ।
গঙ্গা ঈশিং তুলশী লোইনজুনা প্রভুদা কৎচরক্লে ।
ইনশাং মথেন ময়ামদো প্রভুনা হরাওনা হাবীরে ॥
হৈ থোংবা হৈ অম্বল আচার কাংঙৌ অব্রাৎপা খল্লি ।
হৈজদে থোংবা হৈজদে য়েনবা চানবিয়ু লৌবীযু হঙ্গংলি ॥

শান্তিপুরগী নুপীশিংনা হুল্লু-হুল্লু ধনি মঙ্গল তৌবি।
লুক-হাবা লোইরবদা প্রভু আচমন তৌবে ॥
সনাগী য়াশেং চৈনা য়া শেংনা শেংদোক্লে।
লুববা মনম নুংশিবা ঈশিংনা চিন ফজনা তেংথোক্লে।
লুক হাবা লোইবরদা লৈগী আসন্দা লে শিল্লে।
অনৌবা ফিজোল পুম্বা ভক্তশিংনা থৌগল্লে ॥
এলাইচি কর্পূর হাপ্পা তাম্বুল পানা ভক্তশিংনা থৌগল্লে
পানা হাবগা লৈগী শর্য্যাথক্তা হুংঙাইনা পোংথারে।
লৈগী হুমাই পায়হুনা হংচিৎ লাংনবা থৌগল্লে।
গোবিন্দদাসনা পাদসম্বাহন থোংনোইহুনা সেবা তৌরে
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী মনাইগী মনাই ওইজহুনা।
লুক হাবা লীলাগী সেবাবু পামজৈ নরোত্তম দাসনা

---

# যুগোল ভোজন লীলা

## আড়া

নি উ গোবিন্দ মাধব গিরি ধারী।
চিং নি থৌ গোর্ব্বদ্ধনবু থাঙ্গৎপীবা ।
পুক্লিং হুবা লীলা বসবু শান্নবিবা।
শ্রীবৃন্দাবন্দা কিশোর কিশোরী ॥
লুকহাশংদা লেংশিল্লে সখিশিং লোইননা।
শাক ফজনা থোংবা তল অঙৌবা অঙাংবা

লডু বেরা জিলিবী কচৌরী রসগুলা।
শঙ্গোম অনৌবা অফম্বা ক্ষীর সানাথোংবা॥
নুংঙাইনা পুক্লিং তানা হাবে কিশোরা কিশোরা।
লুক হাবা লোইরবদা ঈশিং লৌতুনা আচমন তৌরে॥
সনাগী য়াশেং চৈনা য়াবক ফজনা শেংদোক্লে।
মনম মুংশিববা লুববা ঈশিংনা চিল তেংথোক্লে॥
মণিনা থাগ্রবা লৈগী আসন্দা অনিনা ঙাল্লে।
অনৌবা ফিজোল পুম্নমক সখিশিংনা লৈতেলে।
কর্পূর এলাইচি যবা হাপ্লবা পানা থোংগাল্লে।
অসিগী প্রসাদিব সখিশিংনা পামজনা ফংলে॥
অসিগুম্বা মহাপ্রসাদিব্ ভক্তশিংনা পামজবি।
লুক হাবগী লীলা সেপাব্ শকচবি নরোত্তমদাসনা॥

---

# শ্রীরাধা কৃষ্ণ বন্য ভোজন

## আড়া

নিংউ বাংগ ব্রজনাথ মাধব গিরিধারী।
চাংগী মণি গোর্ব্বদ্ধন গোর্ব্বদ্ধনব্ পুবিবি॥
পুক্লিং হুনা শান্নবা লীলা বসব্ ফোংদোকপীবি।
শ্রীবৃন্দাবনগী লমলবা অমুবা থাজনি॥
ললীতানচিংবা সখিশিংগী থম্মোয় হুবা হবিনি
সূর্য্য পুজানি হায়তুনা লেংলক্লে বাধানা॥

শ্রীরাধা কুণ্ডদা লেংলক্লে ইবেম্মা হরাওনা।
সখিশিংগা লোইননা ফংজরে মবুংঙো দর্শন॥
রাধা কুণ্ডদা জলকেলি শান্নে কয়া হরাওনা।
শান্নবা লোইরবদা লেংখৎলে কুণ্ড মপান্দা॥
অঙকপা ফংনা লৈতেংজরে ফজবা ফিজোলনা।
আসন্দা লেংশিল্লে শ্রীকৃষ্ণ লুক হারে॥
পরিবেসন তৌজে শ্রীরাধানা পুক্লিং হরাওনা।
অথুম্বা ওইনম্বনচিংবা মখল মথেল কয়ানি।
লড্ডু বেরা জিলিবী ক্ষীর কচৌরি মখল কয়ানি।
ব্রজ নিংথৌমচা কৃষ্ণনা পুক্লিং পেন্না হাবীরি॥
নুংঙাইনা য়েংজে রাধানা সখিশিং লোইনরি।
লুক হাবা লোইরতুনা লেংখৎলে চিল তেংথোক্লে॥
কর্পূর পানা হাবিরে লৈগী শর্য্যাদা চেপখরে।
শ্রীরাধানা সখিশিং লোইননা মহাপ্রসাদি ফংজরে
প্রসাদি ফংবা লোইরতুনা হৌগৎলে চিল শেংনা তেংলে
সখিশিংনা ইবেম্মবু ইবুংঙোগী চরণ নাক্তা পুশিল্লে॥
ইবেম্মা ইবুংঙোগী প্রেম সেবাবু সখিশিংনা ফংজরে।
চেপখরে অনিশ্মু প্রেমগী ঈপাক্তা তাউতুনা॥
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম সেবাবু পামজে নরোত্তমা॥

---

## পামজবা — আড়া

বাধা কৃষ্ণ যুগল কিশোব থৱাই ওইবা ঐগী।
হিংলিঙৈস্নু শিবগস্নু গতি অতৈ লৈজদে ঐগী॥
কালিন্দীগী তোর্ব্বান্দা কদম্ব পামেলগী মখোংদা।
ফমহলগনি অনিবু বত্ন সিংহাসনগী মথক্তা॥
শ্যাম গৌবিগী হকচাংদা চুব্রা চন্দন সেবা চ জগনি,
মাইথো থাজ যেংজত্নুনা কদৌঙৈ চামব থৌগঞ্জগনি॥
লে জত্নুনা মালতি পাব অনিগী ঙক্তা হুকচগনি।
শ্রীমুখদা কর্পূব তাম্বুল পানা সেবা ফজগনি॥
ললীতা বিশাখানচিবী সখি মযাম পুন্নমক্কা।
যাথ মতু ইঙ্গত্নুনা কদৌঙৈ ফ গনি চবণ সেবা॥
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী মনাইগী মনাই ওইজববা।
তোল্ল নবোত্তমদাসনা অনিগী সেবা পামজবি॥

## সঙ্কীর্ত্তন অধিবাস পদ

### ছোট দশ কুশ

জয় ওইবি জয় ওইবি গোবা শ্রীশচী মপাবি
শাবকপা জগোইনা জগৎ মঙ্গল পীবিবি॥
শ্রীবাস বামানন্দনা নুংঙাইনা কীর্ত্তন তৌবি।
মুকুন্দ বাসুঘোষ নুংশিনা ইশৈ শকলি॥
দ্রা দ্রা দৃমি দৃমি মাদল পুং যৈবকলি।
ফজনা য়ৈবক্লে, তা তা থৈযা হাযনা॥

তাতা থৈয়া তাতা থৈয়া তাল চানা য়ৈরক্লে ॥
মৃংশিরবা খোম্থোক্লা মণ্ডিলানা নিল্লক্লে ॥
মোইবুং কাংশি করতাম্না মৃংশিনা নিল্লক্লে ।
তাল পুন্নমক প্রভুগী চরন্দা থৌগল্লক্লে ॥
কনাগুম্বা ভক্তনা শ্রীঅঙ্গদা গন্ধ চন্দন কচ্চবি ।
চন্দন কচ্চরি ; ইবুংঙো সনা হকচাংদা ॥
কনাগুম্বা ভক্তনা লৈপরেং প্রভুদা লুকচবে ।
প্রেমগী তেন্না থম্মোয়নুংদা তেন্না থুম্না পাল্লবে ॥
খল্লুবদা ভাব পুন্নমক্লা শ্রীঅঙ্গদা থৌগল্লবে ।
কনানা হায়নৈ গৌরাঙ্গসে সিতাগী মবুংঙোনি ॥
শ্রীরাধাগী চান্নথোইবা থৱাই মঙানি ।
নয়নানন্দনা হায়জে অতৈ অমা খঙজদে ॥
ঐগী ইবুংঙো গদাধরগী মবুংঙোনিনে ॥

---

# কৌজবা — দাসপেড়ে

## তিন তাল

লেংবিবক্লো গৌবাঙ্গচান্দ , ঙালবিবরোনে ;
ঐগী থম্মোই যোগাসন্দা ।
ঙসি ন'গী নঙুণ শক শোঙ্গগে ॥
ব্রজদা ওইবমই বাসবিহাবি ; হৌজিক ওইবে কীর্ত্তন বিহাবি,
হৌজিক নবদ্বীপ্তা কীর্ত্তন বিহাবি ।
ব্রজদা ওইবমই : বাধিকাগী মবুংঙো ,
হৌজিক ওইবে গদাধবগী মবুংঙো ।
হৌজিক কলি যগতা ওইববে বিষ্ণুপ্রিয়াগী মবুংঙো ।
ব্রজদা থাঙ্গৎপীবি ; গিবি বাজ গোর্ব্বদ্ধন ,
নবদ্বীপ্তা থাঙ্গৎপীবি ভক্তি গিবি গোর্ব্বদ্ধন ॥
ব্রজদা ওইবমই : গোপীশিংগী মবুংঙো ,
হৌজিক ওইববে ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মবুংঙো ।
গতি লৈতবগী গতিনি , উপাই লৈতবগী উপাইনি ,
নহাক নত্তনা অতৈ গতি লৈতনা ॥
ন নত্তনা ওইবোই ওইবোই ; হরি নাম সঙ্কীর্ত্তনসে ,
তাইবং ঈপাক লালবীনবা ॥
হা গৌরাঙ্গ শচীগী মচা , নহাক নত্তনা গতি লৈতেনে ,
নংবু নত্তনা আআ ॥

---

# শ্রীগৌরাঙ্গ শক্তম

## খোইড়া

ফুঙ্গনা নোংহৌ ওমজবা কুচু উরেনে ঐনা গৌরাঙ্গবু ।
সনাগী কুচুনা মপান্দা য়োম্লে অশংবা কুচুনা নুংদা লোৎলে ॥
রাখল শাথেক উবদা মাবু মুন্না খংলেনে ।
রাধাগী মবুংঙো শকহেলবা কৃষ্ণ ব্রজগী শক্তমদো ॥
পুমলোৎ লোংখ্রে ; লোৎপদা চিথরে খোই খোইবা মিয়ে ।
নুংশিবা মিয়েং উবদা খংলে ব্রজ রাজনন্দন কৃষ্ণনি হায়বা ॥
ব্রজগী নৌরবী ব্রজগী নৌরবা অনিনা অমত্তা ওইররিবনি ।
বাঁশীনা রাধা রাধা খোংলম্বদো রাধা প্রেমগী লমন হরি নামনি ॥
ব্রজদা ওইরমই অমুবা থাজ খোংলমই নুংশিনা শুঙ্কৎপা বাঁশী ।
হায় অঙকপনি হরি হরি শোল্লি হরিনাম্মা তাইবং লালবিররে ॥

## শায়োন—অবতার

### লোফা—ত্রিপদ

ধন্য কলি যুগসিদা ; শায়োলরে নদিয়াদা .
লেংলক্লে শচীমচা ওইরত্নুনা ।
গোবিন্দনা পোকলরে ; সখা সখিনা ভক্ত ওইত্নুনা ;
ব্রজগী অমুবা থাজত্নুনা ॥
ব্রজ নিংথৌ মপারি ; গোপীশিংগী চান্নবা ;
ব্রজ বাশিগী থরাই ওইবা ।
রাধাগী লমন শিংগে খন্দুনা ; চুরা বাঁশী থাদোক্লে ;
জীবগী লম্বী শেম্বীররে ॥
লমন শিংগে থৌরাংবদা ; শ্রীমতি রাধিকাগী ;
বৃষভানু মমোমলোই ॥

# ছোট দশকুশ

ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা ; অশংবা মণি হেল্লিবা ;
অহিংবা সনাগী মচুনা ঙাল্লবে।
ঙাল্লে সনা মচুনা ; অনৌবা নোংগী কুচুহুনা ;
ব্রজ গোপী লক্তা ঙাল্লম্বা ॥
বাস মণ্ডন ময়াইদা ; ব্রজদা থোকলম্বা থাদো ;
সঙ্কীর্ত্তন রাস মণ্ডন্দা ঙাল্লরে।
কলি জীব অপুম্বা ; কলক মিহৌনা থল্লবা ;
থম্মোয়নুংগী মৈরা থানবিবরে ॥
থাজ ওইনা ঙালবিররে ; মম্লবা খিবিক মা·হনবিরে ;
কলি জীবগী থম্মোয়নুংগী।
ওইখিদরি ওইরক্লরোই ; মাগুম্বা থোজাল হৈবা অমা ;
যুগ যুগ খুদিংমক্তা ॥

---

## শায়োন—অবতার

### আড়া

ভক্ত ওইনা পোকলরে ভক্তি পীনবিররে।
হরি নামনা শায়োন ওইহুনা জীব পুম্বা লালবিররে ॥
হরি নাম মহামন্ত্র বৈষ্ণবশিংগী অথোইবা লন্নী।
ব্রহ্মানা ফংঙমদ্রবা নাম নাম চিন্তামণিনী ॥
হরে নাম হরে নাম হরি নামতনা অথোইবনি।
কলিদদি লৈতে লৈতে জীব লান্নবা উপাই অমা ॥

নামগী ঝুলি ঙক্তা য়াল্লে পান্থোম ৱাংনা থাঙ্গৎলে।
লাওনে জীব ঐগী নাক্তা হরি নামবু লৌবোলাওনে।
পুবা লুমদে মমল তিংদে তোইনা তোইনা য়েনবিবিনে॥

---

হরি সঙ্কীর্ত্তন ময়াইদা জগোই শাবি গৌবনা।
ঙসি নবদ্বীপ পুন্য ধামসে নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈতেনা॥
ব্রজ গোপী পুক্লিং হুরা শ্যাম লোইননা বাস্বেশ্বরী।
অনিনা জগোই শাবগুম্না থেক্লা নৌনা জগোই শাবি॥
জগোই শানা শানা ব্রজ প্রেমগী ঈথক হৌবী।
গৌরাঙ্গগী থুপ্লবা ভাবপু বাস্থুঘোসনা শকচবা॥

---

## শায়োন—অবতার

### তালচপ এক তাল

বম্ব রাজ শ্রীকৃষ্ণনা ; শ্রীগৌরাঙ্গ ওইদুনা,
শায়োন্দুনা নবদ্বীপতা ফোংলে।
জীবগী লম্বী শেম্বীবরে, লমনশিংগে খল্লুবনা,
শ্রীরাধিকা ইবেম্মগী॥
মহাভাবপু খঙগে হায়না, মপুং ফাববা থাজ ওইনা,
প্রেম ভক্তি পুর্ণিমানা ঙাল্লে।
গোপী পুক্লিং শুদ্ধৎনবা ; মুরলী খোঞ্জেন্না ওইবা,
মহাযজ্ঞ সঙ্কীর্ত্তন্না ঙাল্লে॥
যুমথোং যুমথোং খুদিংদা, খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংগী,
কলি জীব লালবীনবা।
প্রেম ভক্তি ফংজনবা॥
কৃষ্ণগী কুচুনা মুংদা চন ; রাধাগী কুচুনা থক্তা থোং,
মহাভাব গৌর ওইনা ফোংলে॥

# গৌর শক্তম

## আড়া। চাল

থাজ কোটি কোটি ঙমজবা ২ গৌর মাইথোং থাজনি।
লৈরোই চাংদমনিংঙাই ঙমজবা অমা ২॥
তাইবং কোইনা থিরুত্তুনা লৈরোই অমা চাংদমনিংঙাই।
পুক্লিং হুবা গৌরগা মান্নবা চাংদম অমা॥
মিংসা থম্বাল অনিনা নাগরী পুক্লিং হুবনি।
গৌর শক্তা শুম্বাংলবা হায়জৈ বাম্নুঘোমনা॥
সুধর্ব্বনী তোর্ব্বান্দা ঙাল্লি ঙাল্লি গৌর থাজনা।
উদরে যুমদা লৈঙমদে উরুরে থোইনা খোইরাংই॥

---

কবিন্দ্রগী উরুববা ইতা; ফুদোংবা সনা ঙমজবা গৌর,
চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজরে।
উরুরে পুক্লিংসে লৈতাদরে; শাগৈগী ধর্ম্ম কর্ম্ম কাউখরে;
উদরে যুমদা লৈঙমদরে॥
ফজবা ঙকশমদা; ফজবা লৈগী পারেং;
হায়না হুমনা নিংথিরে।
হৈশিংবী কনানা; লৈখল চানা লেংলিবা;
শক্কা চুগা লৈগা চানরে॥
য়েংউ ইতা ফজবা শক্তম; নাগরী ঐখোয়দি লৈঙমদরে;
থব্রাই হকচাং লোইনা কংথোকখ্রে॥

---

## তাণ্ডাও মাত্র ২৮

৩ ৪ ১ ২

| ●০০ | ০০●০০০০ | ০০০০০০০ | ০০০০০০●

পতি সোম বড়দশকুশী

### যতি

কনা কনা চংকনি লাওনে তাইবং ঈপাক ব্রাংমদা।

লানবদা করিস্থ কিফম লৈতেনে লাওনে ;

মতম অসি অমুক ফংলবোই লাওনে ;

নিংঙমহৌরোইনে ।

লাওনে নিত্যাই গৌর লেংলক্লেনে ;

জীববূ লালবিগে হায়না ॥

লাওনে ।

### ভাসপেড়ে

শচীগী মপাবিনা নদিয়াদা ভান্থোইরি।

বিষ্ণুপ্রিয়াগী চান্নথোইবনা তাইবং শিনবা থুংনা ভাল্লি

অচৎ চত্ত অপুম্বনা গৌরগী কোলোই শোন্নরি।

কলি যুগকী নিংথৌরেন্নি অবতার পুম্বগী মকোক্নি ।।

কলি মশক খ নবা হোংনৌ পুন্সি মহে য়ানগনি।

তোল্লবগী মপুনি পতিত পাবন মিংথোন্নি ॥

নখোং থম্বাল অনিদো ঐগী ওইজবা পামজে।

ঐগী ওইরে খঙবা কদৌঙৈ ঐনা ফংজগবা ॥

পুন্সি ঐগী অরোইবদা তাইবং হিদেন মপান্দা।

নংগী নখোং হিবেল নত্তনা লানবিনবা কনা লৈবোই ॥

## লোকা

গৌরাঙ্গ শোঙ্গবদা ঐগী কদৌঙৈ তু-চুংজগবা ।
হরি হরি শোল্লবদা মিত্তগী পি তাজগবা ॥
কদৌঙৈনো নিত্যানন্দনা ঐহাকপু চানবীবদা ।
তাইবংগী কল্লক মিহৌববু উৎকুম্মা ঐনা খনবদো ॥
তাইবংগী লাংনা পুনবা কদৌঙৈ থাদোকবা ।
বৃন্দাবনবু উজবা কদৌঙৈ ঐনা ফংজগবা ॥
রূপ রঘুনাথ শোঙ্গদা নোল্লুকচবদো ।
কদৌঙৈ ঐনা খংজগবা অনিগী চান্নবদো ॥
রূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা লুনা নিংজবদো ।
পামজৈ নরোত্তম দাসনা শ্রীচরন্দা চংজবদো ॥

---

## লোকা মধ্যালয়

গৌবগী নিংথিবা ফজবা কোলোই ।
শোঙ্গোনে পুক্নিং ফনবা পোলোই ॥
গৌরগী থৌজান্দি য়েক্লবা চংলোই ।
মখোয় তরুকমক কনাম্বু লাকলোই ॥
অকিবা যমগী থৌরিনা পুললোই ।
অরা অনা দণ্ডি করিস্নু ফংলোই ॥
শোল্লুনে পুক্নিং গৌরগী কোলোই ।
অফবা পুম্বা নংগী লাকনি শোয়রোই ॥

অরোইবা নুমিত্তা কনাস্ত উরোই।
নচা নশু শাগে নহাক্কী তালোই।।
তাইবং হিদেন্দা ওইরি গৌরনা হিরোই।
লালগনি তাইবং সমক্র শোইরোই।।

## গুরুজন : গৌরচন্দ্রিকা

### বিভাষ : তেউৎ

ঐগী থবাই পুন্সিগী লন সোনার নিমাইচান্দ।
নিমাই নংসে ইমাগী থবাইগী থবাইনিনে।।
ইমাগী ইবুংঙো অলগনুনে হৌগৎলোনে।
থোইদিং তঙ্খাই উদ্রবদা ইচাগী মাইথোং থাজদো।।
লৈঙমদ্রবী কল্পতনা ঐগী শরুক ওইজবীনিনে।
লৈজবা ঙমদে; উদ্রবদা; নংবু ইমানা।।

---

### দুই ঠেকা — সুট খেলা

নোংপোক মাইগৈ ইঙান ঙাল্লে;
হৌগৎলোনে ইমাগী নিমাই।।
নোংঙাল্লেনে; শর্য্যাদগী হৌগৎলে৷ বাপু;
নুমিৎ য়াম্না থেংলেনে হৌগৎলোনে বাপু।।
নচিন নয়া শেংদোক্লো মমিৎ নমাই তাথোক্লোনে।
নংগী মরুপ মপাং লোইন' লাক্লে কৌনবোনে

ন°গী মরুপ ময়াম লাক্লেনে নংগা শাম্নকগনি হায়না।
মচাবু শিং শিং নান্দুনা মুংশিনা হায়রকই ॥
মচাবু মুংশিবগী প্রেমতনা তত্তনা শিন্থরকই।
মমাগী মুংশিবা রাইহে তাবদা হৌগংলে নিমাই ॥
মোমোন নোকপা মিনোক্না মমাবু মুংশিনা য়েংই।
মমানা মুংশিনা হৌদোকপদা হৌগংলে নিমাই ॥

---

## চারি তাল

হৌগংলে নিমাই মচিন ময়া শেংদোক্লে;
নমিং মমাই নিংখিনা আথোকলে।
জগন্নাথ দাসনা মতম কুইনা নিংজবা;
খংঙমদবা প্রভুগী লীলাবু উজবা পামজে।
গৌর গুণমনিগী লীলাবু; মতম কুইনা পামজবা ॥

---

## গুরুজন সুত্র

রাধাংস্নাত বিভূষিতাং ব্রজপয়াহুতাংসখিভিঃপ্রগে।
তহেদেগবিহিতান্নপাক রচণাংকৃষ্ণাহবশেষানাং॥
কৃষ্ণংবুদ্ধমবাপ্ত ধেনু সদনং নিব্যঢ়গোদোহনং।
সুস্নাতংকৃতভোজনং সহচবৈস্তাঞ্চাথ তঞ্চাশয়ে॥

# গুরুজন

## এক তাল। ভৈরব

কুরুজন অহল লমন হৌগৎলে নোংঙালে।
য়ুমগী থবক পুম্বা সখীশিংদা থৌদারক্লে॥
সখী খরনা ষনগোন্দা শজোম শুমলক্লে।
লন থুম সনা লুপা নোম্বীনবা মী ব্রাৎতেনে॥
সখী খরনা গুরুজনগী সেবা চংখোম্না তৌবেনে।
সখী খরনা সনাবুন পুত্থুনা ঈশিং শোকলক্লেনে॥
সখী খরনা লৈ হেক্তুনা পরেং ফজনা লেংলেনে।
সখী খরনা ইমুং মাজোল শিং নাম্না শেংদোক্লেনে॥
মুমিৎ খুদিং তাকনবা লৈত্তনা লুনা নাম্না পাল্লিনে।
অসুম ওইবা ফজবা নিয়মসে গোবিন্দ দাসনা পামজৈ

---

## কালজেরা- এক তাল

১। মাগী মাগী শিন্থা পীবিরে মুংঙাইনা নন্দরাণী।
২। মচাগী নাক্তা লাক্তুনা মুংশিনা হৌদোক্লে রাণী॥
৩। নোংঙালে হৌগৎলো নচিন নয়া শেংদোক্লো।
ইমাগী ইবুংঙো নমিৎ শিংলো নমিৎ নমাই তাথোক্লো॥

১। থৌদাবেনে; য়ুমগী থবক পুম্বা: মনাইশিংদা;
ব্রজেশ্বরী নোংঙালবদা; পুক্লিং মুংঙাইনা যশোমতী।
২। বাণী লাক্লেনে; মচাগী নাক্তা; হৌদোক্কে হায়না; যশোদা বাণী॥
সখা ময়াম লাক্লুনা লৈবে ন'বু হৌবা লাক্লে।
হৌগৎলো হৌগৎলো ন'বু উনগে হায়না লাক্লে॥
৩। শিন্থবক্লেনে: মচা মুংশিবগী প্রেম: মচাগী মাইথোং চুপালেনে;
শিন্থবেনে; অমৃতগী ধাবা; গোপালগী মাইথোং উক্লবদা॥
থেংলে মুমিৎ য়াম্না কাবে ইমাগী ইবুংঙো নমিৎ শিংলো।
ন'গী মরুপ সখাশিংনা কাহ্নাই কাহ্নাই কৌরিসি তাদববনে॥
কৌবেনে নংবু হম্বা হম্বা হায়না মনবী মম্নাওনানে।
হা গোবিন্দ হায়বা থোক্লুহুনা হম্বা হম্বা হায়না কৌবেনে।
শাগী মপোক্তা পোকখিবনা॥

---

বাখ্যা: রাস লীলা লোইবগা কৃষ্ণ লীলদা শ্রীমতিগা —
ফি ওন্ননা শেৎলকপহু উবদা মচা মুংশিবগী প্রেমদা —
লুপলবী যশোদানা হায়রকই॥

## ভৈরব — খেমতাল

বলরামগী ফৈজোম কবিগী শেৎলিবা।
কনানা লৌখ্রে নংগী সনা ফিগে ফৈজোম॥
করিগী শেৎলিবা; অশংবা ফৈজোম।
নয়াম্বুং বলরামগী গোপাল নংনা॥
পাম্লবদি ঐঙোন্দা হায়যু ইমানা নিংবা কুইরবনি।
অশংবা ফিগে ফৈজোম শেৎপীগে হায়না॥

## গুরুভজন - দুই ঠেকা

অঙাংবা থরোংম ; ঙাংলিবা মিত্তুনা ;
কবিগীনো হায়মু ইমাদা ।
হৌজিক ফাও হৌগত্রিবা ; অহিং তুম্বা য়াদ্রবরা ;
ইচাগী মাইথোংসে মকশিল্লেদা ॥
মুংশাগী মৈশানা ; কন্না য়ৈমনখিহ্না ;
হকচাং পুম্বা খুইশিল্লেদা ।
অশংবা থরোংম ; নৌরবা ইচাগী হকচাংনি ,
মুংশাগী মৈশানা লাংহৎলেদা ॥
কনানা থৌদাহ্না ; পাখৎনা মন থত্তুনা ;
ইচাবু য়াম্না রাহাল্লেদা ।
তিংখং মরক্তা ; মন থৎলুবগী ;
মশাসে য়াম্না খেগাইরেদা ॥

## ঠুংঙাঁর

ঐহাক্কী লাইবক্তা ; করম্না তম্বীবা ;
খল্লুবদা ব্রারেনে ঐদি ।
লাই হিংচাবা ; মী ফত্তবশিংনা ;
বন্দা কোইনা চৎলিবনি ॥
ইচাবু অরাবা ; পীগদরা খল্লবদা ;
ব্রারেনে য়াম্না ইমাদি ।
শেংনা ঈরুজহ্না ; লাই পূজা তৌরিবনি ;
ইচাগী মঙ্গল নিরিবনি ॥
ইমাগী ইবুংঙো ; হৌগৎলো থেংলেনে ;
ননি মাখন হাওর হাওরবা লৈরেনে ।
ইচাগীদমক রাওনা ; ইমানা থমলিবনি ;
পুক থম্না চারোনে ॥

## ভৈরবী - এক তাল

মচাগীদমক ৱাজবা ; মমাগী মুংশিবা খোম্বোক ;
তাবদা হৌগৎলে গোপাল।
ফিরুপ খুমজিললি ; মোমোন মোম্নোন নোকই ;
মুংশিবা মমাগী ৱাঙাং তানিংহুনা ॥
লাইনিংবী পূর্ণিমাশী ; লাক্লে তাঙ্গাসিদা ;
যশোদানা খুরুমজৈ ।
খুরুমজবেনে ; লাই ওইবীগী চরন্দা ;
নন্দরাণী যশোদানা ॥
মচা ইবুংঙো গোপাল ; মমাগা লোইনা ;
মুরুম মুরুম্ম শোন্দুনা খুরুম্মই ॥
হন্না হন্না খুরুমই ; লাইওইবীগী চরন্দা ;
মমানা খুরুম্বা উবদা নিলমণি ॥
শেখরনা হায়জৈ ; ইমা যশোদা রাণী ;
কিবীরুম্মু নচা গোপালগীদমক ॥

---

## ঠুংরি – বিভাস

তবি তবি হৌগৎলি ; মমিৎ নোইর নোইরহুনা ;
খুরুম্মই দেবীগী চরন্দা।
মঙ্গল ওইবিয়ু ; নিংবা থুংবিয়ু ;
মপান্দা থোলক্লে তাবদা ॥
ময়ামগা লোইননা ; লুরবা ঈশিংনা ;
চিল য়া ফজনা শেংদোক্লে।

ৱাংপা লৈতেনে ; সেবা হৈবা ঙাকনি ;
মোল্লবা গমশানা তৈথোকই ॥

ফজৈদা ইবুংঙো ; মপা লৈতেদা ;
কাম কোবা লাইবু হেল্লিদা ।

কাম দেব কপইদো ; মাইথোং থাজ উবদা ;
ইকাই মলখিত্নুা ॥

সখাশিংগা লোইননা ; পুক্লিং হবাও মুংঙাইনা ;
ষনগোন্দা লাক্লে হবি ।

হৱাওনৈ মুংঙাইনৈ ; শৃদাম স্নবন মধুমঙ্গল ;
কাহ্নাই লোইননা বলায়দাদা ॥

ষনবী ষনাও পুম্বা ; হম্বা হম্বা খোংই ,
গোপালবু উবদা মুংশিনা ।

মচা পীথক্নুা ; মখোম থাহল্লগা ;
শঙ্গোম শুমই মদন গোপাল ॥

হবাঙনা মুংঙাইনা ; তাল থা থাত্নুা ;
সখাশিং মুংশিনা ইশৈ শকই ।

শেখবনা হায়জৈ ; য়াম্না লোংনা থুপনা ;
লম্বীসিদা ইবেম্মা রাধা লাকনি ॥



## গুরুজন – এক তাল

মতম অসিদা যশোদানা কুন্দ লতাবু কৌরকই।
হে কুন্দ লতা চৎলো নংনা রাধাবু পুতুনা লাকউ॥
খর থুনা চৎলো ঙসি চাক ঙন্না থোংলো লাউ।
চাক লাম্বনা চদৎনরে নিল্লমণি ঐগী গোপালসে॥
খুরুমলগা চৎখরে য়ৌখরে জটিলাদা খুরুমই।
ইমা ইবেম্মা জটিলে নন্দরাণীনা খুরুমজরকই॥
নমৌ ইবেম্মা রাধাবু লৌরু হায়না ঐবু থারকই॥
তাবদা জটিলা হরাওনা নংতনি ঐনা থাজবা হায়রকই।
শেখরনা হায়জৈ ইবেম্মনা লেংবা মবুংঙো দর্শন॥
ইমা ইবেম্মবু ঐখোয় নন্দরাণীনা য়াম্না লুনা নিংজৈদা।
ঙসিদি খরা ঙন্না লাকহন্নবা খুরুম্মুচো হায়রকইদা॥
কুন্দলতা ঐবুস্নু ইমা ইবেম্মনা লুনা তৌবিবদা লাকচরিবনিদা
শিংইদা কুন্দলতা নুংশিদা রাঙাং তাবদা নুং ফাওবদা পেৎলিদা॥

## ঝাঁক তাল

পেৎখরে পুক্লিং জটিলা হরাও হরাও হায়রকই।
নংতনি ঐনা থাজবা ইমৌসে নংনা চেকশিনবিয়ুনে॥
মী কনা থওদ উদবা লম্বী অশম্বদা থুনা পুবিয়ুনে।
অতুগা চাক থোংবা হেক লোইবগা থূনা থিনবিরকউনে॥
ইমৌসে অঙাংনি অপংবীনি নখুত্তা শিন্নরবনিনে।
চেকশিল্লু মঙ্গল ওইয়ু নিংবা পুন্নমক থুংউনে॥

শাগৈ চাওখৎনবা ইচা আয়নগী সম্পতি হেঙ্গৎনবা ।
য়ুমগী লক্ষ্মীনি ইমৌসে অতোপ্পা লম্বী চৎপা য়াদে ॥
লম্বী চৎপদা সখা অমত্তা উনদনবা চৎকদবনি ।
নন্দগী মচা কাহ্নাই হায়বদো তৌঙমদবা লৈতবনি ॥
নংবুদা থাজত্নুনা ইমানা শিন্নরিবনি মঙ্গল ওইযু ।

---

## ঠুম্রি

চবন্দা খুরুমজরি ইমা ইবেম্মা নচা কুন্দলতানা ।
ব্রজদা মগুণ লৈরবী লাই ওইরবী ইমানিনা ॥
লন্দসু রাৎত্রবী শক্তা সম্পাতিদসু থোইদোক্লবীনিনা ।
ইমাগী কাদা কনাগুম্বা অমত্তনা কারন চৎলোইনা ॥
কিবীরুসু অত্নুদগীসু মথক্তা কুন্দলতা ঐসু য়াওবিনা ।
মতম চানা চানা পুথিনি চেকশিন্না অমুক খিলক্কনিনা ॥
কুন্দলতা ইবেম্মরাধা মনেমগী চরন্দা খুরুমজরে ।
খুরুমজরে মনেমগী চরন্দা বিদায় পীবিরে মঙ্গল ওইযু হায়না

---

## গুরুজন — একাতাল

লোইনবী তিন্নবী চান্নবী পুকচেল থগুনবী ।
শক হেলবী ফজবী তরু তহেল্লবী হৈশিংলবী ॥
লডু পেড়া কচৌরি রসগুল্লা জিলিবী ।
সনাগী শেঙ্গাদা মখন মথেন নাইনা হাপলবী ॥

শুংদোক্লবা ফজরবা গমশানা নিংথিনা কুপলবী।
মবুংঙো কৃষ্ণদা কৎননবা লোন্না শেমলবী॥
হৈশিংবী ময়াম্না কনা খংহন্দনা লোন্না পুরকলেনে।
খ্বাইগী তুংদা কুণ্ডলতানা রাসগী ৱারী হংলকলেনে॥
জগোই কনানা হেল্লবা কনানা ৱাংপা হায়য়ু হায়য়ুনে।
ৱাবী শানা শানা হবাও হবাও নোক্লা নোক্লা লাকলেনে॥

## ত্রিপদ

নিংথৌগী মমোমনি; গোপীলকী মণিনি;
সনাগী কুচু হেল্লিবী।
শামুগী শাজংনি; কাংঙাগী খোংথাংনি;
য়েংজনিংবী মাইথোং থাজনি॥
চরণ থম্বালদা; মণি নোপুরনা নিল্লি;
খ্বাংদা কিঙ্কীনিস্থ নিল্লি।
শাজং ঈপোমদা; বেনী ঈথক হৌরি;
অশংবা শাড়িনা লৈত্তেংবী॥
থৱানমিচালক্কা; থাজনা ঙালবগুম;
সখীলক্কা ঙাঙল্লিবী।
থম্বাল পরেং চংপা মাল্লি; থাজ পরেং ঙালবগুমই;
ফজরবী পরেং লাক্লেনে॥
খুজিন্না থাগুম্বী; মিনোক নিংথিবী;
য়াতোন পরেংনা মুক্তা ওমজবী।

জগৎ শুম্মৎপী মিয়েংনি ; রাঙাং ফজরবীনি ;
কোকিলগী খোম্থোক হেল্লিবী ॥
থম্বাল লকা ঙমজবী ; মিস্নানা থম্বালনি ;
খোম্থোক মুংশিরবীনি ।
খুজিনা তালনি ; নোপুবনা পুংলোননি ;
মুংশিনা ইশৈ শক্নুনা লাক্লেনে ॥
অম্নুম্না লাকপনা ; য়োরক্লে ময়ামদো ;
কৃষ্ণনা শঙ্গোম শুম্মলোমদা ।
গোবিন্দ দাসনা হায়জৈ ; ফজ্ববা অসিমক্তনা ;
মদন মুহনবু ফংজবনি ॥

---

## শুটা একতাল

সখাশিং ময়াম লোইনত্না কাহ্নাই শঙ্গোম শুমলি ।
ষনবীদা খুরৌ চন্দুনা নিংথিনা শঙ্গোম শুমলক্লি ॥
মুন্না মুন্না মুন্না য়েংলক্লে শঙ্গোম স্নুম্না স্নুম্না স্নুম্না ।
তপ্না তপ্না হায়রকই ; হে ইতাও সুবন রাধা লাক্লে ॥
শঙ্গোম শুমগনি খংখিদ্রে উবদা ঙক্নুনা লৈখরে ।
মিৎনা অমদা খুৎনা অমদা মশাদা শঙ্গোম শুমজিল্লে ॥
ফজরে নিংথিরে ইবুংঙোদো তমান্দা স্নুম্নু তৈবগুমখরে ।

## ঠুংগুরি

রাধা মাইথোং উরবদা শ্যামদা ইঙক ঙকখরে।
তপথবা ঙমদরে শঙ্গোম শুমগনি খংখিদরে॥
খুরৌ থৌরী থাদোক্লে নাম্থোক্লনা চংখরে।
সনা খুৎতো মরেং মরেং বাঁশি তাখিবা খংদরে॥
উরুরে সখিশিংনা হৌনা হৌনা নোকখরে।
ইকাই মুংশি য়াম্নরে তৌফম লাকফম খঙদরে॥
কবিনো সখিশিংনা নোক্লরিবসে হায়না শাউখরে।
অঙাঙবগুম খুরৌ থৌরী পায়খৎলে ষনবী চংথোকখ্রে॥
চেনশিন্দুনা ষন লাবদা খুবৌ চেংনা চলখরে।
গোবিন্দদাসনা প্রেমগী লীলাবু উজবদা পুক্লিং পেনখরে॥

---

## এক তাল

শঙ্গোম শুম্বা কাউখরে রাধাগী প্রেমদা লুপখরে।
হকচাং পুম্বা নিকখরে জ্ঞান পুম্বা মাংখরে॥
মিংকা মিংকা তিন্নখরে পুক্লিংগা পুক্লিংগা লুপ্নখরে।
মাইথোং থাজ অনি উনবদা প্রেমগী ঈথক হৌখরে॥
মতমগী ব্রাখল কাউখরে পুক্লিং অমত্তা ওইখরে।
রসগী মশক ওইবী হৈশিংলবা ব্রাহৈনা মবুংঙো থৌগলখরে॥
মুংশিবা মিয়েং ফজবা শাথেক্লা মবুংঙো পুক্লিং ইংহলখরে।
শেখরনা হায়জৈ সেবাগীদমক হৈশিংনা কোম্নুং য়ৌখরে॥

# ভৈরবী নেতাল

রাধাবু উবদা ; হরাও মনগ্রহ্নুনা ;
যশোদানা চেঙ্খোবক্তুনা কোল্লে ।
নুংশিনা কোল্লে ; হন্না হন্না চুপলে ;
নুংঙাইবগী ঈথক হৌরে ॥
বসগী মশক ওইবী ; হৌনা লমচৎ খংলবী ;
যশোদা রুহিনীবু খুরুমজে ।
হৈশিংলবী সখিশিংনা ; লোন্না পুরকপা ফৈজোম ;
ধনিষ্ঠা সখিদা শিন্নরে ॥
লোন্না শিন্নরে ; ধনিষ্ঠাগী মখুত্তা ;
হৈশিংনা সনাফিগে ফৈজোম ।
ইঙ্গিং খংলবী হৈশিংলবী ; যতন তৌনা খংহন্দনা ;
লৌশিনখবে ধনিষ্ঠানা ॥
সনাগী শেঙ্গাদা ; থন্না পুরকপা সন্দেস ;
কুপ্লকপা গমশা হায়দোক্লে ।
নোল্লুকপা রাহৈনা ; ভক্তিগা লোইননা ;
যশোদা রাণীদা শিন্নরে ॥
মখল মখলগী সন্দেস ; হাওরা হাওরবা থুমলবা .
উবদা যশোদা হরাওরে ।
নুংঙাইরে হবাওবে ; অথুম অহাও ময়ামদো উবদ
মচা গোপান্না পামল পামলবা ॥
যশোদা রুহিনী ; মিংকা মিংকা য়েংনৈ ;
থাগংলি রাধাগী লমচৎপু ।

সেবা খংবী সখিশিংনা ;  লুববা ঈশিং পুথোক্তনা ;
শ্রীরাধাগী চবণ শেংদোক্লে ॥
লৈগুন্না থোংলবা ;  হামদোকলবা চবণ ;
অমোলবা গমশানা তৈথোক্লে ।
কহিনাগা লোইননা ;  লুক হৌননবা ;
লেংশিল্লে ইবেম্মা বাধা ।
সখি পুন্নমক্না ;  মথেন লুকোই ফজনা শেম্লে ;
শেখবনস্তু ঘাগী যৌগঞ্জবি ॥

---

## রাম কেলি—ধরা তাল

সোরাবেলগী কোন্থংব্ হেল্লি ;
নন্দগী চাকথোং শংনা ।
ফজরবা অম্রাপুবদগী হেল্লি ;
ব্রহ্মানা ফংঙমদ্রবা খুশেম্লি ।
অম্রাপুরদগী হেল্লি যশোদাগী কোন্নুংনা ।

## কাটা

ংনিষ্থা ফজবী ;  থোনবা পোংচৈ ;
রাত্তনা লা তুনা থম্লে ।
অকংবা শিং ;  যাবক চন্দগী ;
মৈ নিংথিনা থাগংলে ॥
লেংশিল্লে আসন্দা ;  লুরবা ঈশিং পুন ;
নকনা থাংজিল্লকলে ।
লুববী ফজবী ;  থোংবদা হৈববী ;
রস মশক খংনা থোংলক্লে ॥

## বিভাষ—এক তাল

বিধিনা খংদ্রবা ; মথেন লুকোই ময়াম ;
পুক্লিং চংনা থোংলক্লে ।
করপুর এলাইচি ; হাপ্তুন শেমলবা :
মনম মুংশিনা হাওনা শেমলে ॥
অমুনবা লফোইদা ; মচন হাপ্তুনা শেম্বা ;
ওইনম্বা য়াওনা থুম্না শেমলে ।
অঙাংবা অঙৌবা ; ঘীনা মোম থারবা ;
তঙ্গানচিংবা তল হৌরে ॥
অমৃত কেলিকা ; লড্ডু মখন মখন ;
চাকি খণ্ড পদ্ম চিনী ।
ওইনম্বা পেড়া ; চানাগী কাংঙৌ ;
মুসলা হাপ্তুনা ঙৌরবা মুরি ॥
লুচি পুরি পুরা ; রস য়াওনা হাওরবা ;
রস ভাজা জিলিবী ।
শিটামিশ্রি তোৎলবা ; থুমলবা খজুর ;
ওইনম্না থুমলবা রসগুলা ॥
শঙ্গোম ছানা থোংবা ; থোৎনা মেংনা হাওরবা ;
অফবা ঘীদা ফজনা ভাওরবা ।
হৈখ্রেদা ইবেম্মা , য়ুম্বুনা পাম্বা মথেন মখল ;
ফজনা হাওনা থোংলে ॥
লুরবা ঈশিং ; মনম মুংশিনা শেম্বা ;
সনাগী খুজাই থম্না হাপলে ।

লংলবা সনাগী শেঙ্গাদা ; ফজ-ফজনা থেনগৎলে ,
সুদোকপা অভৌবা ফিনা কুপলে ॥
শঙ্গোম অফম্বা অনৈবা , ঘীনা রস হাপ্পা ;
সনাগী তেঙ্গোৎ থন্না থন্না ।
যুবী মহিদা রস হাপ্পা ; ইংনা থুন্না হাওরবা ;
লুপাগী তেঙ্গোৎ থন্না থন্না ॥
হৈনোগী আচাব ; আচার মখন মখন ;
শিং চিনী হাপ্পা চম্প্রা মহি ।
যশোদানা পাম্বা ; মথেন পুম্বা থোংবা লোইবে ;
অশুবা কব্রংগী ছানানা কুপ্পুনা থমলে ।
ইবেম্মনা লুক হোবা ; সখিশিনা ইনশাং শেম্বা ;
লোইদ্রি ফাওবা পোৎথাবা লৈতে ।
পুন্নমকসি লোইববদা , মুংঙাইবা ফাওবতুনা ,
সখিশিং তাল থাতুনা ঈশৈ শক্লে ॥
সখি খবনা চৎখিতুনা ; নন্দ বাণীদা হঙ্গৎলুবে ,
মথেন ময়ামদো উবদা বাণী হবাওবে ।
শেখরস্থ হবাওবদো য়াওজবি ॥

---

## খোইড়া

মতমসিদা বামকান্ন সখাশিংগা লোইনতুনা ।
মখল মখলগী মুংঙাইবা কুম্মৈ শাম্নৈ মুংঙাইনা ॥
যশোমতিগী অজ্ঞা ফংবদা লাক্লে রাম কাহ্নাইনা ।
স্নাণ বেদী মথক্তা শেংনা ইরুজরে লুরবা ঈশিংনা ॥

মোল্লবা গমশানা শে'না তৈথোক্লে সখাশিংনা।
লুকহাশংদা লেংশিল্লে রাম কৃষ্ণ আচমন তৌরে অনিনা॥
হাওর হাওরবা মথেন লুকোই হারক্লে পুক্লিং মুংঙাইনা।
শ্রীমতি ইবেম্মনা পুক্লিং খংনা য়েললে অৱাৎপা লৈতনা॥
পুক থল্লবদা হৌগৎলে চিন-খা তেংথোক্লে লুরবা ঈশিংনা।
মণি শর্য্যা থক্তা লেংখৎলে পোৎথারে মুংঙাইনা॥
চান্নরবা সখাশিংনা সেবা তৌরে ৱারী শানা শানা॥
শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদিদো ইবেম্মনা ফংজরে পুক থন্না।
সখিশিংস্নু মহাপ্রসাদি পুক থন্না ফংহল্লে হরাওনা॥
প্রসাদি ফংবা লোইরবদা আচমন তৌরে লুরবা ঈশিংনা।
কর্পূর এলাইচি হাপ্লবা তাম্বুল সেবা চংজরে সখিশিংনা॥
ইবেম্মগী য়াথং মতুং ইন্না ময়ামগী প্রসাদিবু শেখরনা ফংজৈ হরাওনা॥

---

ব্যাখা ঃ- অহল লমন গুরুজনগী সেবা লোৱবদা সখিশিংগা লোয়ননা মণি শর্য্যাথক্তা পোৎথাখরে। লীলা ময় লীলা ময়ী শ্রীরাধা গোবিন্দা। গুপ্ত কুণ্ড অশোকানন্দ কুঞ্জদা সখি মঞ্জুরীনা মরম ওইতুনা॥ তাইবং মঙ্গলগীদমক অনিনা অমত্তা ওইনা শান্নে। লীলা লোইরবদা মাগী মাগী মণি তাংবলথক্তা পোৎথানৈ॥ মতমগী মতুংইন্না ( বাসল্য প্রেম ) মচা মুংশিবগী প্রেমদা লুপ্লবী যশোদা রুহিনীনা মচাগী রাখাল ফিজেৎ শেৎপিবা। সনা লুপা মণি-মুক্তা লৈতেং খুজি তাল মেখলা নোপুর ফজনা লৈতেংবা। মবুংঙোগী শক্তম্বু য়েংজরগা শ্রীমতি ইবেম্মা মুংঙাইজৈ॥ অমস্তুং মবুংঙোনা ষন শেনবা চৎপা য়েংজৈ।

# ঠুংগুরি

যশোদা বাণীনা মমৌ অনৌবীগুম্না ম্নুংশিনা চান্না।
সনা-লুপা মণি-মুক্তা ফজবা ফিজেৎ লৈতেং থোন্দুনা।।
অনৌবা অহনবা ফজবা ফিজেৎ লৈতেংই হৈশিংবী সখিশিংনা।
ইবেম্মগী হান্না থোল্লম্বা ফিজেৎ লৈতেং পুম্বা ফংজরে মতাশিংনা।।
অম্নুন্না অথুম-অহাও অচা-অথকনচিংবা ফজনা শেম-শাহুমা।
যশোদা বাণীনা বাধাবু ম্নুংশিনা চান্না তৌহুনা চুপই কোন্দুনা।।
কুন্দলতাদা চেকশিন্না শিন্নবে ইবেম্মবু চৎননবা য়াথং পীরে ম্নুংশিনা।
বাণীগী চরন্দা খুরুমজে সখিশিংগা লেংলক্লে কুন্দলতা লোইননা।।
যাবট য়োরে মনেম জটিলাগী চরন্দা নোল্লুক্লা খুরুমজে কুন্দলতানা।
হেজবতী ইনে-ইবেম্মা নমৌ-ইবেম্মগী য়াম্না থোলবিরক্লে যশোদা রাণীনা
সনা-লুপা, মণি-মুক্তা খুজি-নাচি লিক-কোল ফজ ফজবা য়াম্না।
ফজবা শাড়ীনচিংবা ফিজেৎ লৈতেং অথুম অহাও অচা অথক য়াম্না।।
ইনে-ইবেম্মগী পুকৈ লঙ্গৈ করি অমত্তা অরাৎ অপা লৈররোইনা।
হঙ্গৎচৈ কুন্দলতা নোল্লুক্লা থাগৎচৈ মনেম জটিলাবু য়েংজনা।।
হবাওজে তাবদা অথোই নাপল কাবী জটিলা কুটিলা মমা মচানা।

---

## নিতি লীলা

# গৌর গোষ্ট লীলা সমতাল

## ষন শেনবগী লীলা

ঙসিদি গৌরাঙ্গসে করি ভাবপু খন্নুরবনো।
ভাবকী ইপাক্তা তাউরে রাখলগী সমক্র গৌরহবি ॥
য়েংউ ঙসিদি শৃদাম শুদাম হায়না কৌরকলে।
য়েংই ধবলি শাঙলী হায়নস্থ কৌরকলেনে ॥

## লোফা

ধবলি শাউলি হায়না তোইনা তোইনা কৌরকলেদো।
শিংগা বেন্থ মুরুলী জয় ধ্বনিনা নিল্লকলেদো ॥
ষনশেন চৈশু হায়রত্তুনা হৈ হৈ লাওনরক্লেদো'
রামাই স্থন্দরানন্দ নিত্যনন্দ লোইননা ॥
গৌরিদাস অভিরাম হরাওনরি পুন্নমক্লা।
পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা গৌরনা হরি হরি শোল্লি ॥
মুংঙাই ঈপাক্তা লুপচ র নদীয়াগী রমনি।

## মধ্যালয়

হরি ধ্বনিনা পুমনিল নিল্লি; পাম্বোম রাংনা থাঙ্গত্তুনা।
কলি জীব লালবিগে হায়না; কলি যুগকী চিন্তামণি ॥
শায়নবগী মকোক্লি শচী মচা গৌরাঙ্গ প্রভুনা।
হায়জৈ বাস্থ ঘোসনা; পুক্লিং হরাওজনা ॥
ব্রজগী গোষ্ট লীলা ফোংদোকলরে গৌর থাজনা ॥

## গোষ্ঠ লীলা শ্লোক

পূর্ব্বাহ্ণে ধেনুমিত্রৈ বিপিন মনুসৃতং গোষ্ঠলোকানু যাতং।
কৃষ্ণং রাধাপ্তি লোলং তদভিসৃতি কৃতেপ্রাপ্ততং কুন্দতীরং॥
রাধাঞ্চালোক্য কৃষ্ণং কৃতগৃহগমনা মার্য্যয়াকার্চ্চনায়ৈ।
দিষ্টাং কৃষ্ণ প্রবৃত্ত্যৈ প্রহিত নিজসখিবর্ম্ম নেত্রাং স্মরাম্মি॥

## গৌরচান্দ্রকা—দাসপেডে

ঙসি শান্নরুশিনে গৌরাচান্দ লাকলো ভায়।
নংবু কৌরুচো হায়না নিত্যাইনা থারক্লি॥
লাক্লো গৌর ব্রজগী ষন শেনবা লীলা শান্নরুসি।
ঙরাং হায়নখিবদাই শ্রীবাসগী ময়ুমদা॥
অধিবাস কীর্ত্তন লোইরকপদা হায়নখিবদো।
ঙরাংগী ব্রাক্ষমদো করিগী নহাক্না কাঙথোক্লি॥
কাউথোক্তুনা করিগী নিংঙাইদনা লৈথোক্লি।
সখা ময়াম্না কৌরি নংবু গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা॥
নচিন ননাও লোইনত্নুনা হরি নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরুসি।

---

## এক তাল

নিত্যাই গৌরনা য়াইদা লেপলি।
ময়াম কোয়না হরি হরি শোল্লি॥
ব্রজদা শান্নরমই চেল চোত্নুনা।
হৌজিক নত্তাসিদদি; লৈমাইথক্তা ওম্থোইরি॥

হরি হরি শোল্লি ; নত্তাসিদদি ; পান্মোম রা'না থাঙ্গত্তুনা ।
অমৃতদগী হেন্না থুমলবা হরি নামনি ॥
ব্রজদা খোংলমই সুমহৎনা বাঁশি ।
হৌজিক বাঁশি কদাইদা চংগ্রে ॥
বাঁশিগী স্বরদা তাওরবী রাধাগী ।
প্রেমগী লমন হরিনাম সঙ্কীর্তননি ॥

---

## এক তাল

নন্দগী শঙ্গাই য়াক্তোদ্দা ওসি ;
মঙ্গলগী খোঞ্জেলনা সুমমিল মিল্লে ।
সখা ময়ামশু লাকলাত্নুনা লোইনা মিল্লরে ॥
যশোমতিনা য়চা কৃষ্ণবু মিজেং লৈত্তেংবিরে ।
চুরা ধরা খুজি তালবু নিংথিনা শিজিলবিরে ॥
ঘন রাম দাসনা হায়্রিজে ফজরবা শ্যামনি ।
কামদেববু সুমহৎলবা নৈরবা শক্তমনি ॥

---

## মন খেনবা লীলা

ব্যাখা : মতমসিদা ব্রজগী অহল লমনশিং ইমা ইবেন ময়াম— লাক্তুনা মথুত্তা ননী মাখন পাইত্নুনা মুংশিরবা রাহৈনা ; যশোমতিদা হায়রকই

## এক তাল

রাণী নংগী নিলমণিধু অমুক্ত জগোই শাইনুনে।
ওগো রাণী পুত্র চৌবী ; মন্দরাণী লাইষক ফবী ॥
ঐখোয় জগোই য়েংগে লাক্লিবনি নিলমণিগী।

## ছোট খেলা

খেম্রে

জগোই শাল্লোনে নিলমণি ইমা অক্তো. য়েংয়েন।
শারতুনা জগোই নংনা ইমাবু পুক্লিং পেলহল্লুনে॥
জগোইদু উবদা পুক্লিং পেল্লবদা ননী মাখন ইনগেনে।
থেক্লা নোইনা চেন্না শারো জগোই মাজেলসিদা॥
নংগী জগোই য়েংগনি ননী মাখন লড়ু ইল্লগনি।
লাক্লিবনি ব্রজগী অহল লমনশিংনা শারোনে।
ও গোপাল জগোই শারোনে নিংথিনা॥
রাম প্রসাদনা হায়জে ইমা যশোদা নংগী নচা অসে।
ব্রহ্মা শিবনা ফংগে নিংবদা ফংওমত্রবা মচা গোপালনিবে॥

## এক তাল

বাচা শারো জগোই নিংথিনা ;
ইচাগী জগোই শারো নিংথিনা ;
বাচা :- তাদৃমি তাদৃমি তাতা থৈয়া থৈয়া ;
থৈরগে পুংলোন তাথৈয়া থৈয়া ইমাগী নিলমণি।
জগোইবু য়েংলগা পুক্লিং পৌল্লবদা ইজগনি হায়না॥

ননী মাখন হাওর হাওরবা লৈরি মথুত্তা পাইহ্নুনা।
শাত্রবদি জগোই পীজরোইনে নঙোন্দা কনামতনা॥
ময়াম্বু উরগা পংশিল্লিবা করিগী নংনা।
মুরলী খোংহ্নুনা পেলহল্লু ময়াম্বু মুংশিনা॥
পোকপগী মহে য়ালহল্লু ইমাগী নিলমণি।
হায়জে দ্বিজদুর্গা রামনা নচা ওইনা ফংজবা॥
নংসে য়াম্না লাইবক ফৈদা নন্দরাণী।

ব্যাখা:—ইমা ঐদি জগোই হৈজদে ইমানম্বু নোংমতা তম্বীদে।
য়াম্বুং বলাইদি য়াম্না হে লৈশেম জগোই সংহার জগোই;
মখল মখলগী তাণ্ডব লাস্য নর্ত্তক ব্রাংনা ব্রাংনা চোংখত্তুনা;
য়াম্না শাই। দাদা বলাইগা লোইনহ্নুনা মাগী তুং ইঙ্গহ্নুনা
শাজগে।
তাবদা চংখরে যশোদা রুহিনীগী তম্পাক্তগী বলরাম লৌকবে।
অঙোবা লুপাগী চীংনা মখোং পানহ্নুনা চংপগুম য়েত্তা বলবাম;
অশংবা ম ণনা মখোং পানহ্নুনা চংপগুম।
ওইদা নিলমণি ওইগা য়েংকা ফজরে চাংদমনিংঙাই লৈতরে॥

## এক তাল

শারেনে নিলমণি জগোই; লোইনহ্নুনা বলবামগা;
উজবদা পুক্লিংসে পেঙ্গরেনে।
সখালক্তা শারে জগোই; য়েত্তা থেক্লি বলরামনা;
ঐদি থোইনা মুংঙাইজরেনে॥

ইচাগী কোক্তা রাহোং চুরা ; গুঞ্জা পারেংনা য়েৎলবা ;
উক্তা লৈগী পারেংনি ।
খ্বাংদা কিঙ্কীনিনা নিল্লি ; খোংদা সনাগী নোপুরনা ;
রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু নিল্লে ॥
থেক্না নেংনা চেন্না চোংনা শারে ; য়েংজবদা পেঞ্জরেনে ;
সনাগী নোপুবনা রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু নিল্লে ।
পুক্নিং পেন্না য়েংবিবোনে ; ইচা নিলমণিগী জগোই ;
হে দেহে ব্রজগী অহন লমনশিংনা ॥

জগোই শারেনে শ্যাম খোইনা নিংথিজনা ।
য়েত্তা বলবামসু থেক্লি সখা ময়াম্মা ইকোই কোইনা ॥
রুনু ঝুনু ঝুনু নোপুবনা নিল্লি ইচাগী নোরবা মখোংদা ।
তাদ্মি তাদ্মি তাতা থৈয়া থৈয়া য়ৈবি পুংলোলসু তাথৈয়া থৈয়া ।
কিনি কিনি কিনি কিঙ্কীনিনা নিল্লি চেংলবা ইচাগী মখ্বাংদা ।
কনাংগুম্বী গোপীনা পুক্নিং পেল্লদুনা ননী মাখন তানা তানা ইল্লি ॥
কনাগুম্বী গোপীনা পুক্নিং পেল্লদুনা লৈ খুবাম খুবাম চাইথরি ।

---

## ঝাড়

জগোই হৈবে নন্দগী মচা ইবুংঙো ।
খোংজিগী রুনু ঝুনু ঝুনু তাবদা নুংশিরে ॥
ঝণন ঝণন দৃগীতা দৃগীতা থৈয়া থৈয়া তাতাথৈ ।
নাইন্না চাইরুংদা হায় হুয়্যে মুরুলী চিনবান্দা নিংথিবে ॥
সনা ফিগে ফৈজোমগী গুঞ্জানা চবণথক্তা শল্লে ।
লাইবক্তা চন্দনা থাজগুন্না ঙালে শ্যাম নাগর ।

## দুই তাল

ইমা ইমা কৌহ্না মোমোন মোমোন নোক্নুা।
কোকিলগী নুংশিববা খোঞ্জেলদগী হেল্লি॥
মমাগী ফিজি পাইদ্রনা নুংশি নুংশিনা কৌই।
মমাগী মাইথোং চিংনা য়েংই নোকমি নোকমিবা মিযেনা।
যশোদা কহিনী মচা নুংশিবগী প্রেম্মু থোইনা হেলহল্লি।
নুংঙাইবে নুঙাইবে নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈতবেনে॥
নন্দবাব কদাইদা চৎখ্রে নচাগী কুম্মৈ য়েংলবোনে।

## এক তাল—তাল চপ

ঐগী থৱাইসে পেঞ্জবে; নিলমণিগী জগোই উবদা।
কদাইদগী তমলুবা ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা ফজৈদা॥
য়েংল য়েংলগা ইমানা থোইনা নুংশিবা হেল্লিদা।
গোপা মচা ওইবমদ্রবদি ইমাগী পুক্লিংসে পেনগনিদা॥
তোল্লি তোল্লি গোপা শাগৈনিনা মন শেলবা থাগদৌবি বন্দ।

ব্যাখা: জগোই শাবা লোইববদা মতমনগা থেংলবদা,
যশোদা মমাগী চবন্দা মন শেলবা চৎনবা য়াথং নিজবক্লে।

## গুটা এক তাল

পীনবিবো ইমা বিদায় ; চচ্চরগে ষন শেলবা ;
শ্রদাম লাক্লে ঐবু লোবা।
ষন শেলবা চংননবা ; ফিজেৎ লৈতেংবিবো ইমা ;
মতম ওইবে ষন শেলবা চংপা ॥
য়াথ পীনবিবো ইমা ; ইতাও শ্রদাম লাক্লেনে ;
ন্নমিংসে য়াম্না থেংখবেনে।
মন্ত্র শোনবিবোনে ; চুবাস্ত পুনবিবোনে .
খুজি তাল নোপুর শিঞ্জিনবিবোনে ।

---

## নেতাল

গোপাল . নংসে ইমাগী থল্লাইগী থল্লাইনি থম্মোয়গী মণিনি।
গোপাল নংসে ইমাগীদি মিংকী মাং নহানি ॥
নিংনহা য়াওদ্রবদি ইমাদি মাংতাংবী ওইবনি।
গোপাল নংদি ইমাগী থম্মোয়গী মণিনি ॥
নিলমণিবু থোইদিং তজ্মাই উদ্রবদা লৈঙমদ্রব্বা নমানি।

---

## এক তাল

চংকন্নু চংকন্নু চংকন্নু গোপাল ;
ঙসি ষন শেলবা চংকন্নুনে।
ইমানা হায়বসে ইল্লুনে গোপাল ;
ইমাগী ইবুংঙো ন্নংশিবা নংবুনে ॥

চৎপদা নোপুরনা অৱাবা পীগনি ;
নংগী নৌরবা নখোংদা নোপুরনা থেংবদা।
লম্বী চৎপদা য়াম্না অৱাবা ওইগনি ॥
নুংজ্রেং তিংখং তুম্বৌনা খুয়াদা থিলগনি ॥
ননী মাখলগুম থোংলবা নৌরবা হকচাংদা ;
য়াকলবা নুংশাগী মৈশানা লাংলক্কনিদো ॥

## এক তাল

হা গোপাল হা গোপাল লাকখোলাওনে ইমাগীনাক্তা।
ইমা ইমা নুংশিনা কৌরো ইমানা মাখন ইনগেনে ॥
নংনা মন শেলবা চংথ্রবদি ইমাদি করন্না লৈহৌগনিনে।
ইমাগী থৱাই ওইবা গোপাল ঙসি চংখিগন্নে।
ইমাগী মিং নহানি নংদি থম্মোয়গী অথোইবা লননিনে।
যশোদাগী থৱাইগী থৱাইনি ঙসি চংখিগন্নে ॥

## ঠুংওরি

চেলশিন্দুনা চেজেং কোল্লে হিক্না হিক্না কপ্লক্লে।
প্রেমগী থাবা তত্তনা শিন্থে মমিৎ মমাই তৈথোক্লে ॥
মশা পুম্বা শিং শিং নাম্থোক্তুনা রক্ষা মন্ত্র শোলবিবক্লে
ইচাগী নৌরবা মখোংদা ব্রহ্মানা ঙাকপীয়ুকো ॥
থোলবা খুকউ অনিদা লাইয়াম পুম্বনা ঙাকপীয়ুকো।
চেংলবা খ্বাংদা পুক্তা যোগেশ্বরনা ঙাকপীয়ুকো ॥

ইচাগী থাম্মোয়নুংদা শ্রীনারান্না চেকশিন্না ঙাকপীযুকো।
পাম্বোম অনি খুজিন তরা বন মালিনা ঙাকপীযুকো॥
ইচাগী ফজবা মাইথোং খোরিদা নুমিৎনা ঙাকপীয়ুকো।
কোকথক্তা মহাদেবনা নঙ্গল্লোমদা হয়গ্রিবনা ঙাকপীয়ুকো।
লৈথক লৈখাদা চক্রপানিনা ঐগী ইচাবু ঙাকপীসনুকো॥

---

## ঠুম্রি

শ্রীদামন হঙ্গস্রি ; তাবিয়ু ইমা নন্দরাণী ;
নুমিৎ খুদিং বৃন্দা চৎপদা।
মনশেলনহা মবক্তা ; ইতাও কাহ্নাইনা ময়াইদা ;
মনবী নন্নাও শেল্লিবনি॥
চিনবান্দা মুরুলী থম্রগা ; নুংশি নুংশিনা খোংবদা ;
জগৎ পুম্বা শুমহৎলিবনি।
মুরুলী স্বুর তাবদা ; লাইয়াম সভা পুন্নমক্লা ;
লাক্তুনা কাহ্নাইদা খুরুমলিবনি॥
কাংঙ তোংতুনা অমা লাকই ; মমাই মরি পাল্লি ;
কাহ্নাইদা য়াম্না হায়জৈ।
মথংদা ঐরাবত শামু তোংবা ; মখুত্তা বজ্র পাইবা ;
উবদা কিত্তুনা ময়াম চেন্নরে॥
অঙকপা ফংবা অমা লাকই ; মনজাও অমা তোংতুনা ;
শিঙ্গা ডম্বুর খোংই।

কোক্তা জটা মমিৎ অহুম ; মশা পুম্বা উফুন্না পুংব্রাও :
রাম রাম তত্তনা শোল্লি ॥
মাগী ওইদা নুপী অমা ; চাংদমনিংঙাই লৈতে ;
ফজবনা মাইগৈ পুমঙাল ঙাল্লি।
সনাগী কুচুনি মাইথোংনা থাজনি ; ফজৈ মমিৎ অহুন্না ;
গিরি ধারীবু নুংশিনা কোল্লি ॥
তম্পাক্তা কাহ্নাইবু কোন্দুনা ; ননা ইল্লি মখুৎ তবানা ;
ওক্রি ফাওবা পুক থন্না ইল্লি মখুৎনা।
মোমোন নোক্তুনা কাহ্নাইদা হায় ; নুংঙাইনা মন শেন্ন :
করিমতা কিরুন্নু বন্দা এনা ঙাকনিনা ॥
এদাস শৃদান্না হায়জৈ ; ইমানা করিমতা কিবিরুন্নু :
কাহ্নাইদি বন্দা চৎলগা য়ান্না নুংঙাই।
উরুমদা নুংঙাইনা ফমই ; মুরুলী নুংশিনা খোংই :
ঐখোয় ময়ান্না মন শেল্লি ॥

---

১। শৃন্নুবল মমবাক্য বালাকানাং বলিন্থং।
গিরি বন জল মধ্যে রক্ষা কৃষ্ণং মদীয়ং ॥
ইতি বল কর যুগ্মে কৃষ্ণ পানি নিধায় ;
নয়নগলিত ধারা দুঃখিতাঃ নন্দপত্নিঃ ॥

১। প্রেমগা লোইনবা ব্রাহৈনা মচাগী খুজেং পাইদুন :
ময়াম্বুং বলরামদা শিন্নরে। ইমাগী ইবুংঙো—
বলায় চীংদা লোক্তা বন্দা ননাও মথন্তা থাদোকন্নুকো ॥

ব্যাখ্যা : -নো মা গর্গ মহা মুনিনা যশোদা রাণীদা হায়খি লাইবক ফবা হে মহারাণী জগৎসিদা যন্ত্র মন্ত্র হোম যপ পুন্নমক্তগী হেন্না সিদ্ধ ওইবদি ; ব্রজগী অহল-লমনশিংগী খুয়া উফুনগা দন খুজিনগী উফুনগা গোরোচন চন্দনগা য়ান্নবগা নচাগী লাইবক্তা নম্বীরবদি ; মহুবু হেল্লবা অমা লৈত্রবনি হায়-খিবতু নিংশিংতুনা

## চারি তাল

ব্রজগী অহল-লমনশিংগী : খুয়াগী উফুল হেবতুনা ;
মচাগী কেন্ত হাপলে নন্দবাণী ।
চেম্বা অঙাংগী মতোংগুন্না ; মবোল অহুমগী মপু হবিবু ;
মচাবু নু শিমনখিত্না রাণী ॥
দন খুজিনগী উফুল লোরো , গোরোচনগা য়ান্নবে ;
চন্দন ওইনা মচাগী লাইবক্তা নম্বারে ।
যতুনাথ দাসনা হায়জে ; নন্দরাণী চেকশিঞ্জনা ;
বলরামগী মখুত্তা শিন্নবে ।

## লোক্কা

ইমাদা রাশক্তনা হায়যু ;
দনগী মমাংদা চৎলোই হায়না ;
থরাইগী থরাইনিনে নংসে ॥

ষনয়াম লাপনা শেল্লুগন্নুকো ;
মুংশি মুংশিনা খোংলকউ বেমু ;
য়ুমদা ইমা ফমতুনা তাগে :
নংগী থুমনা মুংশিবা বেমু খোঞ্জেদো ॥

---

## এক তাল

নয়াম্বুং মাং থাহল্লু ; সখা ময়াম তুংথংহল্লু :
শৃদাম শুদাম নাক য়েত্তা :
নংনা ময়াইদা চংল্লু ; মরুপ মপাং থাদোক্কনু :
ইমাদি থংাই ব্রাজৈনে ॥

লাম্লগা নয়াম্বুংদগী নিয়ু : লম্বী মুন্না য়েংতুনা চংলু ;
তুম্বৌ তিংখংনা য়ুবদা নখোং নাগনি ।
কারুবা কৌবা ষনজাওদো ; থংপা চংলোই হায়দুনা ;
ইমাগী কোক পায়তুনা ব্রাশকউ ॥
ইমাদি য়াম কিজৈনে ॥

মুংশা য়াম্না শারগা ; উরুমদা চংতুনা লৈয়ু ;
ইমানা হায়বসে কাউন্নুকো ।
যাদবেন্দ্রনা হায়জৈ ; লোইনতুনা পুবিয়ু ;
চরণ থোগন ফংজগে ॥

---

## তেউং

বল বামনা হঙ্গচ্চরি ;   তাবিয়ু ইমা নন্দবাণী ,
গোপালগীদমক রাবীরুনু ।
উকমদা মাবু ফমহল্লগা ;   চিনবান্দা মুকলী খোংহল্লগা ,
ঐখোয়না ষনয়াম শেলগনিনা ॥

## এক তাল

রাবিগনু ইমা নন্দবাণী ইনাও গোপালগীদমক ।
চিংনগনু নচাবু চংনবা বিদায় পীবিবোনে ॥
রাশক্তুনা ইমাদা হন্না হন্না হায়জবিয়ে
মতম চানা ইনাও গোপাল পুজবক্কেনে ।
ইমাগী তম্পাক্তা শোইদনা শিন্নজগেনে
ইনাও গোপান্না বেনু নুংশিনা খোংদ্রবদি :
ঐখোয়না ষনয়াম খোমজিনবা ঙমজদেনে ।

---

## দুই তাল

গোপালনা ঐগী থরাইগী থরাইনি ;
পুন্সিদা ঐগী অথোইবা ললনিনে ।
ঐখোয় গোপা মচানি ষনশেনবা হৌনবনি ,
মাবুসু ষনশেনবা তম্বিরুগেনে ॥
লামলবদা মানা ঐনা ননী মাখন ইনগনিনে ,
ইমাগুন্না ঐনা তম্পাক্তা পমলগা ॥

## ঠুংগুরি

দণ্ডবং তৌনা খুরুমলগা বিদায় লে তুনা চৎখ্রে।
নুংশিবা মচাগী মাইগৈ চিংনা য়েংতুনা লৈহৌরে॥
রাম কাহ্নাই মচিন মনাও সখা ময়াম লোইনবে।
মনগোন্দগী মনয়াম পুম্বা হৈ হৈ হায়না হোইদোক্লে।
হম্বা হম্বা খোংতুনা মনলুপ মনলুপ চৎলক্লে।
মনবী মন্নাও মাংদা চৎলি সখা ময়াম তুংদা হোইবক্লে॥
ভাগ্যির বনগী লম্বীদা যাবট লোমদা লাক্লেনে।

—— ——

# অটালিকা দর্শন

## ধিমা এক তাল

মতমতুদা শ্রীরাধিকা চেকপন থক্তা লৈতুনা।
য়েংজবিয়ে মবুংঙোবু মিংকুপ্পা লৈতনা॥
উজবদা মাইথোং থাজ প্রেমগী ইথক হৌবক্লেনে।
হকচাং পুম্বা ইবেম্মদো তরোইতভাম লৈবক্লেনে॥
ইকাই ইকি য়ান্নতুনা তুমিন্না নুংবংননা লৈবেনে।
হকচাং পুম্বা ইবেম্মগী তনিক ততিক নিলক্লেনে॥
ললীতাবু চিংনা য়েংই ইবুংঙোসে বন্দা লে খরেনে।
অসি হায়না হায়রম্নগা ইবেম্মদো ব্রাম্থখবেনে॥
করি করম তৌ সগে মীয়াম পুম্বা উখ্রগনিনে।
চসিদি ব্রাথোকপা শোইদনা তারগনি কমদৌনি॥

গোবিন্দ দাসন হায়জে পুন্নমক্তা মঙ্গল ওইগনি।
কৃষ্ণ নাম মহামন্ত্র তত্তুনা শোল্লুনে নাকোংদা ফগনি ॥
মন্ত্র পুন্নমক্তগী অথোইবা মহামন্ত্র কৃষ্ণ নামনি।
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ॥
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।
তাবদা হৌগত্তুনা সখিশিংবু চিংনা চিংনা য়েংলক্লে ॥

---

## এক তাল

চান্নববী ইতাশা ঐদি যুমদা হল্লবোইনে।
কৃষ্ণ প্রেমগীদমক্তি বিশাখা নংনা থংউনে ॥
রাথোক ওইবমক হৌজিক ঐনা পামজবেনে।
তাবিযুনে চান্নবী ইতা হিংলুহুনা করি কান্নগনিনে ॥
লাইবক থীর্বা ঐদি শিখিবনা হেন্না ফবগনিনে
হিংলুহনা হৌজিক কাদৌরুনি থবাই থাদোক্কনিনে
শাগৈ অনিমক মি চং থিগনি ঐদি লৈনিদ্রোন
চংথবে বন্দা থব্রাইগী মবুংড়ো উথিদবেনে।

কদাইদনো নখোয়না পুবীরিসে;
ঐগী থব্রাই য়াওদ্রবা হকচাং পোলাংসে।
ঐগী থব্রাইদি শ্যামগা লোইননা বন্দা চংথবে
মনর্বা মন্নাও লোইনহুনা বন বন খদি কেংইংরবে ॥

---

## ভাঙ্গা দাসপেড়ে

চাকলে চাক্লেনে ঐগী থব্রাইসে ;
কালা কাহ্নগী প্রেমগী মৈচাক্লা।
চাক্লে চাক্লে চাক্লেনে খোইনা চাক্লেনে ;
চাক্লিবা মৈচাকসে ইতা খাংডমদরেনে॥
চাক্লিবা মৈদা ঘী হৈবগুম খোইনা চাক্লেনে ;
পিরাংতনা পুমচোং গোংলেদো শ্যামগী ব্রাখন্দা
খল্লুবদা থব্রাইসে ব্রারেনে অহিং নুংথিল কপ্তুনা লেল্লেনে
ভনিংবনা মাইথোং থাজ পিরাংতনা মমালে মিংসে॥

---

## শ্লোক

দ্বাত্রিংশলক্ষনে যুক্ত দেব দেবেশ্বর হরি।
গোপাল বালকৈঃ সার্দ্ধ জগাম যমুনা বনং॥

## গুটা এক তাল

যমুনাগী তোর্ব্বান্দা (ং ডসি রাম কাহ্ন
শ্রীযমুনাগী লাইবক ফববু করি হায়রুগনি॥
কয়াদা নুংডাইনা শান্নরি মাগী তোর্ব্বান্দা।
কাহ্ন বলায় শান্নরি সথাশিংগা লোইননা॥
খোইনা লাইবক ফরবী ; খোইনা লাইবক ফরবী
মাংগম্না লাইবক ফবৰু কনাগা চাংদমনরুগনি॥

## এক তাল

জগোই শানা শানা নন্দগী মচা গোপাল।
নুংশা মৈশা খাংলি সখাশিং লোইননা ॥
যনবী মনাও পুম্বা শজিক চাখিদরে।
জগোই কুম্মৈ মুন্না য়েংতুনা লৈখবে ॥
উখোং উখোং খুদিং উরুমদা চংতুনা।
ঙার থেংলতুনা নুংশা মৈচাক খাংলি ॥
খোং থাংবা ঙমদবে গোকুলগী থাজ।
হুমাংনা পুমলুপ লুপ্তুনা চোংলেনে ॥
যনশেল নহা পুম্বা চংপা ঙমদরেনে।
নুংশানা য়াম্না কন্না য়াকনা শামনখিবনা ॥

জগোই শাবতুনা পোপাল নুংশাগী মৈচাক খাংহল্লিনে।
ঙাংলবা মিংয়েং ঙাংলবা মাইথোং ঈশিং থক্কে থক্কে হায়নবক্লেনে ॥
লৈবাইদা থয়ে ।ফজেৎ লৈতেং পুম্বা চোংথরে ইরোইতুনা শান্নবে।
নুংশানা শাবনে লৈঙোইনা শাবনে খুয়াদা তুম্বোনা কয়া থিনবনে ॥
শ্রীদামদো চংপা ঙমদরেনে, যন শেলনহাশিংদো চংপা ঙমদবেনে।
হু হু নুংশানা মপি ফুইনা হোল্লে য়াম্না ৱানা লৈনরেনে ॥
গোবিন্দ দাসনা থৌগঞ্জরি লুরবা ইংলবা যমুনা ঈশিং।
নুংঙাইনা শকচরি শাবঙ্গ রাগদা মিববা শুরদা নুংশিনা শকচরি ॥

---

# গোষ্ঠ লীলা—সখা ছলনা

## মধ্যাহ্ন লীলা

ব্যাখা :— সুবল সখাগা লোইনতুনা মরৈ তৌতুনা বনগী ফজবা য়েংজরুগে ঈশিং থকচরুগে হায়না — বলরামদগী বিদায় লৌজতুনা শ্রীকুণ্ড তম্না লাক্লে ! শ্রীরাধা কুণ্ডগী ফজববু উবগা প্রেমনা ঙাওরতুনা শ্রীমতি ইবেম্মগী নিংথিজববু শিংথাবক্লি।

### শ্লোক

মধ্যাহ্নেঽন্যোন্য সঙ্গোদিত বিবিধ বিকারাদিভূষা প্রমুগ্ধৌ।
বাম্যোৎ কণ্ঠাতিলোলৌস্মরমখ ললিতাদ্যালিনর্ম্মাপ্তশাতৌ॥
দোলারণ্যাম্বু বংশীহৃতিরতি মধু পানার্ক পুজাদিলীলৌ।
রাধা কৃষ্ণৌ স্বতৃপ্তৌপরিজন ঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি॥

### তেউৎ

ইতাও সুবল ; হিংলুতুনা করি কান্নগনি ;
শ্রীমতিবু উদ্রবসিদা।

রাধানা ঐগী থব্রাইনি ; রাধাতনা ঐগী পুন্সি'ন,
বাধাতনা ঐগী অথোইবা ললনি॥

গোলুক থাদোক্তুনা ; গোকুন্দা লাক্লিবসে,
রাধা মাগীদমক্তনি।

### মধ্যাহ্ন লীলা—তেউৎ

থোংনা নৌরবা ফজরবী ; প্রেমগী মশক ওইরিবী।
য়েংনা য়েংনা লৈহৌবদো ; চেকপন থক্তা ফমতুনা॥
সখিগী লেংবান্দা শৌরতুনা ; তথক তথক য়েংহৌবদো।
চিক্লা করি তান্নবিবনো, কাউঙমদেনে সুবল॥

ব্যাখা ঃ— অসোমদা সখিশিংনা ইবেম্মবু থেমজিনহুনা শঙ্গাইগী অচিকপা কাদা পোৎথাহল্লে। মতমতুদা মবুংঙাগী প্রেমনা খৃতুম চনখিহুনা ; মশাগী মমিবু রাখলগী মমি মবুংঙাগী শক্তম ফাওরক্লে ॥

মতমবু স্নমহৎপা শক্তমনি।

ঙাওরে উরুবদা যুবতী ঐখোয়দি থরাইসে পুঙমদারে।

খ্বাংদা সনা ফিগেনা ঙাল্লি ; কোক্তা হাহো' চুবানা লংই ॥

মালতি পরেংনস্ন অমুক য়েংলি।
ঙক্তা বৈজয়ন্তি মালানস্ন হায়রি ॥
চুমনগী শকফমনা জগৎ স্নমহৎপদা ;
চুবাস্ন অমুক থোল্লিদো ॥

---

# অনুরাগ

ংবাতাল — মাত্র ৮। ০। ০। ০। ০

লংলবা মুক্তা পরেংনা থবাক্তা ;
খ্বাংদা সনা ফিগে ফৈজোম থোনবা
নৌরবা লিকথাংনা য়াম্না ফজবে ;
নৌরবা ঙক্তা লংলবা লিকথাংনা ;
হৈশিংবী কনানা লেংলিবনো ;
লিকলাং উবদা থরাইসে চাকলে।
ও ও ও আরে আরে আরে
আরে আরে এ এ এ এ
ইতা উররে নে এ এ এ।

## বিষম কাটা যমতাল

ঙান্থোইরি চন্দন্না ; থোইনা হেন্না লাইবক্তা
লাইবক্তা । । ঙাল্লে চন্দন্না ।
ফজরে চন্দনগী মকোইনা ;
ফজনা কনানা থিনবীবনো ;
ফজবা লাইবক্তা ইঙাল ঙাল্লে ;
চন্দনবু উবদা মরোল অহুম স্নমহৎলে ;
স্নমহৎনা ফজরে এ এ এ চন্দনগী মকোইনা ॥

## লোফা

উরোক পরেং পাইবগুমই ;
ফজবা ঙমখৈ লৈতরেনে ;
উরোক পরেংনা অমংবা নোং মথাদা পাইবগুমই
মুক্তা পরেংনা ; পাকলবা থবাক্তা ;
নোংথাং কুপ্পগুমই সনা ফিগেনা ;
থাজ পরেং থোকপগুমই ; অমংবা নোং মথাদা ;
নৌরবা ঙক্তা ফজবা লৈগী পরেং ;
লাইবক্কী চন্দন্না থাজবু হেল্লি ॥

## দুই তাল

অমংবা নোংগী নোংলক্তা ; উরোক পরেং পাইবগুমই ।
পাক্লবা থবাক্তা মুক্তা পরেং ; হায়না হুম্না নিংথিরে ।
শ্যামগী নৌরবা ঙকশমদা ; থাজ পরেং ঙানবগুমই ।

## দুই ঠেকা—বাঃ চারিতাল

করিমুংগী উরুবা ; ফজবা শক্রমদো ;
মুংশিবা প্রেমগী মশক্তি।

মাগুম্না ফজবা ; ময়োল অহুমসিদা ;
চাংদমনিংঙাই অমা লৈতে॥

চুম্নগী শকফম্না ; জাৎ সুমহৎপদা ;
চুরাসু অমুক থোক্লিদো।

নত্তে চুরা নত্তেনে ; গোপী পুক্নিং ফানা লাংনি ;
তাইবং পুম্বা সুমহৎলিদো॥

মাগী কোক্কী চুরা ; চুরা পুনবা নত্তেনে ;
রাধাগী হৃদি লৈরেংনি।

মাইথোংগী ফজবা ; থাজ কোটি হেল্লি ;
মনুং মপাল ফাওনা ঙাল্লিদো॥

ফৃইনা নোংহৌ হেল্লিবা ; য়েংবগী পেনবা নাইদবা ;
শংবাননবা কুচুনি।

চেংলবা খ্বাংদা ; সনা ফিগে ফৈজোমনি ;
মণি মুক্তানা লীকথাংনি॥

য়েকপগুম ফজবা ; পিগুমগী মথেক্লা ;
কামগী লীরুং হেল্লিদো।

মুংশিবা মিৎয়েংনা ; ফল্লপনা য়েংবদো ;
থম্মোয় খাংঙমদবা তেন্নিদো॥

ফজবা চিবান্দা ; মুরলী থমত্নুনা ;
মোমোন নোক্না নুংশিনা খোংইদো।
দ্বীজ ভীম্না হায়জৈ ; হজবা শক্তমদো ;
উজরগা থরাই হিংগনিদো ॥

## দাসপেড়ে—তিন তাল

হা ইতা চান্নবী ব্রজসিদা রাথোকচাওবী রাধানে।
হৈনৌ মপান উমললুনা কোকিল্লা কুহু কুহু খোংলকপদা ;
রাধাগী থরাইসে পুমঙমদরেনে ॥
লাইবক থীবী রাধা প্রাননাথবু উদ্রবদা ;
হিংলুত্নুনা করি কান্নগনি।
মংদা তাইবংদা অহিং নুংথিল অনিমক্তা ;
শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা নত্তুনা অতৈ পামজদনে ॥

## এক তাল

তাবিয়ুনে ইতাশা রাধা ঐগী অরাবসে।
শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না থোইনা হেন্না চাক্লে ॥
প্রেমগী তেন্না থম্মোয়নুংদা তেন্না থুম্না পাল্লে।
থাংজবা ঙমদরে থরাইসে নিক্লে ॥
কানুগী প্রেমদি যাবক চন্দনগুম্বনি।
তকলা তকলা মনম হেন্না নুংশিবগুম ॥

খল্লু খল্লুরগা থোইনা হেন্না চাক্লেনে।
যোগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাইনিংবী ওইত্তুনা॥
বন বন খুদিং চত্তুনা কৃষ্ণ ভজন তৌজরুগে।
নুংশি হৈতবা বিধিনা নোংদম থিনা তম্বীরমলে॥
তোল্লি নুপীগী মপোকসে তোল্লি শাগৈগী ধর্ম্মসে।

---

## তাল চপ

ফজবা মাগী রূপকী পাম্বীদা য়েংচনিংই লতা ওইনা।
খোই খোইবা পিশুম্না কামগী লিরুং ওমজনা ফজেদো॥
নুংশিবা মিৎয়েংনা ফল্লপ য়েংবনা কামগী তেনবু হেন্না থৌই।
মোমোন নোক্লা মুরুলী খোংবনা রাধাগী থৱাই হুখরে॥
হায়বিয়ুনে চান্নরবী শ্যাম নত্তনা কনানা থংবিগনি।
মক্রুবা ব্রজসিদা রাথোক চাওবী রাধাগী মিংচৎ॥
কবিবু খন্দুনা নুংঙাইনা ঐগী পুন্সি লেনগদৌরি।
থম্মোয় অসে কাইখরে কোকথক্তা ব্রজনা থাবগুম্রে॥
করম তৌনা কৃষ্ণদা কনানা ঐগী অরাবসে তম্বীরুনি।
মতমসিদা ঐসে হেক শিজরবা মত্তুতনা ফরগনি॥
হয়েংমুক্কী মপোক্তা কৃষ্ণগী চরণ সেবা ফংজগনি।

---

## ঠুংগুরি

রাধাগী অৱাবা উবদা দূতী শ্রীকুণ্ডদা চংথরে।
ইবেম্মগী অৱাবা মপাও ইবুংঙোদা তমজরে॥
থুনা য়াংনা লাকুনা রাধাগী নাক্তা য়ৌররে।
মবুংঙোগী অৱাবা মপাও ইবেম্মদা তমলরে॥
ইবেম্মা নখোয় অনিমক্কী প্রেমসে খংজবা ঙমদরে।
অমনা অমবু হেন্দে অমনা অমবু রাত্তরেনে॥

---

## দূতী সংবাদ—দূতীগী পাও
### রূপক

তববিরহে বনমালী সখি সীদতি।
বহতি মলয়া সমিরে মদন মুপনিধায়॥
স্ফুর্দতি কুসুম নিকরে বিরহ হৃদয়দলনায়॥

নংবু কায়নবদা বনমালিদো ইতা য়েংঙমদরে।
লিরি হুম্বা মলয়া নুংশিংনা মদন ঈথক হৌরি॥
ফুগাইনা শাংপা লৈরাংনা কায়না মৈচাক হেলহৌরে॥

### আড়া

রাধে নংগী প্রেমা ভাওহুনা; নংগী কুন্দ মপান্দা;
ওন্থোইহুনা ৱানা লৈহৌরে।
মাইয়োক লিকথাং উত্তুনা; নুংশিরবা মিথয়েংনা;
নবুংঙোগী অৱাবা কল্লুরো।

লে'বিরোনে বাধা ;  ফিজেৎ লৈতেংবিরো ;
হজচ্চবা অসে তাবিররো ।
থিল্লগনু বাধে ;  লেংবিরোনে শকাহেলবী ;
নবুংঙোগী থল্লাই কল্লুরো ॥
বাশি মথন্তনা ;  বাধা রাধা খোংলজুনা ;
নবুংঙোগী থল্লাই কলহৌরি ।
শজি মিৎয়েং হেল্লিবী ;  মাইখোং থাজ ঙমজবী ,
লেংবিরোনে হে বাধে ॥

---

## তুতী মপাও—অভিষার
## ঠুংঙরি

তুলশীগী ব্রা তাবদা ইবেম্মা সখিশি' ময়াম লোইননা ।
মদন মুহনবু সুমহৎনা ফজবা নিংথিবা ফিজোন হৈতেংলে ॥
মনেমগী চবণবু খুরুমজজুনা মতাশিং লোইননা লাক্লে ।
ফজৈদা মাগুম্বী লৈতেদা ; তপ্পা চৎপদা লেমজবী ॥
চৎপদা নিংথিবী তুংয়ান ফজবী শামুনা ইকাইখা শাজৎনি ।
ফজবা খোংথাং উবদা ইকাইজুনা লোৎখ্রে বন্দা শামুশিংনা ॥
অম্বুম্না লেংলকপনা শুর্য্য কুন্দ য়ৌরক্লে ।
শুর্য্যদেববু খুরুমলগা ইবেম্মা লেংলক্লে ॥

---

## আভষার—দাস পেড়ে

প্রেমগী মশক ওইবী রাধা কৃষ্ণ প্রেম্না ভাওরবী।
নিংথৌগী মচা ইবেম্মনি কৃষ্ণ প্রেমগী লন লৈবিনি॥
রাধাগুম্না ফজরবী ফজরবী সখিশিংগা লোউনরবী।
য়েৎলোমদা ললিতা মাংদা কুন্দলতা ওইদা বিশাখিকা॥
য়াইদা শ্রীরাধিকা রাধাগুম্না ফজরবী শকহেল্লেবী ভাকনি।
ইকোই কোইনা কোইশিল্লি চান্নরবী সখিশিংনা॥
থম্বাল পরেং শাৎপা মাল্লি, থাজ পরেংনা ভালবগুম্মা॥
মহৌশানা প্রেমগী মশক ওইবীনি মহাভাবকী মশকনি॥

---

## ঠুংগ্রি—অভিষার

জয় ওইরে হায়বা খোঞ্জেল্লা পুমনিল নিল্লখরে।
মুংশিবা মোইবুং খোঞ্জেল্লা পুমথল থলখরে॥
কোকিলগী খোম্হোক মুংশিনা কুহু কুহু খোংলক্লে
মমৈ চুরা ফন্দোক্তুনা রাহোং জগোই শারক্লে॥
লেংলক্তুনা ইবেম্মা ইবুংঙো দর্শন ফংজরে।
অনিমক্কা উনবদা পুক্লিং অমত্তা ওইথরে॥
তরাম তবাম ওক্তুনা সিংহাসন্দা লেংশিল্লে।
সেবা খল্লবী সখিশিংনা চন্দন সেবা চংজরে॥

---

## অনিগী শক্তম-যুগল রুপ

## তালবা অথা – এক তাল

ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা ; লেংদবা নোংথাং কুপলিবা ;
অশংবা মণিনা তাংজবনি।
অশংবা মণিবু ঙমজবনি ; সনাগী মণিবু ঙমজবিনি ;
তমান্দা সনাগী উরিনা য়েৎপগুমই ॥

শ্যামগী কোক্তা রাহোং চুরা ; রাইগী কোক্তা নৌববা বেনী।
শ্যামগী খুত্তা সুমহৎপা বাঁশি ; রাইগী খুত্তা অশংবা থম্বাল ॥
শ্যামগী ঙক্তা লৈ পরেং ; রাইগী ঙক্তা মুক্তা পরেং।
লৈগী পরেং মুক্তা পরেং ; পরেং অনি য়েৎনরক্লে ॥
পুক্লিং খোইমু লৈহি পাম্বা ; অতৈ লৈহি পাম্মুরন্নু।
চবণ থম্বাল অনিগী অমৃতবু ; পুক্লিং পেন্না থকচহৌরো ॥

## তেউং

চান্নবী, অনিগী ফজবা শক্তম ; চাংদমনিংঙাই লৈতেনে।
পোকপদগী অম্লক ফজবসে ; অমুক্তম্ন উজদরিনে ॥
অনৌবা তমাল পাম্বীদা ; সনাগী উরিনা য়েৎলেনে।
য়েংজরুরে জ্ঞান মাংলে ; উদরে থরাইসে লৈঙমদ্রেনে ॥

## এক তাল

য়েংউ ইতা চান্নববী ; অনিগী ফজবসে।
অশংবা তমাল পাম্বীদা ; সনাগী উরিনা য়েৎলিবসে ॥
ফজবদা ঙমখৈ লৈতেনে ; য়েংউ য়েংউ খুদিংদা।
অনিগী মঙালতনা ; ইলং লংলে মাইগৈ মাইগৈ খুদিংদা ॥

## ঠুংগরি

হৈশিংলবী সখিশিংনা মাগী মাগী কুঞ্জদা চৎনখরে।
মবুংঙো মবেম্মদা কৎননবা লৈপরেং লেংনখরে॥

---

## সম্ভোগ

### এক তাল

কুঞ্জ ইচিক হুনখরে তাইবং মঙ্গল ওইরকলে।
অশংবা থম্বাল সনাগী থম্বাল থম্বাল অনি পুন্না শাৎলে॥
হকচাং তঙ্খাই চন্দন্না ঙাল্লে হকচাং তঙ্খাই সিন্দুরনা ঙাল্লে।
ন্নাহোংগা লিলগা শান্নখরে য়েরুবা অমত্তা লৈখিদ্রে॥
গোবিন্দ দাসনা হায়জে থাজগা ন্নাহুগা চান্নখরে।

### খোইড়া — বা — রুপক

কুঞ্জগী লীলা লোইরবদা নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলে।
সখিশিংগা লোইনহুনা জলকেলি নুংঙাইনা শান্নরক্লে॥
জলকেলি লোইরবদা অনৌবা ফিজোন লৈতেংলে।
পুজরকপা লৈ চন্দন অথুম অহাও কচ্চরক্লে॥
পুক্লিং পেন্না হাগ্রবা ইবুংঙোগী প্রসাদি ইবেম্মনা ফংজারে।
অনিমক্কী মহাপ্রসাদি সখিশিংনা ফংজরে॥

ব্যাখাঃ —সখিশিংগী সেবা উবদা পেনবীরে ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী সেবা ফংজবদা নুংঙাইজরে সখিশিংনা॥ লৈগী সিংহাসন্দা লেংশিনবীরে অনিনা ঙাম্থোইরে। তাকনবা লৈতনা মাগী মাগী পামজবা সেবা ফংজখরে॥ থা মচেৎ শানা কোইহুনা সখিশিংনা প্রার্থনা তৌজরি।

# প্রার্থনা

## এক তাল

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ পীনবিয়ু চরণ থম্বাল।
পুন্সিগী লন ওইজগে তঙাংলবা নখোং থম্বাল॥
শ্রীনন্দগী মপারি ব্রজ বাশিশিংগী থৱাই ওইবা।
শ্রীরাধিকাগী চান্ন-থোইবা॥
ব্রজ গোপীশিংগী লুচিংলিবী কৃষ্ণগী পুক্লিং হুরিবী।
স্বর্গাগী লাইরেম্বীশিংনা নংগী নগুণ শক্লরিবী॥
শচী গৌরি সাবিত্রী সর্গগী লাইরেম্বীশিংনা নংগী নগুণ শক্লরিবী।
চানবী হৈবী হে রাধে শ্রীরাধে॥

ব্যাখা: সখিশিংগা লোইননা ইবুংঙো ইবেম্মা মখল মখলগী লীলা মুরুলী হরন পাশাখেলা; মধুপান্নচিংবা লোইরবদা মতম থেংলবদা মবুংঙোদগী বিদায় লৌহুনা লাকলগা শুর্য্য কুন্দদা শুর্য্য পূজা তৌরে পূজা লোইরহুনা মাগী মাগী শঙ্গাইদা হন্নখ্রে। অসোমদা কৃষ্ণস্থ স্নুবলগা লোইননা সখা মরক্তা থুংখরে। ময়াম্বুং বলরামগা লোইননা ষন গারক্লে যশোদা রাণীনা ঘীবর্ত্তিনা চুখত্তুনা আরতি তৌই মচাদা করি করি থিঙ্গাই খোগাইবা য়েংই শিং শিং নান্দুনা মশা পুম্বা চুপই। শ্রীগোবিন্দজীউগী লীলাসিবু তোল্ল গোবিন্দ দাসনা শকচরি।

মনশিক্ষা, লালসা, নামপুর্ম্না, ছয়াগোষাক্রি নিত্যাইপদ; হরি নাম মহামন্ত্র। শক্লগা জয় ভায় লৌরগা লোইশিনগনি।

# মুরুলী হরন—( মুরুলী হুবা )

## দাস পেডে

বসগী মশক ওইরবা রসগী মশক ওইরবী।
ঈথক হৌরক্লে নাগর।
প্রেমগী ঈথক হৌবক্লে নাগর॥
মাইথোং থাজ উনবদা প্রেমগী ঈথক হৌবক্লে।
মাইথোং অনি উনবদা প্রেমগী ঈপাক্লা লুপখরে॥

উইথবক্লে ইবুঙো কুঞ্জগী লীলা লোইববদা।
নপুং ফান্না মিৎপাংবা ঙম্লক্তরে পোৎথাখরে॥
তাঙ্গাসিদা সখিশিংগা ইবেম্মগা তান্নহুনা।
শ্যামগী মখুত্তগী মুকলীবু যতন তৌনা হুবক্লে॥

## এক তাল

মিকুপ অমা পোত্থাবগা মিকপ থোকলে ইবুংঙোদে।
আরে শ্যাম নাগব মিকপ থোক্তুনা নিংথিনা ফমলেন্দা
লুববা ঈশিং পুবক্তুনা গোবিন্দ দাসনা থৌগল্লোদে।
সেবাগী মতম খংজহুনা,
গোবিন্দ দাসনা॥

ব্যাখা ঃ — কুন্দলতানা — হে হৈশিংলবা ইবুংঙো মীগী মাইথোংবু চুম্বোন তৌবদা অত্তুক পামজবদি উত্রিনা ; হেক তাবদা শাঁশ খংনিং নিংশিংলক্তুনা থিরক্লে।

## বিহাগ গুটা—এক তাল

খুত্তা মুরুলী উদ্রবদা ; থম্মোয় কাইনা রাখরেনে ;
হায়জরকই থম্মোয় নিক্লা।
নাগব তপথবা ঙমদরে ; মুরুলীবু উদ্রবদা ;
অঙাউবগী মতৌগুম্লে ॥
মিংলু অনি নোইবত্তুনা ; ফোংদোক্লা হায়জবা ঙমদ্রে,
হায়রকই রাহৈ মতেক্লা।
কনানা লৌই ঐগী মুরুলী ; নখোয় পুম্বা হুরানবীঙারি ;
ঐদি কবি ওইরসিগেনে ॥
অরাবনি কবি ভৌনি ; ঐগী অথোইবা লন্নি ;
হুবানবী কনানোনে।
ঐগী মুরুলী কনানা লৌই ; শক্তি পুম্বগী মশক্লি ;
তৌঙমদবা লৈতবনিনে ॥
নখোয় ময়াম মরক্তগী ; কনানা লৌই হায়যু ;
করি তৌনগদোরি ॥

---

ব্যাখা ঃ— শ্যাম—ঐগী থব্লাই কল্লু ঐনা ঙমদবা থবক বাঁশিনা তৌই। নখোয়না খোংবস্ন হৈরোই মণি আভরনস্নু নত্তে কৈদৌননি।

সখি ঃ— বাঁশি মাংখিবা ফরেদা পুক্লিং খর লৈতাজ্জরনি; থব্লাই খর ব্লাই শংজরনি। মানা ঙম্বদি যমুনা হঙ্গৎনা চেলহল্লি; ভুরেলশিংগী ঈচেল লেপ্পি; অকংবা উপাল ময়োন চোংই; গোপী ঐখোয় লৈফম খংদে।

## এক তাল

কাউত্নুা বন্দা হুন্দোকপীরমলগা;
ঐখোয়বু হুরানবীনি হায়বিরেনে।
কদাইদা হুন্দোকপীরমলবগে;
হে তৌঙমদবা করম্বা বন্দা চত্তুনা॥
কাউত্নুা কদাইদা হুন্দোক্লুরবগে;
নংদি তৌঙমদবশিংগী মকোকনি।
হৈশিংবী কনাগী মনাক্তা চত্তুনা;
মাগা ব্লারেম ব্লারী শান্নরিঙৈদা॥
খংলে কাউথোক্তুনা মুরুলী হুন্দোক্লমলবনি॥

তৌঙমদবা শ্যাম ঐখোয়দি নিংথৌগী মচাইবেম্মনি।
ইবেম্মা য়াওরিবনি, করম্না ঐখোয়বু হুরানবী হায়রিবনো;
ঐখোয়দ হুরান্দে নংদি মীগী পুক্লিং ফাওবা হুরানবনি॥
হুরানবা অচৌবদি ইবুংঙোনি নমিং ফাওত্নুা চংলিবনি;
ব্রজগী য়ুমথোং ২ চংত্নুা ননী মাখন হুরানবনি।
হুরানলি হায়ত্নুা যশোদা নমানা শুবন্দা পুল্লিবনি;
দামোদর হুরানবা হায়না জগৎসিদা ফাওরিবনি।

ব্যাখা :—সখিশিংগী অকনবা রাহৈ তাবনে; মুরুলী ফংদবনে মাইথোং লাংশিন্না রানা লৈবদো য়েংঙমদ্রহ্না ললিতানা শ্রীমতি রোমদা মিংকী ইঙ্গিৎ তৌহ্না তাকই। সখিগী ইঙ্গিৎ হেক ফংবদা রাঙাং চাওনা ঙসিদি পাম্বোম উরিনা পুল্লগা হুরানবা ফারগা মফি মরোল মুন্দুনা বনগী নিংথৌ মদনগী কৈশুমশংদা দণ্ডি; পুন্দুনা থমগনি রাধে খংগনিদো।

কুন্দলতা : হে যুবরাজ নপোং হুখ্রগা ঙমই হায়হ্না মী খুদিংদা ইকাইবা দোষ পীবরা। করিগী রাখল লৈত্রিবা হুরানখ্রবা পোং অহুবু থিহ্না পীবা ঙম্বা অহুদা হায়জবা নত্তনা পুথোকপা ঙমলোইদবদা করিগী চৈরি।

## এক তাল

মিংকী ইঙ্গিৎ ফংবদা রাধাবু শ্যামনা ফারেনে।
ঙসিদি হুরানবা ফারেনে; পোং ফংদ্রিমখৈ থাদোক্লোইনে॥
নফি নরোন কন্দুনা: ঐঙোন্দা উহল্লু নত্রবদি।
নাক-য়েৎ হকচাং পুম্বা মুরুলী লৈব্রা থিরক্লেনে॥
করি অমত্তা রাখল তৌবিদনা ঙম্মি হায়বগী মতৌগুম্না।
ইকাইবা পীহ্না থিরবা ফাওবদা;
বাধাগী হকচাংদা মুরুলী ফংখিদরে।
মতমসিদা রাধানা হায় মুরুলীদি ঐদি কদৌননি।
অকংবা রাগী রাতেক্নি মনিং মমাং অহোবনি॥
লৌরগা ঐদি কদৌননি; হায়য়ু হায়য়ু।

ব্যাখা ঃ— ললিতা—শাউরপ্না করিনো কান্নদবা অকংবা রাতেক রাকোক্তো পান্নগা নিজোনে পীকথন্না লৈ পীবিগে ঐখোয়দা। কৈনো নিংথৌগী মচা ইবেম্মনি - শেংনা ঈরুজহুনা লাই পুজাগীদমক লাকচরিবনি। করিগী মাংথোকপীরি ইকাইদেদা। কবি শেখরনা হায়জে মুরুলী ফংদ্রিফাওবা থাবিরম্নু রাধাবু। ঙসিদি চেনবা কাকা শুকয়া য়ারোই মুরুলী ফংদ্রি ফাওবা থাদোক্লরোই।

## পাঁচ তাল

রাধানা হায়জৈ কানু ; পুক্লিং তপথবিয়ু ;
ললিতানা লৌখ্রে বাঁশি।
মাইথোং লৈদা লুরুহুনা ; মোমোন মোমোন নোক্লহুনা ;
নোক্লরিয়ে নতৌহুদা সখিশিংনা।
রায়গী রাহৈ তাবদা ; চৎখরে ইবুংঙোদো ;
ললিতাবু ফাগে হায়না।

## ঠুংগ্রি

ললিতানা হায়রকই বাঁশিদি বিশাখাদা লৈখ্রে।
ললিতাগী রাহৈ তাবদা বিশাখানা নাপল তৌনা হায়রকই॥
ঐসে বিশাখানি পুম্নমক্কগী অথোইবীনি।
মুরুলীদি চম্পকলতাদা লৈখরেনে॥
তাবদা মিপাইরে চম্পকলতা থুনা য়াংনা হায়রকই।
তুঙ্গবিদ্যাগী নাক্তা থনম্বোই তৌই কদাইদা চৎখ্রে। ইন্দুরেখা॥

তাবদা চিত্রা থুনা য়াংনা চংখ্রে মতৌদো য়েংনিংদ্রবনা।
রঙ্গ দেবীগী নাক্তা ফমখ্রে খুদক্তা সুদেবীগা লোইননা॥
তৌফম খংদ্রবনা শ্যামনাগর ময়াইদা লেপ্তুনা লৈরেনে।
ইথৌ থৌওইদনা ইবেম্মশিং ময়ামদো মাধবী মখোংদা ফমবনা লৈথোখ্রে
শাউরবনা ললিতানা হায় হে শকহেনবা।
অকংবা রাতেক অবনা করি কদৌনদৌরিবা॥
অপংবদৌনা থাগচ্চরিবদো ইকাইদরনে।
পামলবদি নিজোৌও য়াম্না লৈ মীপোৎ মীপোৎ পীবিগেনে॥

## এক তাল

রাধানা হায়জৈ ওগো বিশাখে;
তৌঙমদবা অঙাওবগী মতৌসে।
য়েংউনে ইকাইবনা ঐদি শিরেনে;
মীয়াম মমাংদা ঐবু তৌবিরিসে॥
ষনশেন নহা চোইহাদা প্রেম থমলুবনা;
ইকাই ইকি পুম্বা লোইনা মাংখরেদনা॥

ব্যাখাঃ পুক্নিংদা মবুংঙোগী লৈদগী হেন্না থোৎলবা খুৎ থম্বান্না।
শোকপিবদা মুংঙাইজবা পেঙ্গবদি ঙমখৈ লৈজদে॥
চিনবানাথোংদদি ইকাইবা শাউরপ তৌনা ঙাংলকপা তাবদা।
ইবুংঙোদো চাননা ইবেম্মা শাউগ্রবরা থল্লুরেনে॥
মুরুলীগা ফংদবনে ললিতানগা থিনা চৈবনে।
তুফক তুফাই চন্দুনা থক থক নিক্কা নোল্লুক্কা খুৎলোন্নবুনা।

## এক তাল

নোমুক্ৰা হায়জরি হে রাধে ;
ঐগী মুরুলী পীনবিরোনে !
প্রেমগী মশক ওইবী থৌজালহৈবী ;
ঐগী লংজবা পুম্বা ওৎকপীয়ুনে ॥
ঐগী মুরুলী পীনবিরোনে ;
নংঙোন্দা ঐনা ভিক্ষা নিজরি ;
ঐগীদি মুরুলীনা অথোইবা লননি।
রাধে নংবু মিকুপ অমত্তুং উদরদা লৈজবা ঙমদেনে
নংগুম্না মুরুলী উদবদা লৈজবা ঙমজদেনে।
মুরুলী লৈত্রবদি রাধে নংগী ময়েক অনি ;
রাধা নাম করম্না শোলগান ॥

---

## আর তাল

পীনবিরো মুরুলী রাধে প্রেমগী মশক ওইবী।
পীনবিরো মুরুলী রাধে ;
প্রেমগী মশক ওইবী চানবিয়ুনে।
ঐগী অথোইবা লননি মুরুলীসিনা ;
ভিক্ষা নিজরিয়ে নংঙোন্দা ॥
নংবু থোইদিং তম্মাই উদ্রবদা লৈঙমদবা ঐহাক্তি।
নংগুম্না বাঁশি উদ্রবদা লৈঙমদ্রবা ঐহাক্তি ॥
নংগী রাধা নামদা দিক্ষা ফংলবা ঐগী মুরুলীনি ।
মুরুলী লৈত্রবদি নংগী রাধা নাম করম্না শোলগনি ॥

ব্যাখা : কৃষ্ণনা ব্রারগা ব্রাজরবী রসগী মশক ওইবী। মহোশানা থৌজাল হৈবী কৃষ্ণনা মুংঙাইরগা থোইনা মুংঙাইজবী। য়েংজবা ঙমজদরে ; মবুংঙোগী অব্রাবা সখিশিংদা ইঙ্গিং পীরে।

## এক তাল

ইবেম্মগী ইঙ্গিং ফংবদা ; মুরুলী পুথোক্তুনা ;
মবুংঙোগী সনা খুত্তা ; মুরুলী কচ্চরে।
মুংঙাইজরে ইবুংঙোদো ; মুরুলী ফংবদা ॥
অস্রুম্না কয়ামরুম ওইবা লীলাব্রু শান্নে।
অস্রুম ওইবা অনিগী লীলাব্রু ;
মধু স্রুদন দাসনা শকচৈ ॥

——



——

# সুবল বেস

## গৌরচন্দ্রিকা

লেংবিরক্লো গৌরহরি সঙ্কীর্ত্তনগী ময়াইদা।
নিত্যাইনন্দ লোইনবিরক্লো ভক্তশিংস্নু য়াওবিরক্লো॥
নংগী যন্ত্র নংনা পায়বিরো নংগী কীর্ত্তন নংনা তৌবিবো
কৌজরি হে প্রভু তোল্লবা ননাই ঐখোয়না॥
পুক্লিং তুলশী ভক্তি চন্দন কচ্চরিয়ে শ্রীচরন্দা।
মিংকী পিনা চবণ শেংজগে ভক্তিনা পুজা কচ্চগে॥

## বিষম কাটা সোম তাল

সঙ্কীর্ত্তন অতিয়াদা; গৌরনা ঙাল্লি।
পুর্ণিমা থাজগুম্না॥

য়েংউ ঙসি গৌরাঙ্গনা জগোই শারি।
পান্থোম রাংনা থাঙ্গত্তুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লত্তুনা॥
ব্রজ ভাবতা লুপলত্তুনা রাধা রাধা কৌবত্তুনা।
ভক্তনা থরাম্নিচাক ওইরত্তুনা ঙাল্লে ইকোই কোইনা
গৌরিদাসবু উরুবদা সুবল ওইনা খল্লুত্তুনা।
চেল্লশিন্দুনা গৌরাঙ্গনা মনাইবু চেংনা কোল্লে॥

---

স্মুবল বেস

## চুই তাল

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ; পুর্ণিমা থাজগুম্না ;
সঙ্কীর্ত্তন অতিয়াদা ঙাল্লি।
পান্থোম ব্রাংনা থাঙ্গত্নুনা ; হরি হরি শোল্লহুনা ;
প্রভুনা নিংথিনা জগোই শারি ॥
মমাংগী ব্রাখল খল্লুহুনা ; রাধা রাধা কৌরহুনা ;
(১) নয়ন্দগী প্রেমগী ধারা শিন্থে।
গৌরিদাসবু উবদা ; স্মুবল ওইনা উরহুনা ;
(২) গৌরিদাসবু প্রভুনা কোল্লে ॥

(১) ঈহৌরকপগুম ; গঙ্গানা ; মিংস্না থম্বাল অনিদা ; তত্তনা শিন্থবি।
(২) উরহুনা ; গৌরিদাসবু ; মনাই স্মুবল ওইনা।
চিংনা চিংনা য়েংলক্লে ; হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে ॥

## ব্রজ ভাবতা

## ঠুংগুরি বাঃ ক্ষাক তাল

(১) ওহে স্মুবল কৃপা তৌনে ; রাধাবু উহলবিযুনে ;
ঐগী হকচাং তপথবা ঙমদরে।
প্রভুগী য়াথং তাবদা ; গৌরিদাসনা হঙ্গৎচৈ ;
শ্রীঅঙ্গদা লৈবেনে রাধাদি ॥
শ্রীগৌরাঙ্গনা তাবদা ; রাধা রাধা কৌরহুনা ;
ব্রাম্থরেনে লৈমাই থক্তা।
অস্মুম ওইবা গৌরাঙ্গগী ; থুপ্পবা লীলাসিবু ;
রাধামোহনদাসনা তত্তনা চুপচৈ ॥
শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুগী লীলাবু ॥

(১) ঐবু চানৰিয়ুনে; ওহে স্থবল থৌজানবিয়ুনে;
নহাক্কা ঐবু; ইতাও স্থবল; বাধাব্ নত্তনা;
ঐগী থৱাই ওইবিবী॥

## শ্লোক

মঙ্গলগী মশক ওইববী ঋতু পুন্নমক্না তিল্লবী
শ্রীবাধা কৃষ্ণগী শান্নফম ওইবিবী শ্রীধাম বৃন্দাবনবু
হন্না হন্না খুকুমজবি॥

ব্যাখা ঃ নোংমদি বৃন্দা সখিনা মানা শেমজবা;
বৃন্দাবনগী ফজবা য়েংতুনা অস্থুম শ্রীকুন্দবোমদা লাকপদা

## ঠুংগাঁর

কৃষ্ণ স্থবল লৈবদো; বৃন্দাদেবীনা উকবে;
ঙসিদি খুদোংচাবা মতম্থু ফংলবেদা।
বাধা কৃষ্ণ অনিমক্কী; লীলাগী মবমগীদমক,
বৃন্দাবনগী মনুংদা বৃন্দা ঐনা লৈবিৰনি॥

খল্লকইনে; বৃন্দা তুতীনা
ওইহল্লগে; অভিষাব; কৃষ্ণগী নাক্তা বাধাতুম;
বৃন্দা চংখবে; অসি হায়না হায়রমলগা;
তিনশিনবিবগে; নোংথাঙ্গা নোং অনৌবগা॥

ব্যাখা ঃ—বৃন্দা তুতীনা ঙবাং শ্রীমতীনা থোল্লম্বা লৈহাও পবেং অমা পুবক্তুনা, স্থবলদা হেক পী। স্থবলস্থ লৈহাও পবেং অতু শ্রীকৃষ্ণগী ঙক্তা হেক হুকই। শ্রীমতীনা থোনবা নত্তে জাটিলা কুটিলাগী মাংদা থম্ফম খংদ্রতুনা ইবেম্মগী ঙক্তা থম্বনি।

## এক তাল

শ্রীমতিগী লৈহাউ পরেং অদো ইবুংঙোনা থোনবদা
ইবেম্মাগী অঙ্গ গন্ধ ইবুংঙোনা ফংলোন ॥
কপলক্লেনে, নিংলুহুনা, শ্রীমতি রাধিকাবু ।
ব্লাম্বরেনে, লৈমাইথক্তা, স্নবলগী মখুৎ পাইরম্বদগী ॥
চান্নথোইবা স্নবলনা শ্রীকৃষ্ণবু কোনখৎলেনে ।
শ্রীমুখবু ফিজিনা থোগন্দুনা হায়রকইনে ।
হায়বিয়ুগবা ; ইতাও ইবুংঙো করি নুংঙাইতবা লৈবগেনে ।
ইতাও ইবুংঙো নহাক্কী ঐখোয়না লমন তোল্লিনে ॥
লমমৈগী মন্নুংদা ঐখোয় শিরবদা ।
ইতাও নংনা থব্লাইবু কনবিখিনে ॥
শিরবদগী, ঐখোয় খিবিক, লমমৈনা ইকোই কোইহুনা ।
কালিগী হুবু ঐখোয়না থক্তুনা শিহুনা লৈরবদগী ॥
হে ইতাও ইবুংঙো নহাক্কী থোজান্না ঐখোয়বু হিংহনবিখিনে
ইমানা পোকপীবা মপোক অতুদগী নংনা অমুক পোকপিরেনে
মতুগী লমন্দো ঙমজবা মতমদা অমুক্তং শিংজগে নিংজরিনে ।
হে ইবুংঙো নহাক্লা কপ্লসি উবদা থব্লাই পুবা য়াদরেনে ॥
ইতাওগী পুক্লিংদা ব্লারিবদো স্নবল ঐঙোন্দা তাকপিয়ুনে ।

---

ব্যাখা ঃ— স্নবলগী ব্লা তাবদা কৃষ্ণনা স্নবলবু য়েংহুনা হায়রকই ।

## ঝাক তাল

ইতাও স্নবল হায়সি ইকাই হায়দসি ঙমলোইদৌরেনে।
ঐগী থৱাই ওইরিবী রাধাবু উহলবিয়ুনে॥
বাধা উহলবিরবদি ইতাও নংগী ননাই ওইরগেনে ॥

ব্যাখা ঃ—ইবুংঙোনা ইবেম্মবু য়াম্না খৌরাংবা অমদি য়াম্না নোল্লুকপহ্নু উবদা। স্নবলনচিংবা সখা পুন্নমকনদি। ইবুংঙো মাগী ফনবতা শিল্লিবনিনা কৃষ্ণবু নিংথিবা ৱাহৈমা ৱাদনবা থেমজিল্লকই।

## এক তাল

(১) কৃষ্ণবু স্নবলনা; নিংথিবা ৱাহৈনা;
ৱাদনবা থেমজিল্লক্লে।

(২) স্নবল থিল্লমদনা; চৈশু পায়রন্থনা;
যাবট লোম ওন্দুনা লাক্লেনে॥

(৩) লম্বী চৎনা চৎনা। ৱাখল তৌনা তৌনা;
স্নবলনা নোল্লুক্লা লাক্লেনে।

(৪) মুংথিল পোবোবসিদা জটিলাগী মাংদা;
ঐবু কবম চংখিসিব॥

(১) থৌগন্দুনা; শ্রীমুখবু; স্নবলনা গুপ্পাগী ফিজিনা।
(২) থুংননবা; শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিং; স্নবল মাগী প্রানবু হেন্না মুংশিবা॥
(৩) খল্লকলেনে; করম চংখিসিবা; রাধাগী মফম য়োননবা॥
(৪) স্নবল ৱারেনে; বুদ্ধি তৌফম খংড্রন্থনা; চৈরমগনিদো;
ঐবু হেক উবদা; জটিলা মমা মচানা; রাধাগী মনেম ফত্তবী

## ঠুংঙরি

হৌজিক রাধা পুদত্তুনা ; অসুম হলখ্রবদি ঐনা।
ইতাও কৃষ্ণ লেপনা শিগনিসে
করম তৌসিবা ;
সুবল কোবা ঐহাক্না ॥

## আউরি

সুবল ঐগী উপায়বু উদরে ; হৌজিক ঐনা করম তৌসিবা ॥

রা :—ওস্থোকপনি ইবুংঙো মাগী মাংদদি রাধা পুরক্কনি হায়রমলগা। হৌজিক ঐনা করম তৌসিবা। হৌজিক্তি রাধা তান্না চংসি কদাই ; হল্লসি কদাই হায়দুনা লৈরিঙৈদা সুবলগী মাংদা মন্নাওমচা অমা তবি তবি হেক চংলমই। মতুদা এ মসিন ঐগী উপায় ওইত্তুনা চংলগে নিংতুনা ॥

## ঠুংঙরি

ষন্নাও মচাত্তুবু সুবল নিংথিনা কোনথংলে।
আয়নগী লমজংলোমদা হরাও হরাও চংলক্লে ॥
সুবল অতু মবুকনিংদা কিনা কিনা চংলক্লে।
চাকথোংশঙগী মাইকৈরোমদা চংশিলমদাইকান্দা ॥
থাপলপ্না জটিলানা সুবলবু হেক উরেনে।
চৈগু থাঙ্গত্তুনা জটিলা কন্না হেক্তা লাওরকই।
কনানো হে লাকইবা, নং ঐ ঐ খংবরা।
উং-পাং হৈবা কালাত্তুরা ; চংবিরকনুনে ॥
ইচা ইমৌ য়াম্না লৈনে ; কিজৈনে কালা।
ওস্থোকনসু মায়া হৈনে ; তৌঙমদবা লৈতেনে ॥

ব্যাখা ঃ- জটিলানা ওন্থোকনস্থু মায়া হৈনে কিজেনে হায়বা ৱাহৈ অসি মমাংঙৈদা ইবেম্মা ইবুংঙো পুন্না ঙান্থোইরিঙৈদা জটিলা কুটিলা মমা মচানা হেক ফংঊরে অত্থুদা ইবুংঙোস্থু মাংবা— জুগোৎ চাহৌদ্রত্থুনা শ্যামা দেবীগী শক্তম লৌত্থুনা লেপখিবা অত্থবু নিংশিংলুরত্থুনা মচিন্দা করি হায়রকপগে হায়ববু ঃ -

ঐগী ইমাংমক্তা মানা থাঙ্গেশেংনা উনা উনা।
শ্যামা দেবী ইলাই লাইনা ওইখিনে॥
ইঙক ঙকখিনে কুটিলাগা ইমা ইচা।
মাগী কুঞ্জা মালাত্থুনা মী মকোক পরেং ওইখিনে॥
মাগী বাঁশিনা দেবীগী থাংশাং ওইখিনে।
ঙমজরোই ইবুংঙো ; চারৌ মৌরৌনবা॥

ৱা ঃ— জটিলানা ফিংনা কন্না হেক লাওরকপত্থুদা স্থুবলদো শ্বাই লাওই—কোকচাওবী ফুং। ঙহাক চপ লেপ্তুনা লৈরুরগা জটিলা রোমদা ওনশিন্দুনা ঐনি ঐনি জরতি কৃষ্ণ নত্তে স্থুবলনি। জরতিগা ঐগদি য়াম্না মরি থোক্লরিবনি ; অত্থুগা জরতিবুদি ঐনা লুনা নিংজরিবনি, জরতিনস্থু ঐবু কৃষ্ণ ওইরমগনি হায়না নিংফম থোক্তে অত্থুগা য়েংবিয়ু।

## ঠুংগুরি

ষন্নাও মচা মাংথ্রত্থুনা বন খুদিং কোইরুরে।
ঐনা পমলিবা ষন্নাও অসে য়াম্না থাপনা থিরুরে॥
ঈশিং খৌরাংমনথ্রত্থুনা ঐনা চংলকপনিনে।
(১) রাধা ঈশিং নিত্থুনা থকলগা পুখিনিনে॥
(১) হঙ্গোইরুন্নুনে ; ঈশিং থক্লগা হলখিনি ; কিরুস্থু কিরুস্থু॥

ৱা ঃ— রাধা ঈশিং নিতুনা থক্লগা হায়বা ৱাহৈ অসি জটিলানা লৌখিবা শুাবনা রাধাদগী ঈশিং নিতুনা থক্লগা যন্নাও মচা— পুখিগনি হায়বা ভাব অসোমদা লৌখি।
স্ুবলনা হায়জবা ভাবনা রাধাদগী ঈশিংসু নিতুনা থক্লগা— রাধাবুসু পুখিগনি হায়জবা অসিগুম্বা ৱাহৈ— অস্ুপ্পা অসি তারুরগা ও ফৈ ফৈ অতু ওইরবদি ; ঐগী ইমৌ রাধাদি চাকথোংশংদা লৈবনি ঈশিং নিতুনা— থকচরু হেক হায়রকপা অতুদা ॥

## এক তাল

স্ুবল কিবা খরা ফরে ; থৱাই খরা ৱাইশংজরে।
স্বর খরা হন্থজরে ; পুক্লিং খরা ৱাই শংজরে ॥
যন্নাও মচা পম্না পম্না ; চংলকলেনে তপ্পা তপ্পা।

## ধিমা এক তাল

শ্রীমতী ইবেম্মদি কপলতুনা লৈরম্মীনে।
সখা ময়াম ষন শেনবগী খোঞ্জেতুবু তাতুনা
কংষগী মনাই ফত্তবনা অৱাববু পীরবরা।
সখা ময়াম লাওনরিবা নিললিবা খোঞ্জেন্না ॥

ৱা ঃ— জটিলা কুটিলানদি মিকুপ খুদিংগী য়েংশিল্লিবদি মিত্রা পিখিত্তং তাবা উবা য়াবা নত্তে কনাগী ৱাখন্নো ঙকইদা হেক্তা চৈহৎলি। ইবেম্মনা তোৌফম খংদ্রতুনা শিং চাক্তুনা মৈখুনা মিত্রা চংতুনা তৌরিবনি খুমজে।

রা : ইবেম্মদি সুবলনা চংলকপা উবদা তরাম্না সুবলবু আসন্দা হেক ফমহল্লি ; শ্রীকৃষ্ণগা ল্যোইনহুনা চৎমিন্নরুবা অহ্নদগী অঙ্গ গন্ধদি সুবলগী মশাদগী ফংলগা ; শ্রীরূপতি দর্শন ফংদবা অহ্নদা ইবেম্মনা হিক্লা হিক্লা কপলহুনা য়াথং মতেক মতেক্লা ঃ -

## দুই ঠেকা

হায়বিয়ুনে ওহে সুবল মঙ্গল ওইবা মপাওবু ।
(১) রাধা ঐগী ইবুংঙোবু মঙ্গল ওইরিবরা ।।
মতমসিদা নহাক্লা ঐগীসিদা লাকপবু ।
কংষ মনাই ফাওবনা অব্রাববু পীবরা ।।
(১) ঐগী প্রাণ নাথদি করম তৌরি ।।
ইবেম্মবু য়েংলগা সুবলনা শ্রীকৃষ্ণগী পাও তমলকই ।

## দুই ঠেকা

(১) হে রাধে নিংথিবী ; পুর্ণিমা জমজবী
নংঙোন্দা ঐনা করম তমসিগেনে ।
(১) অব্রাবা মপাও ; ইতাও ইবুংঙোগী ;
ঐনা করম হায়সিগেনে ।।
ইতাও ইবুংঙোনা , ঐগী খুং পায়হুনা ;
শ্রীকুন্দরোমদা লাকইনে ।
লৈহাও পরেং অমা ; হৈশিংবী বৃন্দানা ;
ইতাওগী ওক্তা হুকলিনে ।।

খংহৌদনা ঐগী ; খুৎপু থাদোক্তুনা ;
লৈবাক থক্তা ব্রাম্থখিনে ।
ঐনা কোনখত্তুনা ; নিংথিবা ব্রাহৈনা ;
থেমজিনবদা মানা হায়নে ॥
বাধা নত্রবদি ; কৃষ্ণ কৌবা ঐদি ;
শোইদনা শিরগে হায়নে ।
ইতাওগী মতৌদো ; য়েংবা ঙমদ্রহ্নুনা ;
ঐনা চেল্লকইবনে ॥
কপলগন্নুনে রাধে ; থিনববু কান্নদে ;
(১) ইতাওগী থব্রাই কলহৌনে ॥
(১) রাধে থিনবা কান্নদে ; কপলগন্নুনে রাধে ॥

ব্যাখা :—সুবলগী মচিন্দগী কৃষ্ণগী অরাবা পাওদি তাবগা, ইবেম্মনদি মনিং মখা তৌনা ইবুংঙোগী দবশন্দি চৎপা ঙমদবদগী ব্রামনখিবনা যুম্বীগী মতৌগুম্না চপ লেপলম্বদগী ব্রাম্থখবে। ঙহাক লৈরগা জ্ঞান লাক্তুনা সুবলবু য়েংলগা ব্রাহৈ মতেক মতেক্না।

## তেন্তৎ

ব্রাখবেদা ওহে সুবল ; শ্রীকৃষ্ণবু উদবসিদা ;
লাইবক থীবী রাধা ঐসে ।
লম্মৈনা ইকোই কোইশিল্লবী ; ব্যাধগী তেন্না পাল্লবী :
শজীদো রাধা ঐ ওইরেনে ॥
মরি রে এ এ এ এ এ এ এ এ এ

## দুই ঠেকা

হায়বিয়ুনে হে সুবল কৃষ্ণ ফংননবা উপায়।
লাইবক থীবী ঐহাকসে করি ওইরসিগেনে ॥
লৌনম চাওবা বিধিনা করম্না তমমলিগবা ।
রাধা কৌবী ঐহাকপু ওন্থোক্লা রাহলবিদা ॥
লাইবক থীবী ঐগীদমক কৃষ্ণনা রাবা পাওবু ।
তারগা রাধা কৌবী ঐনা করম তৌনা হিংসিগে ॥

ব্যাখা ঃ — ইবেম্মনা উপায় উদতুনা য়াম্না রাবা মতৌ অতু উতুনা
সুবলনা ঙহাক বুদ্ধি তৌরগা ॥

## ঠুম্মরি

ইবেম্মা নিংথিবী তাওনে উপায় অমা তাকে রাধে ।
উবা ফংননবা ; নংগী প্রাণ নাথবু ॥
ঐনা তাকপা রাসি লেপ্পা লৌনে।
য়াদবা তৌগনু . ঐনা তাকপা লৌশিংসে ॥
সুবল ঐগী ফিজেৎ অসি ইবেম্মনা শেৎলোমসি।
হঙ্গাইরুনুকো ; নিপা ফিজেৎনি হায়তুনা ॥
সুবল ঐবু শাতুনা চৎলোনে রাধে।
খংবা ঙমলোইনে ; রাধিকানি হায়বসে ॥
নংগী ফিজেৎ অতু ঐনা শেৎলতুনা যতন তৌনা ।
(.) নহাকপু শাতুনা লৈহোগেনে ঐহাক্লা ॥
(১) তমলতুনা ; নংগী রাঙাং খোলফম ঐনা ।
খংবা ঙমলোইনে ; জটিলা কুটিলানা ঐবু ॥

সুবলনা তাক্লকপা উপায় তাবদা ইবেম্মা মুংঙাই।
চুম্মি নিংঙিনে; সুবলগী লৈশিং অসে॥
শ্রীমতী ইবেম্মগী পুক্লিং খবা তপলেনে।
শঙ্গাইগী অতোপ্পা কাদা ইবেম্মনা লেংশিন্দুনা॥
চান্নবী সখিশিংগা হোংদোক্লুনা ইবেম্মগী সনাফিগে।
হৈশিংলবী সখিগী থোং ওইনা ফিশিন্নরে সুবলদা॥
সুবল শাড়ী শেংচিন্দুনা মাগী ফৈজোম পীখিদুনা।
সখিশিংগা শ্রীমতীসু ফৈজোম অচুম থোল্লে॥
শকয়েং মিংশেল থাদুনা করিবু থোক্লে যতন তৌনা।
ইবেম্মগী নিংথিরবা শমগ্রেংগী শিন্দুবব মুথত্তুনা॥
শময়াম পুগা থোমগত্তুনা ফজনা চুরা ওইনা পুল্লে।
হবাও হবাও ইবেম্মা মোমোন মোমোন নেকচরে॥
মুন্না মুন্না য়েংঙবদা শত্তমদো সুবল ওইনা উরেনে।
শোয়দনা ফাংগনি খঙ্গরে মবুংঙোগী চরণ সেবা॥

অ্যাখ : মতৌ অম্মুন্না সুবলনা শেংলকপা অলঙ্কার পুন্নমক লৌথোক্লুনা ইবেম্মগী অঙ্গ খুদিংদা থোল্লি; চরন্দা নেপুর খ্বাংদা খবা কিঙ্কীনি পাম্বোমদা তাল খুজেংদা খুজী কংগী বেখা চক্কা সনাগী লিক পরেং নাদা কুন্দন পুন্নমকসি সখি ময়াম চংদুন ইবেম্মগী রাখাল ফিজেৎ শেংপা লোইরে। থোইনা হেন্না ফজরে রাখাল ফিজেৎ শেংলগা।

ব্যাখ্যা :— সুবলগীসু সখি ময়াম চংদুনা ইবেম্মনা থোল্লম্বা অলঙ্কার পুন্নমক অহ্ লৌথোক্লুন সুবলদা শেংপীরে। ইবেম্মগী মেঘাবব

কৌবা সনাফিগে অহু শেৎপদা বিশাখানা শেন্থি শানিরে। মতৌ অশুম তৌদুনা সুবলনা শেংকদবা মথৈ শেংলবদা ইবেম্মগী শকফমদি ফাওদরে। বাশিদদি যৌ হাযবা য়াদ্রবহুদা সখি ময়াম চংদুনা কবি ৱাংলিবনে। হায়দুনা মুন্না যে শিল্লকপদা খংনিং নিংশি লক্তুনা কস্তুবি— তল্লগা সনাগী তুবি পাংদুনা বিশাখানা খদা পাইদুনা শম্বু হাপ্পি।

সখি ভাব চংডবিবা ইশৈ লেংজরিবা কদিনা।

## ঠুংভরি

শমক্রু হাপ্লবদি সুবল বাংদি শোইদরে।
খেন্নদবদো ; সুবল অদো, ইবেম্মা বাধাগা।

**ৱারী** :– অনিমক্কী ফিজেং লোইববদা ইবেম্মা কৃষ্ণবু দর্শন— ফজগনিকো হাদবগী হবাও হরাও ওইগী শুব যেংদুন খেং থাজগে হাযদুন হন্থন যেংথবকপদা মায়োক থম্মাস টুকংবদগী ইখং খনা কপলকই।

## মেন

বাংবা ঐগী লাইবকসিদ নোংদম থিনা তমগ্রবোইদো।
শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফজলোইদৌবা লৈববদি নুপীগী—
নংপোকসে করিগী শেম্ব বিবা॥
বিধি নংসে ওন্থোক্লা নুংশি হৈতেদা।
নিংজবা পুম্বা অরেম্বা ওইরে॥
কংলবোইদা চরণ সেবা উববোইদো, ফজবা মাইথো॥
নিংজবা পুম্বা অরেম্বা ওইরে॥

বাৰী : - ওম্হোকপনি সুবল ঐনা কনা হোংনজরিবসিবু ঐগী ( পয়োধর ) নুপী ওইবীগী ঈথক ঈপোম অসি লান্দুনা চংপা ওমদবসিনা য়ান্না অৱাবা ওইরে হায়দুনা কপ্লবদা সুবলসু ওহাক তুমিন্না তৌফম খংদ্রবুনা লৈরুরগা।

## ঠুংগুরি

সুবল মন্নাও মচাদুবু খংনিং নিংশিংলক্লে।
সুবল মন্নাও মচা পমখতুনা রাধাবু পমহল্লে॥
খোইনা নিংজিরেদো ; মন্নাও মচা পমলগা।
হবাংবে ইবেম্মা ; সুবলগী লৈশিং উবদা॥
সুবল নংগী নপান্দগী রাধা কৌবা ঐহাক্না।
(১) ইবংগোগী চরণ উবা ফংগদৌবেদকো॥
(১) নু ওইদা সুবল ; সাম সাধু শিংইদা।

## এক তাল

মন শেনবদা পায়বা , সুবলনা শুবকপা ;
(১) চৈশুত রাধাবু পায়হল্লে।
(২) ইউক ওকালনে ; গোপীশিংগী পুক্লিং ;
রাধাদো সুবল মানমনখিবনা॥
শ্রীমতী ইবেম্মা , মোমোন নোক্লা নোক্লা ,
মতাশিংদা বিদায় লৌরেনে।
বিদায় পীরেনে ইবেম্মবু ; ললিতানা চিংবা ;
সখি পুন্নমক্লা॥
শ্রীমতী ইবেম্মা ; ওইগী খব লাকপা ;
মতুং ইন্না ওইগী খোং থাংলেনে।

**বারী** :–ইবেম্মনা ওইগী স্বরদা খোংথাঙ্গে হায়ত্নুনা তৌবত্নু স্বুবলনা উরত্নুনা ॥

## এক তাল

শাজংনিনে ;                মত্নুদি নুপীগী ;
ওইগী স্বরদা খোংথাংবা ।
য়েংকী স্বর মতুং ইন্না ;          বাখিকাবু য়েংকী ;
খোং থাংবা তম্বীরে ॥

**বারী** :- ইবেম্মনদি মহৌশানা তৌবদি নত্তবনিনা হৈত্রবা অত্নুদা ।

থাবীরেনে, স্বুবলনা তালব্ ;          ইবেম্মগী য়েংকী ;
খোং থাংননবা ।
চংলকালেনে :                কৃষ্ণবু শোন্দুনা ;
জটিলাগী মমাংমক্তুদা ।

ব্যাখা :–জটিলাবোম হেক ওলেশিন্দুনা জবটি ঐ চংচরে ; হায়ত্নুনা হেক খুরুমজে ; জটিলানস্তু ওঃ ফৈ ফৈ – স্বুবল চংচরবো ন না নিংবা পুন্নমকস্তু থুংজো হায়বকপা অত্নুদা ॥

## এক তাল

ইবেম্মা রাধাদা মোমোন নোক্তুনা ;
চংলকালনে কুন্দরোমদা ॥
শামুগী শাজং হেল্লিবী ;
কাংঙাগী খোংথাং ঙমজবী ।

কৃষ্ণবু নিংশিং নিংশিংদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লদুনা।
অতিয়াদা থোকপা পুর্ণিমা থানা ;
লৈমাইদা চৎপগুম চৎলকলেনে॥

বনগী মাইকৈ খুদিং পুমডাল ঙালনা ;
শ্রীমতী ইবেম্মা চৎলকলেনে॥
থোইনা হেন্না নিংখিজেদো ;
সুবলগী মশক ওইরগা॥

রারী :—শ্রীমতী ইবেম্মনা লেংখিবদা বৃন্দাবনগী লৈকা খুদিংদা।
লৈহি চুপ্পুনা লৈরম্বা খোইশিংনা অঙ্গ গন্ধ ফংবদা : মান মানা
চুপ্লমলিবা লৈহি অতু থংদোক্তুনা ইবেম্মরোমদা তম্ম। :

**এক তাল**

খোইমুনা গুণ গুণ হায়না ঙংলকলেনে।
খোইমু লাবা অমোম্না অঙ্গ গন্ধ ফংবদা॥
কিনি কিনি হায়না কিঙ্কীনিনা নিল্লক্লেনে।
হকচাংনা লেংবা ২ খুদিংদা রুনু ঝুনু হায়না নোপুরন
নিল্লক্লেনে হৌনা খোংথাং খোংথাং খুদিংদা।
কোকিলনা কুহু কুহু পঞ্চম শুবনা মঙ্গল তৌরক্লে।
রাহোংনা লৈনা লৈনা মাংদা জগোই কৎলক্লে॥

**ঠুংরি**

থৌগন কনা য়াংদনা শ্রীমতী ইবেম্মনা।
চৎলক্লেনে বনগী লম্বীদা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবনা॥
ইবুংঙোগী অঙ্গ গন্ধ লাকপা মতুং ইন্না।
রাধা কুণ্ডবোমদা চৎলক্লেনে নিংখিবীনা॥
শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়াম্না নকশিল্লক্লে রাধানা।

ব্যাখা ঃ ইবুংঙোদি ইবেম্মগী প্রেম্না ঙাওহুনা শ্রীকুণ্ড মপান্দা।

## ছোট দশ কুশ

শ্রীকৃষ্ণনা চৎপা তুম্বা ; থাদোক্লবা পামজখ্রবা ;
বেন্নুদো লাপলপ্পা তাহুনা লৈনে।
লৈপাথক্তা ওস্থোইরুবগী ; হিক্লা হিক্লা কপলুবগী ;
শ্রীঅঙ্গদো উফুন্না ইব্রাও ব্রাওরে॥
ইবেম্মনা লাক্কদবা মাইকৈ ; চিংনা চিংনা য়েংহুনা ;
নোংগৌবিনা নোংঙাইবগম লৈরমই।
ইবেম্মবু য়েংলমলগা ; হিক্লা হিক্লা কপলুরগা ;
লৈমাইথক্তা থরো থবো ওনখবেনে॥

ব্রারী ঃ—শ্রীমতী ইবেম্মবু উনিংবগী প্রেম্না থুমহৎখিহুনা।
সুবলগী মশক লৌহুনা লাকলিবা ইবেম্মবু শক খংখিদ্রহুনা। করি তৌরে ইতাও নংনা রাধাবু পুবক্কনি হায়হুনা চংখ্রগা মন্নাও মচা পমহুনা লাক্লবদি হায়বকপা অহুদা॥
এঃ ঐবু খংবিদ্রমাল্লে অসিনদি হায়নিংবা ব্রা খবদুম হায়হৌগে নিংহুনা॥

## এক তাল

(১) হে ইতাও রাধাদো পুবকপগী শক্তি লৈতে।
চৈশু পায়রহুনা জটিলানা ঙাকুমা লৈনে॥
(১) হোংনজরুইনে ; ঐস্থু চংহুনা ফনা ; ইতাও নংগীদমক॥
ইতাও নংগী অব্রাবসে কোক্লনবা হায়হুনা।
চন্দ্রাবলি কৌরুবদা চৎলমদাইগী মতমদা॥

মফি মরোল শেৎলত্থনা চন্দ্রাবলি চৎলমদাইদা।
ঙঃ ইতাওনা চন্দ্রাবলিবুদি কৌরকউদ্দি হায়দেকো॥
মসি ঐনা খল্লুত্থনা ঙহাক ঙাইরমখো হায়রম্মি।
কৌরুগেদো; চন্দ্রাবলি; রাধাবু হেন্না নিংথিবী॥
চেঞ্জরক্কনিদো; ঐগী ইশক হেক উবদা;
থিল্লগনি নিংলগা ঐনা খোংনা চৎপদি।
ইতাও নংগী নশামক্লা কৌরো নংগী বাঁশিত্থনা॥
চন্দ্রাবলি হেক্তা চেল্লক্কনিদো; খোংলোনে বাঁশি।
চন্দ্রাবলি তাননবা॥

মাৰী :—কবিনো ইতাও ঈশিং খৌরাংলগা মৈ থক্লগা ফবা হৌনব্রা।
চন্দ্রাবলিগী স্নেহদি ঘৃত স্নেহনি; ঐগী ইবেম্মগী স্নেহদি
মধুব স্নেহনি। অদুগা ঐগী বাঁশি অচম্বা নত্তেনা।

## এক তাল

ঐহাক্কী বাঁশিসে হে ইতাও চন্দ্রাবলি কৌবা য়াইবোই।
কৃষ্ণ ঐগী ইবেম্মা বাধাতবু কৌনবা বাঁশিনিনে॥
হে ইতাও সুবল ঐদি শ্রীকুণ্ডদা চোংথত্থনা শিবগেকো।
ঐনা হিংলুত্থনা কবি কান্নগদগে॥
ঐগী থরাই মঙা.স ইবেম্মা বাধা মাগীদমক্তনিনে।
কৃষ্ণ কৌবা ঐগী লন কৃষ্ণ ঐগী থরাই;
কৃষ্ণ ঐগী লৈজবা খিবিক।
বাধা কৌবী মানা ওইরিবনিনে;
বাধা নহনো ঐগী কবিস্থ লৈজ.দ॥

## ঠুম্রি

রারম অসি হায়রম্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা।
রাধা রাধা কৌহ্না শ্রীকুণ্ডদা চোংথরে॥
ষম্লাও মচা থনমহ্না শ্রীমতী ইবেম্মা।
শ্রীকুণ্ডদা চোংথহ্না নিংখিনা কোনখংলে॥
ইবেম্মগী অঙ্গ গন্ধ ইবুংঙোনা ফংলে।
(১) ইবেম্মা রাধানি হায়বা খংলেনে কৃষ্ণনা॥
(২) ঙমখৈ লৈতরে; কৃষ্ণদো হরাওবগী;
লাইরবনা মণি ফংবগুম॥

## এক তাল

ঐবু লুনা নিংবী; ইবেম্মা রাখিক;
মতৌ করন্না লাকইবা।
কৃষ্ণ কৌবা ঐগীদমক; তৌজিক চুংথিলসিদা;
করমনবু লাকইবা॥
মনেম কত্তবীবু; মতৌ করমনবু;
নমহত্ত্না লাকইবা।
কন্না ঙাক্লা ঙাক্লা; মনেম জটিলান;
অহুক চেকশিন্না॥
কৃষ্ণ কৌবা ঐদি; মপোক অসিদদি;
(২) লমন শিংবা ঙমলরোইনে।
(১) ওইজরগে নংগী ননাই;
হন্দক মপোক অসিদদি॥

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক্কা ; শ্রীকুণ্ড মপান্দা লেংশিল্লে ;
মণি তাংবল মথক্কা ॥
ফজবা ওমখৈ লৈতেনে ; কুণ্ডগী মাইগৈ ইঙাল ঙাল্লে ;
অনিমক্কী ফজবা শক্তম্মা ॥

**রারী :** অসোমদা ইবেম্মবু শাত্নুনা লৈহৌরিবা সুবলদো জটিলা কুটিলাবু কিবনা পুক্লিংদা তথক তথকই। মতমসিদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী লীলাগী থৌরম পুরিবা। ভগবতী পুর্ণিমাশিনা কুন্দলতাদা জটিলাদগী যমুনাদা ঈশিং শোকপা চৎনবা (অজ্ঞা) য়াথং লৌহল্লি। অতুগা সুবলস্ম মবেম্মনা চৎখিবতুগী রাখন্দা রাজৈ।

## এক তাল

মহৌশাদি রাধাদো মতাশিংনা থৌগল ইল্লি।
ঙসিদি কনানস্মু থৌগল ইনবিখিদেকো॥
খল্লুতুনা রারকলোনে সুবল মবেম্মগীদমক।
সুবলগা সখিশিংগা রারম পুন্নমক তান্নতুনা॥
যমুনাদা ঈশিং শোকপা ওইনা চৎলসি লেপ্পরে।
সনাবুন অমমম পাইরতুনা মরি মরি থোরক্লে॥

ব্যাখ্যা : সুবলগা সখি খরগা জটিলাগী মাংদা ইঙ্গিৎ ঙাইবগুম্মা মুশুক মুশুক লেপলুবা অতুদা জটিলানা এঃ নহাক নহাক্কী ঙল্লিঙৈদা ঈশিং মাইশিং শোকহৌক্নরো হায়রকপা অতুদা।

## ঠুংগুরি

স্নুবল মুংঙাইরে অক্লাদগী নাম্বোকলপা তেনরাগুম্না।
চিংনবা কোকথরে;
পুক্লিং মকা লামথরে॥

### এক তাল

স্নুবলগা সখিগা সনাবুন পুতুনা;
যমুনা রোম তম্না লাকলেনে।
খেন্নদেনে স্নুবল শ্রীমতী রাধিকাগা;
মশকস্নু মতৌস্নু লমচৎস্নু রাঙাংস্নু॥
শ্রীকৃষ্ণনা লৈহৌবা রাধাকুণ্ডরোমদা;
স্নুবল সখিশিংগা লোইননা লাকলেনে॥
স্নুবলগী লাকলিবা মতৌ অদু উবদা;
শ্রীমতী ইবেম্মা মোমোন মোমোন নোকলেনে॥

ৱারী:— ইবেম্মনা ইবুংঙোবু মিংচিনা হাইরপ য়েংলম্লগা নুপী লাক্লবদি নিপা ঐখোয়দি অসিরাইদা লৈবা হৌনদ্রে হায়রম্লগা শ্রীকুণ্ডগী মপান্দা মচি অমদা লেংশিন্দুনা সখিগী থোং ওইনা ফি ওন্নরে।

## ঠুংগুরি

ইবেম্মগী অলঙ্কার ইবুংঙোনা শেমলে।
স্নুবল অদুস্নু মাগী অলঙ্কার শেংচিল্লরে॥

ৱারী:—ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্না নিকুঞ্জ মন্দিরদা য়েৎ ওই কাইদনা যুগোল রুপ্না নিংথিজবা অদুবু সখিশিংগা স্নুবলগনা থা মচেৎ শানা কোয়রগা অনিমক্কী শক্তস্নু নৈশি-লৈথোক্লরি।

## ঝাঁপ্তাল

য়েংউ ইতা চান্নবী ; অনিগী শক্তম অসে ;
করিগা চাংদমনগনি ।
অনৌবা নোংগী ওইসিদা ; বিজলীনা ঙাল্লিবসে ;
জগৎ সুমহৎপা শক্তমনি ॥
যোগি ঋষি মুনিনা ; ফংঙমদ্রবা অনিগী চরন্না ;
শ্রীকুণ্ড মপান্দা ঙাম্থোইহিরি ।
ধ্রুব নারদ প্রহ্লাদনা ; নিংবদা ফংঙমদ্রবা ;
যুগোল রুপ্না ঙালবীরি ॥

## প্রার্থনা

শ্রীবাধা মাধব অনিগী ; থোগন ফংহনবিয়ু ;
অরোইবা মতমদা চরন্দা থম্বীয়ু ॥
থৌজাল হৈবী থৌজাল হৈবা ; ননাইবু থৌজালবিদ্রবদি ;
তাইবংদা মিংচৎ থিহৌগনি ॥

## ঠুংগ্রি

সখিশিংগা ইবেম্মসু যাবোং লোমদা লেংখবে ।
কৃষ্ণ সুবল অনিমকসু সখা মরক চংখরে ॥
রাধা কৃষ্ণ অনিমকী নিংথিরবা রসসিবু ।
অহিং নুংথিন্দা চুপচৈ কবি যতুনন্দনা ॥

## ( মর্নাশিক্ষা ) পুক্সিং ৱারকপা

পুক্সিং হরি শোল্লু শোল্লুনে পুক্সিং কাউগন্নু।
অহিং মুংথিল অনিমক্তা পুক্সিং তত্তনা শোল্লু॥
হরি নাম অমৃতবু পুক থননা পামজনা থকউ।
ইমাগী গর্ভ মন্নুংদা লৈরিঙৈদা নিংজরুবা হরিবু॥
মপোক কোটিগী পাপনা ইরান্দুনা ফংজদে মাবু।
হৌজিক তাইবংপান্দা লাকলে কাউথোক্লে মাবু॥
হরিদি নিংদনা অরেম্বদা মতম হৌখরে হরি শোল্লু।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

হরি শোল্লু হরি শোল্লু।
হরি হরি শোল্লু॥
নাম পুর্ন্না শকপা লোইরে।



# রামানন্দ সঙ্গ

## কৌজবা-লোকা

কৌজরিয়ে গৌরহরি থম্মোই সিংহাসন্দা।
শায়ন পুম্বগী অথোয়বা ; কলি যুগকী চিন্তামণি॥
প্রেম ভক্তি থোক্লকম ওইবা ; জীব পুম্বগী গুরুনি।
(১ যন্ত্র ওাক্লি পুম্নমকসে : নংনা যন্ত্র পুম্বা খোংবিবনি॥
পায়তুনা যন্ত্র খোংবিরো ; ফুংশিবা নংগী মিংলন্দো।
(২) শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু খুরুমজৈ চরন্দা॥
(৩) খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দ অদ্বৈতনচিংবদা।
(৪) শ্রীরূপ সনাতনচিংবা ভট্ট রঘুনাথ॥
(৫) শ্রীজীব গোপাল ভট্টদাস রঘুনাথ।

অলঙ্কার :—

১। যন্ত্র পুম্বা তাতুনা লৈরে।

২। ঐগী পাঙ্গল লৈজদেনা ; নপী থৌজাল নত্তনা ; ওহে প্রভু পীনবিয়ু॥

৩। প্রেম পীন-হৈবা নিত্যাই ; লংজরফাওবদা চানবী হৈবা ; শাক্ষী মাগী যোগাই মধায়॥

৪। হন্না হন্না খুরুমজৈ ; গৌরদগী হেন্না থৌজাল হৈবা ; গৌর ভক্ত অংথোইবা॥

## ভক্ত রামানন্দ সঙ্গ

শ্রীকৃষ্ণগী মশক তাকপা' প্রেমতত্ত্ব তাকপা
শ্রীরাধাগী মশক ; প্রেমতত্ত্ব তাকপা
ভজনগী পন্থ্ংফম লাইনিং লম্বীগী ওমথৈ ॥
রাগানুগা ভক্তিনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী কুঞ্জ সেবা ফংবা ॥

১। সঞ্চার্য্য রামাবিধ ভক্ত মেঘে ;
স্ব ভক্তি সিদ্ধান্ত চয়ামৃতানি।
গৌরাব্ধি রেতৈ রমুনা বিতীর্ণৈ ;
স্তজ-জ্ঞত্ব রত্নালয়তাং প্রয়াতি ॥

১। শ্রীগৌরাঙ্গ সমত্রু ভক্ত রামানন্দ নোং। নোংগী ঈশি না সমত্রুদা তাত্রবদা মুক্তানচিংবা মণি পোক্কে। মরম অসিনা সমত্রুগী ঈশিংনা লৈচিন ওইনা পায়খৎলগা নোং ওইতুনা চুথরগা মণি-মুক্তা-নচিংবা পোকই ; পৃথিবী শিনবা থুংনা জীবশিংগী চিঞ্জাক পী। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা মাগী রত্নগী মশক ওইরবা ভক্তি সিদ্ধান্ত পুন্নমক ভক্ত রামানন্দবু হায়দোকহল্লগা ইবুংঙো মানা তারীদুনা রত্নগী পুক্কৈ ওইরীবি ইবুংঙো মানা পীবিদ্রবদি ভক্ত জীব কনামতনা থ'বা ঙমলোই পুন্নমক্কগী চানবী হৈবা জীব মুংশিবীবা প্রভুনিনা জীবগী ফনবা শেম্বীরি ॥

শ্রীশ্রীজগবন্ধুদগী বিদ্যায় লৌতুনা অমদি সর্ব্ব ভৌমানচিংবা ভক্ত পুন্নমক বিদায় পীবিরম্লগা লেংলকপনা কূর্ম্মস্থান্দা শ্রীকূর্ম্ম দেব দর্শন তৌরে। লৈরিবা মী পুন্নমক বৈষ্ণব ওইহনবীরে ; মথংদা কুষ্ঠিগী

লাইথুংনা পূম্লবা তিল চংলবা মনাই বাসুদেব ব্রাহ্মণবু কোনবীতুনা ফজবা শক্তম ( মুর্ত্তি ওইহন্দুনা লালবীরম্লগা জিয়ড় নৃসিংহ ক্ষেত্রদা শ্রীনৃসিংহ দেব খুরুমই স্তুতি তৌই। বিদায় লৌতুনা গদাবরি তীর্থগী তোর্ব্বান্দা লেংলক্লে। তোর্ব্বানগী ফজবা বনবু শ্রীবৃন্দাবন্নি খল্লি; গদাবরিবু যমুনানি খল্লি। ষাটিকবিকার ফাওই প্রেম্না ঙাউতুনা পান্বোম থাঙ্গতুনা জগোই শাই হরি নাম শোল্লি।

## ঈশৈ

রাম রাঘব রাম রাঘব রাম রাঘব রক্ষ্য মাং।
কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব পাহি মাং॥
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধু সুদন।
গিরি ধারি গোপীনাথ মদন মুহন॥
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হবে বাম হরে রাম বাম বাম হরে হরে॥

অসুম্না লাকপনা তুরেল রাংমা লান্থোক্লগা স্নান তৌবে। ঈকুজবে তীর্থবু পেনহলবিরে। হিদেন্দগী থরা লাপ্না চংথোক্লগা ঈশিং মপান্দা অশেংবা মতাফবা লমদা ফমতুনা নাম শোল্লগা লৈথরে। মতমসিদা রামানন্দ রায়না দোলাই তোংতুনা পুং শেল যন্ত্রনচিংবা খোংতুনা য়ৈতুনা মনাই মশন অমদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিত ১০০ লোইননা স্নান তৌবা লাকই। বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত ময়াম্না বেদ পাঠ তৌতুনা মন্ত্র শোন্দুনা ঈরুজে দান কংলি তর্পণ তৌই।

উবদা প্রভুনা খংই মনাইনি হায়বসি ; পুক্লিংনা মনাইবু প্রেমা-লিঙ্গল তৌখ্রে।  মপান্দা লোকাচারগীদমক লাপ্না কৃপা মিংয়েং তাবীরি।

রামানন্দ হেক কাখৎলকপদা মুমিং চা কুটিগী মডালবু ডমজবা থম্বাল লক' ডমজবা মিংয়েং নুংশিবা মবুংডোগী শ্রীমুর্ত্তি ফজবা শক্তম হেক উজবদা অডকপা ফংখ্রে ; করি অমত্তা চিংনদে করি অমত্তা খন্দে, চেলক্তুনা চরন্দা দণ্ডবৎ কচ্চরে।  প্রভু ফুক হৌগত্তুনা হৌগৎলা বৈষ্ণব কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লু হান্না মুন্না খংবিগুম নংবু রামানন্দ নত্রা ? প্রভু তোল্লবা ননাইনি খুমই।  অষ্ট সাটিক বিকাব ফাওই প্রেমতনা থক থক নিকখ্রে হকচাং পুম্বা পিতনা পুমচোৎ চোৎখরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ শালবনা পুমনিল্ল নিল্লখ্রে।

## এক তাল

লাউ লাউ রামানন্দ কৃষ্ণ প্রেমালিঙ্গল ওইসি।
কৃষ্ণ ভক্ত বৈষ্ণব নংবু ঐনা থিজরকলি ডসি।।
ময়া বাদি সন্ন্যাসিনী নুংশি খংদ নুংগনবনি।
নুংগুম্নবা ঐগী থম্মোই পেৎহল্লেনে বৈষ্ণব নংনা।।
মায়া পক্ত্রবা বৈষ্ণব নংগী কৃষ্ণ প্রেম রসদা।
লুপচরগে বৈষ্ণব নংগী কৃষ্ণ প্রেম সমক্রদা।।
বৈষ্ণব নংগী মক্তবা প্রেম রস ঈপাক্তুদা।
লুপহল্লুনে ঐহাকপু নংগী প্রেমগী ঈপাক্তুদা।।

ব্যাখা ঃ  মহৌশাগী ওইবা প্রেম্না মপু মনাই লৈমাইথক্তা হায়থখ্রে প্রভু ভক্তগী মমুংগী রসদি বৈষ্ণবতন। খংবীগদবা ওই।

প্রভু ভক্ত অনিগী প্রেমবিকাব উবদা পণ্ডিত ব্রাহ্মণশিংনা খন্নে। সন্ন্যাসিগী মগুণ মঙালসি ব্রহ্মগী মশক্তি মানা চিংনদনা শুদ্রবু কোল্লগা পেল্লিবা নুংঙাইবিবা অমদি :—

মহাপণ্ডিত মহাবাজ পুন্নমক খংলবা অসিনা ময়াইকাতুনা প্রেমদা তাণ্ডবিবসিনা কবিগীনো অঙকপা ফংনা মিংকুপ্তনা য়েংনখ্রে। মায়ামগী রাখন্দা প্রভু পুক্লিং তপ্লহুনা মনাই য়েংহুনা ঐনা খংনিংবা পুন্নমক নঙোন্দগী খংবা ঙমগনি হায়না সার্ব্ব ভৌমনা থাবকপনি। প্রভু ননাইনা লানঙমদ্রবা তোল্লববু লালবিনবা হঙ্গস্তবকপনি, এগী লাইবক ফবে, অতুগা সার্ব্ব ভৌমবু প্রভুনা ফংঙমদ্রবা কৃপা পীনবে হায়বসে খংজবে, ঐস্ন মাণ্ডইবা মপোক মহে য়াল্লে। মতিক চাই চাদে য়েবিদনা চানবিবা অসিনা অশেবা ঈশ্বব নারায়ন্নি হায়বসি খংজবে। তোল্লববু লালবিগে হাযনা অসিদা লাকপীবনি মাসি ঈশ্বরগী স্বভাবনি তাইবং মপুগী হৌনবনি।

মসিমক শ্রীমদ্ভাগবত্তা ১০।৮।২ শুবদা গর্গ মুনিদা শ্রীনন্দনা হায়খি।

## ঝপ তাল

(১) মহদ্বিচলন নৃনাং গৃহিনাং দীনচেতসাং।
নিঃ শ্রেয়সায় ভগবন; কল্পতে নান্যথাক্বচিৎ॥

(১) ঐনা মতোল্লে হায়না খল্লবা য়ুম পানবা বৈষ্ণবশিংনা। নংতবু নুংশিবা নংগী নামতবু শোঙ্গবশিংগী য়াইফনবগীদমক। মযুম মযুমদা চত্তুনা থৌজালবিবসি ঈশ্ববগী স্বভাবনি। প্রভুবু হেক উজবদা

তিল্লিবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পণ্ডিতনচিংবা পুম্নমক খংহৌদনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি। প্রভুনা হায় রামানন্দ নংনদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাই অথোইবা ভক্তনিনা নংগা শম্নবদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লিবনি। অতৈদি লাইরত্থনা মায়াবাদি সন্যাসী ঐ ফাওবু নংগা হেক শোক্লবদা খংহৌদনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংই কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লিবনিনে। মতম অসিদা বৈদিক ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুদা নিমন্ত্রণ কংলি। বৈষ্ণব ওইবগী মতৌ অতু উবদা বার্ত্তন লৌরে। প্রভুনা হায় রামানন্দ নঙোন্দগী গুণ ৱারী নাম খরা তানিংই। রামানন্দনা হঙ্গচ্চে পাপ চেল্লবা ননাইনি উজ্জবনা শেংজবা ঙমলোই হুমিং মঙানি তরেংনি লৈবিত্থনা ননাইগী মোংলবা পুক্লিংসে শেংদোকপীরমউ। ৱানা ৱানা মপু মনাই কাইনবে।

প্রভুনা মনাই ব্রাহ্মণগী ভিক্ষা লৌবিরে; প্রসাদি চরনামৃত মাগী পরিবার শাগৈ নাতৈ মচা মশু পুম্নমক ফংহন্দুনা ফংঙমদ্রবা সেবা ফংজরে। সন্ধ্যা স্নান তৌরগা মনাই ঙাইত্থনা নাম শোন্দুনা আসন্দা লেংশিন্দুনা লৈখরে।

মতমসিদা মাগী তৌগদবা থবক পুম্নমক লোইরগা মনাই অমত্তং লোইননা লাক্তুনা প্রভুগী চরন্দা খুরুমজররে। অচিকপদা মপু মনাই শ্রীকৃষ্ণগী কথা সাধ্য সাধনগী কৃষ্ণ ভজনগী কৃষ্ণ ফংননবগী লম্বী প্রেমগী ৱারী (শান্নৈ) শান্নরক্রে॥

## ধামা ঠুম্মরি

প্রভুনা হায় রামানন্দ জীবগী ফনবা শেম্বগী লম্বী।
শাস্ত্রগী মত কাইদনা শ্লোক অমত্তং হায়য়ু তাসি॥
রায়না হায়জৈ প্রভু মাগী মাগী আশ্রমদা লৈজত্থনা।
শ্রীবিষ্ণু সেবা তৌজবতনা কৃষ্ণ ভক্তি অসিতনিনে প্রভু॥

ব্যাখাঃ ননাইনা হায়জিনবা নত্তে বিষ্ণু পুরান্না হায়রি অংশ ৩।৮।৯ শ্লোক্তা -

ঃ। বর্ন্নাশ্রমাচারবতা পুরুষেন পর পুমান।
বিষ্ণুরাধ্যতে পন্থানান্যস্ত তোষ কারনং ॥

১। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শুদ্র, বর্ন মরি।
ব্রহ্মচারি, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, ভিক্ষু ॥

হায়রিবা আশ্রমদা লৈরিবা মীশিংনা অথোইবা মুপাগী বিষ্ণুবু আরাধন তৌই মসি নত্তবা লম্বেন্না শ্রীবিষ্ণুগী পেন্নবা ওইদে॥

## খোইড়া

গৃহস্থদা লৈদ্রুনা ; ব্রহ্মারারি ওইদ্রুনা ;
লাইগুরু সেবাদা পুক্নিং চংবা।
অসোন অনা য়োক্তুনা ; জাতি ধর্ম্ম ভাক্তুনা ;
শ্রীকৃষ্ণ নিংজবগা মান্নবা ॥
কৃষ্ণ পেলহন্নবা অমা ; তাইবংসিদা লৈতে হায়না ;
তত্তনা বেদনা লাওব্লিনা প্রভু।
ননাইনা খংজবদি ; বেদনা হাইবা মশাগী ধর্ম্ম ;
বিষ্ণু ভক্তি অসিতনিনে প্রভু ॥
প্রভুনা হায় রামানন্দা ; য়াম্না চুমখ্রে ফজখ্রেদা ;
অসিদগী হেল্লবা অমত্তংগা হায়য়ুগবা।
বামানন্দনা হঙ্গচ্চৈ ; মানা তৌজবা কর্ম্ম পুম্না ;
শ্রীকৃষ্ণদা কচ্চবনা অথোইবনি ॥

মসিমক শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা হায়বিখি গীতাদা ৯।২৭ শ্লোক্তা।

২। যৎকরোসি যদশ্নাসি যজ্জুহোষিদদাসিযৎ।
যত্তপস্যসি কৌন্তেয়! তৎকুরুস্বমদর্পনং॥

২। মহুবু নংনা তৌবা, নংনা মহুবু চাবা, হোম তৌবা, মহুবু নংনা পিবা, তপ তৌবা হে কুন্তিগী মচা হে অর্জ্জুন মহু মহুব ঐঙোন্দা কৎলু॥

প্রভুনা হায় রামানন্দ; তাবদা ইংজরে থম্মোই;
অসিদগী হেনবা অমগা তাজগে।
রাইনা হায়জৈ প্রভু; মা-মাগী ধর্ম্ম পুম্বা থাদোকপা,
কৃষ্ণতবু নিংবতনা অথোইবনি॥

মসিমক মনাই উদ্ধপ্তা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীথি শ্রীমদ্ভাগবততা ১১।১১।৩২ শ্লোক্তা।

৩। অজ্ঞায়ৈবং গুনান দোযান্ময়াদিষ্টাপিস্বকান।
ধর্ম্মান সংত্যজয়ঃ সর্ব্বান মাংভজেৎসচসত্তমঃ॥

৩। মী অহুনা ঐনা বেদগী মশক ওইহুনা তাকপা মা-মাগী ধর্ম্ম, গুণ, দোষ খিবিকপু খংলগা পুম্নমক থাদোকলগা ঐবু নিংলিবা মহু অথোইবনি। গীতাদা ১৮।৬৫ শ্লোক্তা।

৪। সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ মামেকং শরনং ব্রজঃ।
অহংত্বাং সর্ব্ব পাপেভ্য মোক্ষয়িষ্যামিমাশুচঃ॥

৪। ধর্ম্ম পুম্নমকপু হুঞ্জেকুনা ঐ ইথন্তদা চংঙু ঐনা নংগী পাপ পুম্নমক্কগী কোকপিগনি ৱারুনু।

৫। মন্মনা ভব মদ্ভক্তোমদযাজীমাং নমস্কুরুঃ।
মামেবৈষ্যসি যুক্তৈব মাত্মনংমৎপরায়ন॥

৫। ঐবু নিংবা ঐবু পুজা তৌবা ঐবু মুংশিবা ঐগী ইনাই ভক্ত-শিংগীদমক মতিক চাবা মখোয়গী ফনবা ঐনা লমন খুমই।
মসিমক শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা হায়বীখি।

প্রভুনা রামানন্দদা হায়; তাবদা নাকোংসে ইংজরে;
মসিদগী হেনবা লৈরমখিগনি।
হঙ্গচে রামানন্দনা প্রভুদা; জ্ঞানগা ভক্তিগা লোইননা;
শ্রীকৃষ্ণ নিংবনা অথোইবনি॥
গীতাদা ১৮। ৫৪ শ্লোক।

৬। ব্রহ্ম ভুতঃ প্রসন্নাত্ম নশোচতি ন কাঙ্খতি।
সম. সর্ব্বেষু ভুতেষু মদ্ভক্তিংলভতে পরাং।

৬। ব্রহ্ম ওইরবা ব্রহ্ম মশক খংবা আত্মা লুরবশিংনা রাদে, পামদে, জীব পুম্নমক্তা চপ মান্নবা উবা অথোইবা ঐগী ভক্তিবু ফংই।
শ্রীকৃষ্ণদা ব্রহ্মনা হায়ঃ—

প্রভুনা হায় রামানন্দ; তাবগী পেনবা নাইদ্রেদা;
অসিদগী হেনবা অমত্তং খংহল্লুবা।
ননাইনা খংজবদি প্রভু; লৌশিং পুম্বা থাদোক্লুনা;
ভক্তিতনা নিংজবনা অথোইবনি॥

শ্রীকৃষ্ণদা ব্রহ্মানা হঙ্গচব শাক্ষিনি ভাগবত্তা ১০। ১৪। ৩ শ্লোক্তা

৭। জ্ঞানে প্রয়াস মুদপাস্য নমন্ত এব
জীবন্তি সন্মুখরিতাং ভবদীয় বার্ত্তাং।
স্থানস্থিতাঃ শ্রুতিগতাং তনুবাঙ্মনোভিঃ
র্যেপ্রায়শোঽজিত ! জিতোঽপ্যসি তৈস্ত্রিলোকাং॥

৭। জ্ঞান ফংননবা হোৎনবব্ হুঞ্জেত্তুনা মাগী মাগী মফমদ লৈতুনা সাধুশিংনা শকন শোন্নরিবা নাকোংনা তারবা॥ নহাক্কা ৱাবু হকচাং য়াথং পুক্লিংনা লৌতুনা হিংবা। মখোয়শিং অতুনা মরোল অহুমদা ঙমফত্রবা নংবু ঙমই।

## ঠুম্রি

প্রভুনা হায় রামানন্দ ; অসিদগী হেনবা তাজগে ;
লৈরমখিনি হায়ৰিয়ুগবা।
ননাইনা হঙচ্চনিংবদি ; সাধন পুন্নমক্তগীদি ;
প্রেম ভক্তিতনা অথোইবনিনে॥

পদ্মাবলিদা ১১ শুবদা ননাই শাক্ষি পীজরি।

৮। নানোপচার কৃত পুজন মার্ত্তবন্ধোঃ
প্রেম্নৈব ভক্ত। হৃদয়ং সুখ বিদ্রুংস্যাৎ॥
যাবৎক্ষুদস্তি জঠরে জরঠা পিপাসা।
তাবৎ স্বখায় ভবতোনন্থ ভক্ষ্যপেয়ে॥

৮। আম্নাগী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মখল মখা অয়াম্বা পোৎলম্না পুজা তৌবা। প্রেম্না মরম ওইত্নুনা ভক্তগী পুক্লিংনা নুংঙাই-

বনা ইপেং পেংলি ॥ মাহুদি পুক্তা য়াম্না অৱাম খৌরাংবনা লৈরবা মতমদা। অত্তপকী মখে অচা-অথক পোং ঈশিংনা খৌবাংবা কোক্তুনা মুংঙাইবগুমই ॥

১২ শুবদা

৯। কৃষ্ণ ভক্তি রস ভাবিতা মতিঃ
ক্রীয়তাং যদি কুতোপি লভ্যতে।
তত্র লৌল্যমপি মুল্যমেকলং
জন্ম কোটি সুকৃতের্ন লভ্যতে ॥

৯। করিগুম্বদগী কনাগুম্বদগী ওইরবসু ফংলবদি। শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌবদা মুংঙাইবা পুক্নিংবু লৈযু॥ মাহু লৈবদা লৌনিংবা অপাম্বতনা সুপ্নগী মমল ওই। মমলদো মপোক কোটি অমদা তৌবক্লবা পুন্য খিবিক্লা ফংদে॥

ওহে রামানন্দ অমৃতবু হেল্লিদা; লৈবমখিনি সিদগী হেনবা তাজগে;
নংঙোন্দা ব্রাৎপা লৈতে লৈরমখিনি।
প্রভু ননাইনা খংজবদি; কৃষ্ণ ফংননবা লম্বীশিংদগীদি;
মনাইবু মুংশিবনা অথোইবনি॥

মবুংঙোনা মনাইবু মুংশিবনা হেল্লি হায়বসিগী শাক্ষি যামুনাচার্য্যগী স্তুতিদা হায়রি:—

১০। প্রশান্ত নিঃশেষ মনোরথান্তরঃ
কদাহমৈকান্তিক নিত্য কিঙ্করঃ
প্রহর্ষয়িষ্যামি স নাথ জিবিতঃ ॥

১০। পুক্লিং ইংনা নিংবা থুংনা করিগুম্বদস্নু ঐসে ইবুংঙো মাগী মনাইনি খন্দুনা পুক্লিং লোংদনা নিংবা। মবুংঙোগী নাম শোঞ্জ-বতনা মুংঙাইনা হিংহুনা লৈজে!

ভাগবত্তা ৯। ৫। ১১ শ্লোক্তা।

১১। যন্নাম শ্রুতিমাত্রেন পুমানভবতিনির্ম্মলঃ
তস্য তীর্থ পদঃ কিংবা দাসানামবিশিমতে॥

১১। মহাক্কী নাম তাবতনা জীবনা অরুবা। অহুগুম্বা তীর্থ পাদ শ্রীহরিগী মনাই ভক্তশিংগী॥ করি লেমহোবা লৈবগে পুম্নমক শুনা ফংলবন্নি।

রামানন্দ নহাকসে; ওস্থোক্না খংখ্রেদা;
অসিদগী হেনবা অমা খংহল্লুগবা।
ননাইদি খংজদে প্রভু; লাইরিক্না হায়বনিনে;
মরুপ ওইনা চান্নবনা অথোইবনিনে॥

শ্রীমদ্ভাগবত্তা ১০। ১২। ১০ শ্লোক্তা পরিক্ষিত্তা শ্রী শুকদেবনা হায়খি।

১২। ইত্থং সতাং ব্রহ্ম সুখানুভূত্যা
দাস্যং গতানাং পরদৈবতেন
মায়াশ্রিতানাং নরদারকেন
সার্দ্ধং বিজহ্রুঃ কৃতপুন্য পুঞ্জাঃ॥

১২। অস্নুম তৌহুনা সংসিংগী ব্রহ্ম সাধনগী মুংঙাইবা শেংনা খংলবা মনাই ভক্তশিংগী অথোইবা লাই ওইবা। মায়াদা লৈরিবশিংগী মরিদা অঙাং মচা ওইবা কৃষ্ণগা। পুন্য তৌরক্লবা গোপা মচাশিংগা লোইনহুনা শান্নখি।

প্রভুনা হায় রামানন্দ ; ওম্মোক্লস্থ চুমখ্রেদা ;
অসিদগী হেল্লবা অমা খংলমগনিনে।
রামানন্দনা হঙ্গচ্চরি ; মাসিদগী অহেনবদি ,
মচা ওইনা মুংশিবনা অহেনবনিনে॥

শ্রীমস্তাগবত্তা ১০।৮।৩৬ শ্লোক্তা শ্রীশুকদেবদা পবিক্ষিৎনা হায়খি।

১৩। নন্দঃ কিমকরোদ ব্রহ্মন! শ্রেয়ত্রবমহোদয়ং।
যশোদাবা মহাভাগ্য পপৌ যস্যাঃস্তনং হরি॥

১৩। হে মহামুনি শুকদেব, নন্দ মহারাজনা অথোইবা ; মঙ্গল ওইবা করম্বা কর্ম্মবু তৌখিবা। মহাক্কী মায়োক থম্বালগী অমৃতবু পামজনা শ্রীহরিনা থকখিবী মচা ওইনা ফংজবী লাইবকফবী যশোদানা কবি পুন্য তৌখিবা॥

ভাগবত্তা ১০।৯।.৬

১৪। নেমং বিরিঞ্চো নভবন শ্রীরপ্যঙ্গ সংশ্রয়া।
প্রসাদং লেভিরে গোপীযত্তৎ প্রাপ বিমুক্তিদাৎ॥

১৪। অসিগুম্বী যশোদানা মুক্তি পীনহৈবা শ্রীকৃষ্ণদগী ফংখিবা। অসিগুম্বা থৌজালবু ব্রহ্মানা, মহাদেবনা, শ্রীলক্ষ্মীনা ফংখিদে॥

চুমই রামানন্দ ; মাসিনা অথোইবনি ;
মাসিদগী অহেনবা খংলমগনি নহাকসে।
রামানন্দনা হঙ্গচ্চে ; মাসিদগী অহেনবদি :
কান্ত প্রেম মধুর রসনা অথোইবনি ॥

মসিমক শ্রীমস্তাগবত্তা ১০।৪৭।৫৩ শ্লোক্তা গোপীশিংদা উদ্ধবনা হায়খি :—

১৫। নায়ংশ্রিয়োহঙ্গ উনিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ
স্বর্য্যোষিতাং নলিন গন্ধরুচাংকুতোহন্যাঃ
রাসোৎসবেহস্য ভুজদণ্ড গৃহীত কণ্ঠ
লব্ধাশিষাং যউদগাদ ব্রজ সুন্দরীনাং॥

১৫ রাসগী জগোই কুম্মে হৌরকপদা পাম্বোমনা খৌরিদা কোন-
বীহুনা। খৌজাল স্বংখ্রবী ফজরবী ব্রজ গোপীশিংগী লাইবক্তো
ওন্থোকপনি থোইদোক্লা পামজরবী রতিনা তিল্লবী। শ্রীলক্ষ্মীগী
মরিদা ওইদে; অমদি থম্বাল মনম নমলবী॥ লাইগী
লাইরেম্বীশিংগী মরিদসু ওইদে; অতোপ্পী নুপীশিনা।
অসিগুম্বা লাইবকফববু কদাইদগী ওইগনি॥

## ছোট দশকুশ

বামানন্দনা শান্তদাস্য; সখ্য বাৎসল্য মধুর;
রস মণ্ডামক্কী রতিবু হঙ্গচে।
বাইনা প্রভুদা হঙ্গচে; খংঙমদ্রবা ব্রজ রসবু;
প্রভুগী কৃপা ফংলহুনা।
রাইগী থম্মোই লকাম্লুংদা॥
প্রেম ভক্তি অথোইবা; মধুর রতিতনা ওইবা;
রাইনা মহাপ্রভুদা হঙ্গচে।
চিংনদনা হঙ্গচে; কৃপানা মরম ওইরহুনা;
প্রভুগী কৃপা ফংজবদা॥

## ছোট চৌতাল

কৃষ্ণ ফংননবা লম্বী মখল মখা য়াম্না লৈ।
কৃষ্ণ ফংবা হায়বসি অথোই অহেন য়াম্না লৈ॥
পামজ-পামজবা অত্তুনা অখোইবনি নিংই।
মুম্না খন্থরুরবদি অর্রাং অহেন য়াম্না লৈ॥

মসিগী শাক্ষিদি ভক্তি রসমৃত শিন্ধুগী ২২ শ্লোক্তা হায়রি।

(১) যথোত্তরমসৌস্বাদ বিশেষোল্লাসমর্য্যাপি।
রতির্বাসনয়া স্বাদ্বি ভাষতেকাপি কস্যচিৎ॥

(১) মখা মখানা মগুণ হেন্না লৈবগুম।
চুদগী চুহিং চুহিংদগী চুহি চুহিদগী চিনি চিনিদগী চিনি অকেংবা।
শান্তদগী দাস্য দাস্যদগী সখ্য সখ্যদগী বাৎসল্য বাৎল্যদগী মধুর॥
আকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিংনা পৃথিবীদা তিলবগুম।
শান্ত, দাস্য সখ্য বাৎসল্য মধুর মপাগুবা মধুর রসদা তিল্লি॥
মধুর রসনা কৃষ্ণ ফংননবা লম্বী পুন্নমক্কগী অথোইবনি।

মসিগী শাক্ষিদি ভাগবত্তা ১০। ৮২। ৩১ শ্লোক্তা গোপীশিংদা ভগবান কৃষ্ণনা হায়খি।

মিয় ভক্তির্হি ভূতানামৃত্ত্বায় কল্পতে।
দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎ স্নেহোভবত্তীনাং মদাপনঃ॥

মতম পুন্নমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিখি।
ঐবু লুনা নিংবা থুদিংমক ঐনস্মু মাবু লুনা নিংই॥
তাকপগী মতুং ইল্লা নখোয়না ঐবু ফংবা নুংশিবা ওইখ্রে॥

ভাগবত্তা ১০। ৩২। ২১ শ্লোক্তা গোপীশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি।

ন পারয়েহহং নিরবছ্য সংযুজাং
স্ব সাধু কৃত্যং বিবুধায়ুষাপিবঃ।
যা মা ভজন দুর্জ্জরগেহ শৃঙ্খলাঃ
সংবৃশ্চ্য তদবঃপ্রতিযাতু সাধুনা॥

ব্রহ্মাগী পুন্সি চুপ্পা ফাওবদা সাধুশিংনা নিংবদা
যপ তপ ধ্যান তৌবনা ফংবা ঙমদ্রবদা॥
ইচা ইশু লোইনবী লোইনবা ককপা ঙমদ্রবা বিষয়গী প্রেম।
পুন্নমক থাদোক্তুনা কৃষ্ণ ঐবু মুংশিত্নুনা লাকপসিদা॥
পুন্নমক্তা কৃষ্ণ মুংশিবা কৃষ্ণ ঐবু ফংবা অসিতনা লমনশিংবা ওইরসন্নু

## সুত চৌতাল

ফজবদগী ফজবা মীপুক হুবা শ্রীকৃষ্ণনি।
গোপীশিংগা শান্নবনা মাধুর্য্য রস অথোইবনি॥
প্রভুনা হায় রামানন্দ সাধনগী ঙমখৈ থেংলে।
মসিদগী হেন্না খংলমখিনি হায়বিয়ুগবা ঐঙোন্দা॥
ননাইনা হঙ্গচ্চরি প্রভু সিদগী হেন্না হঙ্গগদবা মীদি।
ঙসি ফাওবা সংসার অসিদা কনা অমত্তা উদ্রিনা ঐদি॥
মধুর রসগী মন্নুংদা শ্রীরাধাগী প্রেম্না অথোইবনি।
ইবেম্মগী মগুণবু লাইরিক পুন্নমক্না থাগৎনরি॥

মসিমক লগুভাগমৃতদা ৪১ শ্লোক্তা ভাগবত্তা ১০।৩০।২৩ হায়রি

যথা রাধা প্রিয়াবিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডংপ্রিয়ংতথা।
সর্ব্ব গোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্ত বল্লভা॥
অনয়া রাধিতো নুনং ভগবান হরিরীশ্বরঃ।
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতোযামনয়দ্রহঃ॥

রাধাগী প্রেম্না অথোইবসি পুন্নমক্না লাওনরি।
রাধা কুন্দদা শান্নবনা শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবনি হায়রি॥

প্রভুনা হায় রামানন্দ গোপ্পী কনা খংহন্দনা রাসদগী রাধা কৃষ্ণ লেংথোকখি হায়বসিদা পুন্নমক্তা হৌল্লি হায়বসি য়ানিংদে। মরমদি গোপী ময়ামগী মমাংদা খংনা খংনা ইবেম্মগী প্রেমতনা হেন্দুনা ইবেম্মবু পুত্থনা লেংথোকখি হায়রবদি পুন্নমক্কগী হৌল্লি খংনগনি॥ তাবগী পেনবা নাইদ্রবা অমৃতগী ঈচেলসিদা গোপী ময়াম কিত্থনা ইবেম্মবু লোম্না পুখি হায়বসিনা পেঞ্জদ্রে চিংনরে॥

রামানন্দনা হঙ্গচে শ্রীমতী ইবেম্মগী প্রেমগা মান্নবা মরোল অহুমদা অমত্তা লৈতে। মরমদি গোপী কোটি চামগা লোইননা গোপী অমা কৃষ্ণ অমগা গোপীশিংগী নিংবা থুংনবা শান্নবদা ইবেম্মনা ময়ামগা ঐগা চপ মান্নরে হায়থুনা রাসদগী মপাল থোকখ্রবদা রাস মপুং ফাবা ঙমদ্রে; গোপীশিংগী জগোই খুথেক্লা কৃষ্ণগী পুক্লিং পেলবা ঙমদে।

শ্রীমতী রাধাগী জগোই খুথেক্কনা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিং পেনহলবা ঙমই॥ শ্রীমতী রাধা উদ্রবদা বিলাপ তৌথুনা ইবেম্মবু থিন্নকই মসিনা শাক্তিনি॥

মসিমক শ্রীজয়দেব কবিনা হায়রি গীত গোবিন্দগী ২ শ্লোক্তা।

## ঠুংঙরি

(১) ইতস্ততস্তা মনুস্মৃত রাধিকা
মনঙ্গ বান ব্রন খিন্ন মানসঃ।

কৃতানুতাপঃ স কালিন্দ নন্দনী
তটান্ত কুঞ্জে বিবস্বাদ মাধবঃ॥
উজ্জ্বলনীলমনিদা শৃঙ্গার ভেদগী ৪২ শ্লোক্তা রুপ্না হায়রি

(২) অহেরিব গতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাবকুটিলাভবেৎ।
অতো হেতোরহেতোশ্চ যুন্নোর্মান উদঞ্চতি॥

(১) শ্রীমতী রাধিকাগী প্রেমগী তেন্না পান্দুনা ব্রারবা ময়াং কংলবা চাকলবা পূক্লিংনা বন খুদিং কোইনা থিক্নুনা যমুনা মপালগী কুঞ্জদা অব্রাবা ওইখি মাধবনা।

(২) মাগীতা খঞ্জবা প্রেমদি লীন্না থেক্না চৎপগুম্বনি।
অশাউবা অমদি ওইনজবা খুদক খুদক্কা পোকই॥

প্রভুনা হায় রামানন্দ সাধ্য সাধনগী ওমখৈ য়োরে; পেঞ্জবগী ওমখৈ লৈত্রে অত্নবু অসিদগী হেন্না খংলমগনি নিংই।

শ্রীকৃষ্ণগী মশক রাধাগী মশক রসগী তত্ব মশক প্রেমগী তত্ব খন্না তাহলবিয়ুগবা॥

## যাত্রা রুপক

রামানন্দনা হঙ্গচ্চে প্রভু ঐদি করি অমত্তা খংজদে।
নংনা হায়হনবিত্নুনা ঐনা চরন্দা হঙ্গচ্চবনিনা॥
তেনব্রাবু মরোল তম্বীরগা কৃষ্ণগী নাম শোনহল্লবগুম;
খংডমদ্রবা ঈশ্বর নংগী মরৈনা ঐবু হায়হল্লবনিন্না॥

প্রভুনা হায় মায়াবাদি করিমত্তা খংদবা লম্বোইবনিনা।
নমহৎপিন্থ তাকপিয়ুনে ঐনা পামজবা থুংহলবিয়ুনা॥
ব্রাহ্মণ লৈতে ক্ষত্রি লৈতে শুদ্র লৈতে সন্ন্যাসী যোগী লৈতে।
অখংবা মী মহাক্তো পুন্নমক্কী গুরুনি মানা অথোইবনি॥
মসিমক পদ্ম পুরান্না হায়রি।

(১) মাহাকুলো প্রসু তোপি সর্ব্ব যজ্ঞেষুদীক্ষিতঃ।
সহস্রশাখ্যাধ্যায়িচ নগুর স্যাদ বৈষ্ণবঃ॥
বিপ্র ক্ষত্রিয় বৈশ্যাশ্চ গুরুবঃ শুদ্র জন্মানাং।
শুদ্রাশ্চ গুরবস্তেষাংত্রয়ানাং ভগবত প্রিয়া॥

(১) অচৌবা শাগৈদা পোক্লবসু ফনা যজ্ঞ তৌত্নসু লাইরিক য়াম্না হৈত্নুনা মহাপণ্ডিত ওইদনসু শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিদ্রবা ভক্তি লৈতবদা গুরু ওইরোই শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈবা নাম শোনবা কৃষ্ণ মুংশিবা লাইরিক হৈরবা মী শুদ্র ওইরবসু মগোন্দা গুরু ওইগনি হায়রি পদ্ম পুরান্না॥

রামানন্দ শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত অথোইবনি নগোন্দা অৱাংপা লৈতে।
চানবিয়ু থুপপিগন্থ খংজনিংবা পুন্নমক খংহনবিয়ুনা॥

## এক তাল

প্রভু শাহন্নিংবা জগোই ঐনা শাজবনি।
জগোই তম্বীবা নংনা সুত্র ধারিনি॥
ঐনা বীণা যন্ত্রনি তাত্নুনা লৈবনি।
পায়খত্নুনা বীণা খোংবিবা নহাক্নি॥

নংগী লুরবা নগুণ কনানা খংবা ঙমগনি।
নংনা খংহলগে হায়বা থৌজাস্তনা নংবু খংবনি॥

### তাল অমা

শাহনবা জগোই ; ঐনা শাজবনি ;
জগোই তম্বীবদি ইবুংঙো নহাক্কি।
ঐনা বীণা যন্ত্রনি ; প্রভুনা বীণা পাইবনি ;
থোকহলনিংবা মরোন্দা খোংবিবনি ॥
নংগী লুরবা নগুণ ; কনানা খংগনি ;
ময়াগী ঈপাক্তা লুপ্তুনা লৈবনি।
লালঙমদ্রবা জীব ; পুম্নবক লালবীবা ;
নংতনা ওইবীরিবনি ॥
নংনা খংহলগে হায়বা ; থৌজালবিবা মীতনা ;
নংবু লাইনা ফংজবনি ;
তাংলবা চরণ ফংজবনি।
খংহলগে নহাক্কি ; খংহল্লোই নতিক্কি ;
পুম্নমক খংবদি নথস্তনি ॥
তোল্লবা ননাইনি, থৌজাল হৈবা ইবুংঙোনি ;
মংপোক খুদিং চরণ কাউদবা নিজরি।

মসিমক ব্রহ্ম সংহিতাদা হায়রি ৫। ১ শ্লোকা।

# ছোট চারি তাল

ঈশ্বর পরম কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ।
অনাদি রাদি গোবিন্দঃ সর্ব্ব কারন কারনং॥

ঈশ্বর পুম্নমক্তগী অথোইবা কৃষ্ণনি।
অরেপপা অখংবা সুংঙাইবগী মশাক্নি॥
অহানবসু মহাক্নি, অরোইবদসু মহাক্নি।
জীব পুম্বগী থোকফমনি জীব পুম্বগী চংজফম্নি॥

বৃন্দাবন্দা চমদবা অনৌবা মদন্নি।
কাম গায়ত্রী কাম বীজনা মাবু নিংনবনি॥

মসিমক ভাগবত্তা ১০। ১৬। ৩৬ শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণদা কালিগী
মুপীশিংনা —

(১। কস্যানুভাবোঽস্য ন দেবঃ বিদ্মহে
তবাঙ্ঘ্রিরেনু স্পর্শাধিকারঃ।
যদ্বাঞ্ছায়া শ্রীললনা চরত্তপো
বিহায় কামান সুচিরং ধৃত ব্রতা॥

ললীতা মাধবতা ৮। ২৮ শ্লোক্তা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি।
অপরিকলিত পূর্ব্বঃ কশ্চমৎকারকারী
স্ফুরতি মমগরীয়ানেষ মাধুর্য্য পুরঃ।
অয়মহ মপিহন্তঃ প্রেক্ষ্যযংলুব্ধচেতাঃ
সরভস মুপভোক্তুং কাময়ে রাধিকেব॥

(১) কালিদমন মতমদা কালিগী রমনিস্শিংনা হায়খি।
হে কৃষ্ণ ঐখোয়গী ইবুংঙোসে কয়াদা লাইবকফখ্রবনা॥
নংগী চরণ ফংগে হায়না লক্ষ্মী পুম্নমক্না অপাম্বা পুম্নমক
থাদোক্নুনা মতম কুইনা তপ তৌবদা ফংবা ওমদ্রবা চরণবু
ইরাই লাইনা ফংজরে হায়খি।

(২) অমদি শ্রীকৃষ্ণ মশামক্কী মমিবু মণিগী ফক্লাংদা উকবদা
শ্রীমতী রাধিকানা তৌবগুম প্রেম্না ওাউক্লনা চেংনা 'কাল্লি
হায়রিবা ব্রজরাজনন্দন ব্রজনিংথৌ মচা শ্রীকৃষ্ণনি।

রামানন্দনা হঙ্গচে প্রভু শ্রীকৃষ্ণ স্বরূপ তাবিবে।
হৌজিক শ্রীরাধা ঠাকুরাণীগী স্বরূপতত্ত্ব হঙ্গচগে॥
শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তি শ্রীরাধা ঠাকুরাণীনিনে।

মসিমক বিষ্ণু পুরান্দা ৬।৭।৬১ শ্লোক্তা হায়রি।

বিষ্ণু শক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যাতথাপরা।
অবিদ্যা কর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে॥

বিষ্ণু শক্তিনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি হায়রি।
চিৎ শক্তি জীব শক্তি মায়া শক্তি অহুমনি॥
পুম্নমক খংবা; জীব পুথোকপা শেম্বা য়োকপা;
খংহন্দবা অমদি খংহনবা।
হলাদিনী, সন্ধিনী, সম্বিৎ
হরাওহল্লি, অমত্তা ওইহল্লি, নিংশিংহল্লি।
শক্তি অহুম অসিনা জগৎ পুরিবনি।

## ছোট চারী তাল

শ্রীকৃষ্ণগী অহ্লাদ শক্তি ; হরাওহনলবা গুপ্মি হায়না ;
ইবেম্মবু অহ্লাদিনী কৌরি ; বৈষ্ণবশিংনা।
মহাভাবকী মশক ওইবী ; কৃষ্ণ প্রেমগী শকলোন লৌবী ;
গোপীশিংগী কোকী লৈতেংন ; বৃন্দাবন্দা ॥
মহাভাব চিন্তামণি ; শ্রীরাধা ঠাকুরাণী ;
ললিতানচিংবী মাগী শকলোন্নি ; সখি নিপান।
শ্রীকৃষ্ণবু নিংজরবী ; কৃষ্ণ প্রেমতনা শারবী ;
কৃষ্ণ প্রেম্মীশিংগী অথোইবিনী ; জগত্তা শোম্নরি ॥

ব্যাখা :—ব্রজ সুকুমারিশিংগী নোংমদা স্নান অহুমনক তৌই।

## শ্রীমতী ইবেম্মগী স্নানদি

কারুন্যামৃত :—থৌজাল হৈবনা অহানবা স্নান্নি।
তারুন্যামৃত :— ইনৌ নৌবতনা অনিশুবা স্নান্নি ॥
লাবন্যামৃত : - মপুংফাবা ফজবনা অহুমশুবা স্নান্নি।
ইকাই থুমনজবনা অশংবা শাড়ি ফিজেৎনি ॥
শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবনা অঙাংবা মন্নুংগী ফিজেৎনি।
হাইজবা ওইনজবনা মায়োক্কী থাখুম ফিজেৎনি ॥
ফজবা সখি প্রনয়না লাইবক্কী চন্দন ওইনা থিল্লি।
মিনোক মুংশিবনা কর্পূর ওইদুনা হকচাং পুন্নমক্তা চাইবি ॥
কৃষ্ণ মুংশিবা প্রেম্না কস্তুরি চন্দন ওইনা হকচাং পুম্বা তৈবি।
ধীরা ধীরাত্মক গুন্না লংলবা কব্রং মুগা ফি ওইনা লৈতেং ওইরি।

অনুরাগনা পানা চাবগী চিনবানগী অঙাংবা লৈতেংনি।
প্রেমদা ওইনজবনা মিংকী কাজ্জল লৈতেং ওইরি॥
কিলকিঞ্চিনচিংবা ভাব কুন্না হকচাংগী ফিজেৎ লৈতেংনি।
নির্ব্বেদ বিষাদনচিংবা ব্যভ্যচারি কুম্ব্রাহুমদোইনা অম্বাৎপা ফিজোন্নি।
গুণ পরেংনা লৈপরেং ওইহনা ঙকশমদা ফজনা শিরি॥
লাইবক ফবা হায়বহনা লাইবক্তা চন্দন ওইনা ঙাল্লি।
প্রেম বৈচিত্তনা লিকথাং ওইনা মায়োক্তা ঙাম্বোইরি॥
মপুং ফানা ফজবনা সখিগী পাম্বে ওইনা লৈরি।
কৃষ্ণ লীলা পুন্নমক নিংশিংবনা মতাওইনা নাক-য়েত্তা লৈরি॥
মশাগী ফজবা মুংশিবগী য়ুমদা চাওথোকচবগী শর্ষ্যাদা।
ফজনা ফমহনা মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণ ফংজববু নিংজহনা লৈরি॥
শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণ তাজবনা নাকোংগী লৈতেং ওইরি।
শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণ শোঞ্জবনা লৈয়েংগী লৈতেং ওইরি॥
অসুম্না মতম পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবিনবত খল্লি।
খঞ্জহনা ইবুংঙোগী পুক্লিং পেনহলবা শ্রীমতী রাধিকানি॥

মসিমক শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত্তদা ১১ সর্গে ১২২ শ্লোক্তা হায়রি।

কাকৃষ্ণস্যপ্রনয়জনিভুঃ শ্রীমতী রাধিকৈকা।
কাস্য প্রেয়স্য মুপমাগুনা রাধিকৈকা নচ্যান্য॥
জৈন্ধ্যাং কেশেদৃশিতরলতা নিষ্ঠুরন্তং কুচেহস্যাঃ।
বাঞ্ছাপুর্ত্তৈ প্রভবতিহরেঃ রাধিকৈকা নচান্যা॥

গুণ পুন্নমক্কা তিল্লবী ইবেম্মা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিং পেনহলবা ঙমদে। সত্যভামা ব্রজ গোপী লক্ষ্মী পার্ব্বতি অরুন্ধতীনা কলক্লরিবনি।

প্রভুনা হায় বামানন্দ বাধা কৃষ্ণগী তত্ত্ব তাজরে খংজবে।
শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী প্রেম বিলাস খন্না তাহলবিয়ুনে॥

বামানন্দনা হঙ্গচ্চবি প্রভু মাসিগী মখাদি হায়বা ঙম্বা শক্তি লৈজদে। অত্তুমকপু ঐনা খংজবা খবা হঙ্গচ্চগে মাসিনা পুক্তি পেনবীগদ্রা খংজদ্রে। অস্তুম্না মশানা শেমজবা প্রেমগী ঈশৈ বামানন্দ মশানা শক্লক্লে। ঈশৈ হেক তাবদা শ্রীহস্তনা মনাইগী মচিন মেন্দুনা খাম্লে ওকলে তাবা ঙমদ্রে মখা অমুক তাবনু রামানন্দ॥

## এক তাল

ইহান হানবা প্রেমগী ময়োন হুনখি মিংয়েং চানকুবনা।
নিতি খুদিং চাউখৎলকপনা উখিদরে ঙমখৈ লোমনা॥
নিংউদে মাবু নিপা ওইনা খন্দে মানস্থ মুপীনি হায়না।
ঐখোয়নিগী নিংনবতনা ওইহলখি অমত্তা ওইনা॥
হে ইতা পুন্নমকসে নুংশিবা হায়বা প্রেমগী ব্রাবীনিনা।
কানুগী মফমদা তম্বীকচো পুন্নমকসে কাউখ্রমাল্লে হায়না॥
থিরুখিদে তেংবাংনবা হায়খিদে অতোপ্পা কনা।
ঐখোয়নিগী উনবদি ওইহল্লি ময়াইদা কাম লৈবনা॥
হৌজিক্তি কাউথোকপিখ্রে খংবিখিদ্রে খংবিয়ুত্তুতি নংনা।
নিপালক্তগী অথোইবা অহেলবগী মচৎনি মাসি খংবিযু নংনা॥
অথোইবা নিপাগী হৌনশানি মীনুংশি খংদবা মহৌশানা।
মনাইগী ঈশৈ অসি হেক তাবদা প্রেম্না থক থক নিক্বা॥
প্রভুগী থুং থম্বালনা খাম্লে বামানন্দ মনাইগী মচিন মেন্দুনা।
মখা অমুক তারনু তাবদা ব্রারে খাংবা ঙমদ্রেনা॥
অস্তুম্না প্রেমগী ঙমখৈ য়োববা ঈশৈদো খাম্লে প্রভুনা॥

## লোফা

কদোৌডৈদা উজগবা বৃন্দাবন ইমিংসিনা;
চংনরম্বা কুঞ্জগী লম্বী রস ময়ী রাধানা'
উবা ফংগবা, করিন্নুংদা, ঐগী ইমিংসিনা;
কুঞ্জগী লম্বী চংনরম্বা শ্রীরাধা শ্যাম্না॥

মাসিগী প্রমাণ উজ্জ্বলনীমণিদা স্থায়ি ভাব হায়বদা ১১০ শ্লোক্তা।

১। রাধায়া ভবতশ্চ চিত্তজতুনী স্বেদৈ র্বিলাপ্য -
ক্রমাদ যুঞ্জন্নদ্রি নিকুঞ্জ কুঞ্জরপতে নির্ধুত ভেদভ্রমং।
চিত্রায় স্বয়মন্বরঞ্জয়দিহব্রহ্মাণ্ড হর্ম্মোদরে।
ভুয়োভির্নবরাগহিঙ্গুল ভরৈঃ শৃঙ্গার কারুঃকৃতী॥

শ্রীবৃন্দা দেবীনা শ্রীকৃষ্ণ য়েংহুনা হায়খি :—

১। হে গোবর্দ্ধন চীংগী তময়াদা লৈবা কুঞ্জদা শান্নবদা হৈশিংবা হে কৃষ্ণ! শৃঙ্গার মধুর রসগী শান্নবদা হৈশিংবা সাটিক ভাবকী শেংদোকরকপা অশাবা হুমাংনা শ্রীরাধিকাগী লক্কাগী মশক ওইবা পুক্নিংবু মহি চেলহন্দুনা অমত্তা ওইখ্রে ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা য়ুমগী মম্নুংদা য়েক-খোৎপা তৌনবগী ন'ন হিঙোনগী মশক ওইহনা মচু শংখ্রে॥

প্রভুনা হায় রামানন্দ ঐনা খংনিংবা খংগে তাল্লিবা অরেপ্পা পোৎশক্তো মাসিমক ওইরেনে। মাসিদা লুরিবদি ফংগে তান্নবা লম্বী খংদ্রবদি ফংবা ওমলোই ফংনবা লম্বীদো তাক-পিয়ুনে।

## এক তাল

রামানন্দনা হায়জে প্রভুনা হায়হলবা অতুদা হায়জবনি।
মাসিগী অফবা ফত্তবা ঐদি করিমত্তা খংজদবনি॥
মরোল অহুমগী মনুংদা মাসিবু কনানা খংবা ঙমগনি।
খংজরে ইবুংঙো তৌবা ঙম্বা জগৎকী মপু নংগী মরৈনি॥
ঐবু পুন্নমক হায়দোকহল্লগা পেন্না প্রভুনা তাবীবনি।
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলাদি পুন্নমক্তগী য়াম্না থুপ্পা লীলানি॥
মনাই ওইবা মরুপ ওইবা মচা ওইবগী প্রেম্না ঙমখৈ খংদবনি।
শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী লীলাদি সখিশিংদনা খংবনি॥
সখিশিংনা মনিং তৌনা লীলা শান্নহল্লগা সখিশিংনা পেঞ্জবনি।
সখিশিংদা চংজবা সখিনা য়াবিনবদা হায়জগদৌবনি॥
সখিনা য়াদ্রবা মঞ্জুরীনা চালবিদ্রবদি অনিগী কুঞ্জ সেবা ফংদবনি।
রাগনুগা ভক্তিনা সিক্কা মঞ্জুরী ফংনবা চংজগদবনি॥
সখিশিংনা য়াবিরবা ইবেম্মনা চালবিরবতদা কুঞ্জ সেবা ফংগনি।

## সুট চৌতাল

শ্রীমতী রাধিকাগী মশক্তি শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী উরিনি।
সখিশিংনা উরিগী ময়োন মপাল অনৌবা মননি॥
শ্রীকৃষ্ণ লীলা অমৃতনা উরিগী পাম্বীদা চাইবদা ইংবনি।
পাম্বীনা ইংবা মুংঙাইবদগী মনা মপান্না ইংজবা কোটি হেল্লি॥
ব্রজ গোপীশিংদি মশাগী ওইজবা অপাম্বা অপেনবা খঙদবনি।
অনিগী মুংঙাইবা পেন্নবা উরগা মখোয়গী পেঙবা কোটিনি॥

গোপীশিংগী শেংলবা প্রেমবু উরগা চানবী হৈবী ইবেম্মনি।
ইবেম্মগী থৌশিন্না মরম ওইহূনা গোপীশিংস্নু কৃষ্ণগী সেবা ফংহল্লি॥
ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবগুম গোপীশিংস্নু কৃষ্ণ সেবা ফংহল্লি॥

মাসিগী শাক্ষি :—ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা ১৪৩ শ্লোক্তা হায়বি।

প্রেমৈব গোপরামানাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাং।
ইত্যুদ্ধবাদয়োহপ্যেতং বাঞ্ছন্তিভগবৎ প্রিয়াঃ॥

শ্রীভাগবত্তা ১০।৩১।১৯ শ্লোক্তা হায়রি।

১। যত্তে সুজাত চরনাম্বুরুহং স্তনেষু
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয়ঃদধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসিতদ্ব্যথতে নকিং স্বিৎ
কুর্পাদিভি ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাংনঃ॥

১। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গচখি হে কৃষ্ণ নংগী থোংলবা লৈগুম্বা নখোং থম্বালহূনা নুংজেং চেগাই তিংখংনা থল্লবা বৃন্দাবনগী বন্দা চৎপহূবু নাদব্রা, নংতনা পুন্সিগী লন ওইজববা ঐখোয়দি য়াম্না ঙকচরে, ঐখোয়গী মায়োক থম্বালদা নংগী চরণ থমজববু নাগনি খঞ্জহূনা তপ্না তপ্না হাপচরিবনি॥

## আড়া

গোপী ভাব লৌহূনা রাগানুগা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংগনি।
গোপী মশক ওইরগা সিদ্ধ মঞ্জুরী ফংলগা কৃষ্ণ সেবা ফংগনি।
লাইরেম্বী কয়ানা লক্ষ্মী কয়ানা ব্রজরাজনন্দনবু ফংবা ঙমদবনি।

স্মৃতি শ্রুতিশিংনা গোপীদা চংজন্থনা ব্রজরাজনন্দবু ফংবনি॥
গোপীদা চংজন্থনা গোপী ওইজরগা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী রাস লীলা জগোই য়াওজংনি।

মাসিমক শ্রীমদ্ভাগবতা হায়রি ১০।৯।১৬ শ্লোক্তা।

১। নায়ং সুখাপো ভগবানদেহিনাং গোপীকাসুত।
জ্ঞানিনাঞ্চাত্ম ভূতানাং যথা ভক্তি মতামিহ॥

ভাগবত্তেং — ১০।৪৭।৫৩ শ্লোক্তা হায়রি।

## ঝপ তাল

২। নায়ং শ্রিয়োঙ্গ উনি তান্তরতেঃ প্রসাদঃ
স্বর্যোষিতাং নলিন গন্ধ রুচাংকুতোঽন্যঃ।
রাস্যোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ড গৃহীতকণ্ঠঃ
লব্ধাশিষাং যউদগাদ ব্রজসুন্দ রিনাং॥

১। ভক্তিতনা ফংবা ভক্তগী কৃষ্ণ ফংবা মুংঙাইবা অসিবু লৌশিংনা ব্রহ্ম সাধন্না আত্মাসাধন্না ব্রজ নিংথৌ মচা কৃষ্ণবু অমদি যশোদাগী থৱাই ওইববু ফংবা ঙমদে।

২। রাসগী জগোই হেক হৌগৎলকপদা ব্রজ গোপী পুন্নমক মাগী মাগী লেংবান্দা মনম মুংশিরবা থোৎলবা ফজবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম্না চান্না প্রেম্মালিঙ্গল পীবি মুংশিনা কোল্লি।

অসিগুম্বা থোজাল অসি শ্রীবিষ্ণুগী মায়োক্তা শান্নতুনা লৈবা শ্রীলক্ষ্মী দেবীনসু ফংখিদে। অতুগা লাইগী লাইরেম্বী থম্বাল মনম নমলবীশিংনসু ফংখিদে॥ অতোপ্পী কনানা ফংগনি ফংবা ঙমলোই!

## চারি তাল

মনাইগী রা তাবদা ; প্রভুনা রামানন্দবু ;
প্রেমগা লোইননা কোল্লি।
মহৌশাগী ওইবা প্রেম্না ; ওাউহনা-কোনহুনা ;
হীক্রা হীরা কপালি ।।
অহিং চুপ্পা নিংশিংবা ; থোক্তনা, কপামিন্নহনা ;
লৈমাই থক্তা ওললি।
নোং ঙাল্লবদা ; জ্ঞান তাবক্তুনা ;
নুংশিবা রাহৈনা পাওমেল্লি ।।
নুমিৎ তবানি লৈবীহুনা ঐগী পুক্লিংগী অমোংপা ;
শেংদোকাপযু হঙ্গৎলি।
লালওমদ্রবা জীব নুংশিবীবা ; জীব লালবীনবা
জগত্তা অতৈ লৈতরি ।।
প্রভুনা হায় নংবুদি ; মপোক অস্নিদদি ;
ঐনা থাদোকপা সুঙম্ ঙমল্লোইদ্রোবি ।
নীল চন্দা ঐখোয় অনি ; পুন্না লৈমিন্নহুনা
শ্রীকৃষ্ণ নিংমিন্নগদবনি ।।
অসুম্না নুংশি নুংশিনা ; বিদায় লৌনহুনা
মপু মনাই চৎনখি ।।

ব্যাখা ঃ— সন্ধ্যাদা অমুক লাক্তুনা প্রভুগী চরন্দা থুকমই।
প্রভুনা খংনিংবা তানিংবা কয়া অপুম্বা হঙ্কচ্ছখি।
অসুম্না অহিং কয়া কয়া রাবী শান্নহুনা লেনখি।

## দুই তাল

প্রভুনা হায় ( বিদ্যা ) মহৈ পুন্নমক্তগী অথোইবা মহৈ করিনো
রামানন্দনা প্রভু মহৈ পুন্নমক্তগী ভক্তিনা অথোইবনি ॥
মিং চৎপা পুন্নমক্তগী অথোইবা মিংচৎ করিনো ।
শ্রীকৃষ্ণ নুংশিবা কৃষ্ণগী মনাইনি হায়বনা মিংচৎ অথোইবনি ।
লন লৈবা ইনাক খুনবা পুন্নমক্তগী লন লৈবদি করিনো ।
শ্রীরাধা কৃষ্ণবু নুংশিরবা মীদো পুন্নমক্তগী ইনাক খুনবা লন লৈবনি
রামানন্দ রাবদগী রায় অরাবা করিন্না অথোইবনি
শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত মনাইগা কায়নবনা অরাবা পুন্নমক্তগী অথোইবনি ।
মুক্তি পুন্নমক্তগী জীবগী মুক্তি অথোইবা করিনো হায়য়ু
শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিরা ভক্তদো মুক্তিশিংদগী অথোইবনি ।
ঈশৈ পুন্নমক্তগী অথোইবা নুংশিবা ঈশৈ করিনো ।
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা প্রেম গুণ শকপনা অথোইবা ঈশৈনি ।
মঙ্গল পুন্নমক্তগী জীবগী মঙ্গল অথোইবা করিনো ।
শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত তিন্নজবনা মঙ্গল পুন্নমক্তগী অথোইবা
জীবনা নিংশিংগদবা পুন্নমক্তগী অথোইবা করিনো ।
শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণ লীলা নিংশিংবনা পুন্নমক্তগী অথোইবনি ॥
ধ্যান তৌহুনা নিংবা পুন্নমক্তগী অথোইবা করি নিংগনি ।
রাধা কৃষ্ণগী চরণ কমলগী নিংথমা লাইমিং পুন্নমক্তগী অথোইবনি ।
পুন্নমক থাদোরকপা জীবগী লৈফম অথোইবা কদাইদনো ।
ব্রজ ভুমিগী রাস মণ্ডলদা লৈজবনা পুন্নমক্তগী অথোইবনি

তাবদা নাকোংগী কান্নবা অথোইবনা করিনো।
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলা গুণ তাজবনা নাকোংগী অইংবনি ॥
উপসনা পুম্নমক্তগী অথোইবা উপসনা করিনো।
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী নাম শোনবতনা উপসনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি ॥

## এক তাল বা লোফা মধ্যাকম্ম

মুক্তি পাম্বা ভক্তি পাম্বা অনিগী মচৎ করিনো।
চৎপা ঙমদবা মপোক ; চৎপা ঙম্বা মপোক লাইগী মপোক্নি ॥
মহাও খংদবা ক্ক ক্লা নিম্বগী অখাবা মপাল লৈহি থকই।
মহাও খংবা কোকিলনা হৈনৌগী অথুম্বা লৈহি থকই ॥
লাইবক থীবা জ্ঞানিশিংনা অকংবা জ্ঞান্দা ঙাউরি।
লাইবক ফবাশিংনা কৃষ্ণ প্রেম অমৃতবু পামজনা থকলি ॥
অস্মুন্না অহিং চুপ্পা ঈশৈ শকুনা জগোই শাত্নুনা লেল্লি।
ব্যাখা ঃ—প্রভুগী চরণ কোঞ্জনা রামানন্দনা হঙ্গচে। শ্রীনারান্না ব্রহ্মাদা বেদ তম্বীবগুম শ্রীকৃষ্ণ প্রেম তত্ত্ব ; শ্রীরাধাগী প্রেম তত্ত্ব লীলা তত্ত্ব পুম্নমক হায়হল্লগা ইবুংঙোনা তাবীরি ॥

## তেউৎ

১। হা গৌরাঙ্গ থৌজাল হৈবা তাকপিরোনে লোৎলম্নু।
২। অহানবদা উরম্মি ঐনা সন্ন্যাসীগী মশক ওইনা।
৩। হৌজিক্লা উরে শেংনা ফোংদবা কৃষ্ণ রুপতো ॥
১। করিগী লোৎপীরিবা ; থৌজাল হৈবা হা গৌরাঙ্গ ॥
৩। মনুংদা ওইবা কৃষ্ণ রুপতো ; সনা কুচুনা থক্তা থোংবা

## ছোট দশকুশ

নমাংমক্তা উরি ঐনা মক্রুবা সনাগী মুর্ত্তিবু;
মাগী মণ্ডাস্তনা কুপশিল্লি শংবান্নবা মুর্ত্তিবু।
মাত্নমক্লা লোৎপদি ঙমদ্রে তশেংনমক উরি ঐনা;
নৌরবা চিনবানথোংদা বংসী থোংবত্নদা॥
নৌরবা শাথেক অহুম্না ওইবা; মক্রুবা ব্লাহোং চুরা থোনবা
লৈপরেং ঙক্তা থোনবা; থাজ কোটি ঙমজবা॥
জীব পুম্বগী পুক্লিংবু শুমহৎলবা শক্রম।
উরুরগা মতৌ অসি থোইনা ঙকলে ননাইদি॥
মীনমদনা তাকপিয়ু অসিগী মরমদা।
হৌনদবা মচৎনি; চংজরকপদা মীনম্বদি॥
চরন্দা চংজরবা তোল্লবা ননাই ঐনি।

## এক তাল

প্রভুনা হায় শ্রীকৃষ্ণ প্রেমদা থোইনা চেৎলবা নহাক্নি!
কৃষ্ণ প্রেম লৈবশিংগী মহৌশাগী স্বভাবনি।
অথোইবা ভক্তশিংনা উই ঈশিং কংফাল অনিমক্তা।
য়েংউ য়েংউ খুদিংদা কৃষ্ণগী মুর্ত্তিদা মউবা॥
ঈশিংদস্নু কংফান্দস্নু নিংজবা মবুংঙোবু উজবা।
কৃষ্ণ প্রেমদা লুপলবা অথোইবা ভক্তশিংগী হৌনজবা॥
শ্রীরাধা কৃষ্ণদা নংগী চেৎলবা প্রেম থম্বনা।
উরু উরু খুদিংদা রাধা শ্যামদা উবনি নংনা॥

মসিগী শাক্ষি শ্রীমদ্ভাগবতা ১১।২।৪৩ শ্লোক্তা।

১। সর্ব্ব ভূতেষু যঃ পশ্যেৎ ভগবদ্ভাবমাত্মনঃ।
ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতোত্তম ॥

১। হবিযোগি রাজনা নিমি নিংথৌদা হায়খি। হে মহাবাজ মী মীতুনা মানা নিংজবা মবুংঙোবু থাজবা মুংশিজবনা পুক্নিং লেপ্লবা মীতুনা পোৎ পুন্নমক্তা মবুংঙোগী মশক ওইনা উজে। অমদি ব্রজগোপীশিংনা হায়খি, উ-ব্রা উরি-উপাল পুন্নমক। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা অমৃত শিন্থে মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ উজরে হায়না ॥

## কাফি = ফাক তাল

বাইনা হায়জৈ থাদোকপিরো;
প্রভু নংগী হৈশিংবা পুম্বা।
ননাইগী ইমাং মকসিদা প্রভু নংগী;
তশেংবা শক্তম করিগী লোৎপীরিবা॥
রাধাগী রাখল রাধাগী মণ্ডাল লৌবিত্তুনা;
নংগী থুপ্লবা রস পুম্বা চুপলিবনিনা।
মরোল অহুমদা প্রেমগী মহাও খংহল্লিবনি।
তোল্লবা ননাইবু লালবীগে হায়না লাকপনি॥
হৌজিক ফাওবা করিগী লোৎপীরিবনো;
চংজবদা লোৎপীবদি হৌন্দবা মচৎনি॥

## এক তাল

মদন মুহন গোপীনাথ রাধাগী থব্রাই মপু ওইবা।
নৌরবা সন্ন্যাসী ফিজোন্না কুপলহ্নুনা লোৎলিবা॥
অমুবা কুচু লোৎলিবদো ফোংহ্নুনা ননাইদা উহলবিরো।
কোটি কাম্বু শুমহৎপা রুপ পামজবা পুক্লিংনা মুংশিজবা॥
ফুইনা নোংহৌ কুচু হেনবা থম্মোই ঐনা পামজরুবা।
চুরা বাঁশিনা লৈতেংলিবা খোই খোইবা মিচিনা তথক্লিবা॥
শাথেক অহুম থেকলিবা খুত্তা মুরুলী পাইরিবা॥

## এক তাল

হা গোবিন্দ থব্রাই মপু থব্রাই ঐগী চান্নবা।
ফীগে সনা থোল্লিবা ব্রাহোং চুরানা লৈতেংলিবা॥
শ্রীযমুনা মপান্দা রাস লীলা শান্নরিবা।
গোপী কয়ানা থৌগল্লিবা গোপী মশিং লাকঙমদবা॥
রামানন্দ ননাইনি থংজদে করিস্নু লীলা নংগী।
নংতনা ওইবীরিবা তশেংবা মপু জগৎশিগী॥

## বিহাগ এক তাল

মোমোন নোক্লা প্রভুনা; উহল্লে মনাইদা তশেংনা;
রাধা শ্যাম্না অমত্তা ওইবা রুপতো।
প্রেম্না খুত্নুম চনখ্রে; মনাইদা দর্শন পীবিবে;
রসরাজ মহাভাব অনিগী শক্তম॥
লোৎলম্বা মাগী অরোনবা; নৌরবা শক্তম ফজবা;
ফোংহ্নুনা মনাইদা উহলবীরে।

উজবদা রামানন্দ ; রাম্থখরে পেঞ্জবদা ;
থম্মোই পুঙমদমা লৈমাইথক্তা ॥
উবদা প্রভুনা চেনশিন্দুনা ; মনাইবু চেৎনা কোনবীরে ;
প্রেমগা লোইননা হুংশিনা ॥

ব্যাখা :—প্রভুনা শ্রীহস্থগী খুৎ থম্বালনা নালবীরগা জ্ঞান তাহন্দুনা হায়রকই। মবুংঙোগী সন্ন্যাসী শক্তম উবদা ঙকখরে।

## দুই তাল

ঐগী লীলা রস তত্ত্ব নংগী নফমদা ফোংলে।
অরোনবা ঐগী ইশকসে নঙোন্দা উহল্লে।
ঐগী কুচু অঙোবা নত্তে রাধাগী হকচাং শোকলুবননি।
নন্দগী মচা নত্তনা মাবু অতৈনা শোকপা ঙমদবনি ॥
মাগী রাথন্দা খন্দুনা শায়োন লৌহুনা লাকলিবনি।
শ্রীকৃষ্ণগী রস তত্ত্ব মাধুর্য্য রসতবু ঐনা চুপলিবনি ॥
নংগী প্রেমগী পাঙ্গল্লা ঐগী অরোনবা পুম্বা নংনা খংলিবনি।

## ঠুংগুরি

ঐগী অরোনবসে কনা অমত্তা তাকথোক্কনু।
উরগা মীনা নোকনগনি ঐনা অঙাওববু ॥
ঐসে অঙাওবা অমনি নংসে অঙাওবা অনিগুবনি।
নংগা ঐগা ঐখোয় অনি অঙাওবা চপ মান্নরবনি।
অস্থুন্না মপু মনাই মুমিং তরানি চুপ্পা লৈমিন্নৈ।

লাইনিং লম্বী ওমখৈ থেংনা ব্লারী-ব্লাম্ভাই শাম্মিন্নৈ ॥
কোরি, শেঙ্গেং, লুপা, সনা, রতন, চিন্তামণি।
খাওজাওদগী মথং মথং লৌখৎলকপদা ॥
মথং মথং লৌখৎলকপদা চিন্তামণি লৌখৎলকপগুম।
মপু মনাই অনিদো প্রেমগী ঈপাক্তা তাওখরে ॥

## লোফা

প্রভুনা হায় রামানন্দ বিষয় থাদোক্লুনা চৎলো নীল্লাচন্দা।
তীর্থদগী ঐস্রু থুনা লাক্লগা পুন্না লৈমিন্নসি মফমতুদা ॥
অসি হায়না প্রভুনা মনাইদা মুংশিনা বিদায় পীবিরে।
মবুংঙো কাইনবগী অন্না ঈপাক্তা লুপ্না বিদায় লৌজরে ॥
মহৌশানা চৈতন্যগী লীলাদি কুংনা ঙৌরবা শঙ্গোমগুম্বনি।
মনাই রামানন্দগী প্রেম্না থুমলবা চিনি অকেংবনি ॥
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলানা করপুর ওইনা মনম মুংশিবনি।
মাসিবু অমুক্তং নাকোংনা তাজবা ফংজরবদি ॥
নাকোংসিনা মতম পুন্নমক্তা তানিংতুনতা লৈগদবনি।
অন্না মুংঙাই কল্লক মীহৌ পূম্নমক লোইনা কোকন্দবনি ॥

## দুই তাল

শ্রীনিত্যানন্দবু নিংলবদি শ্রীগৌরাঙ্গবু ফংজবনি।
শ্রীগৌরাঙ্গবু নিংলবদি গোপী মশকপু ফংজবনি ॥
গোপী মশকপু ফংজরবদি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী চরণ ফংজবনি।
শ্রীরুপ্না হৌবা রঘুনাথ গোষাঞিনা লোইবা ॥

শ্রীগুরুদেব তরুক্কী চরন্দা খুরুমজত্না।
তোল্লবা কৃষ্ণদাসনা চৈতন্যগী লীলাবু শকচৈ ॥

## প্রার্থনা

শ্রীরাধা মাধব অনিগী চরণ পীনবিয়ু।
অরোইবা মতমদা চরণ নাক্তা থম্বীয়ু॥
থৌজালহৈবা থৌজালহৈবী শ্রীরাধা মাধব।
ননাইবু থৌজালবীদ্রবদি থৌজালহৈবা থৌজালহৈবী ॥
মিংলেন্দো সংসার অসিদা অরেম্বা ওইরনি।
নরোত্তম দাসনা হায়জে শ্রী রাধা মাধবকী শ্রীচরন্দা ॥
শ্রীরূপ মঞ্জুবীনা চামর থৌগনবদো পামজরি।

## লোক্ষ - লালসা

শ্রীগৌরাঙ্গ শোঞ্জবদা ঐগী কদৌঙৈ তুচুংজগবা।
হরি হবি শোঞ্জবদা মিত্তগী পি তাজগবা॥
কদৌঙৈনো শ্রীনিত্যাইনন্দনা ঐহাকপু চানবীবদো।
তাইবংগী কল্লক মিহৌববু ঐনা উৎকুম্না খনবদো ॥
বিষয়গী লাংনা পুনবদো কদৌঙৈ ঐনা থাদোক্কবা।
বৃন্দাবনবু উজবা কদৌঙৈদো ঐনা ফংজগবা॥
রূপ রঘুনাথ শোঞ্জবদা কদৌঙৈ ঐনা নোল্লুকচবদো।
কদৌঙৈ ঐনা খংজবা অনিগী চান্নবদো ॥
রূপ রঘুনাথকী চরন্দা ঐনা লুনা নিংজবদো।
পামজৈ নরোত্তম দাসনা শ্রীচরন্দা চংজবদো ॥

নাম পুন্ন — জয় ভাই হরিবল লোইরে।

# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং

## দিবা শুতল

## গৌরচন্দ্রিকা

### গুটা এক তাল

লেংবিরক্লো গৌরহরি ; থম্মোই সিংহাসন্দা
ফজবা শক্তমদো উহনবিয়ু ।
তঙাংলবা চরন্দো ; চেৎনা কোঞ্জহনা ;
নংগী মিংলেন গুণ শকচগে ॥
পামজরি পুক্লিংদা ; ভক্তশিংগা লোইনহনা ;
নংগী কীর্ত্তনে অমৃতবু তাজরগা পেঞ্জগে ।
তাজৈ বেদ পুরান্দা ; নংগী নাম অমৃতগী গুন্না ;
লাল্লি পাপীশিং শাক্কি ওইরি অজা মন্না ॥

### লোক্কা

নবদ্বীপ্তা মহাপ্রভু লৈগী বন্দা লেংশিনখরে ।
লাইরেম্বীগী লাইশংদা মুংঙাইনা পোৎথাখরে ॥
মতমহুদা থোংনাওগী মিংশেন্দা ফজবা মাইথোং থাজ উরুরে ।
ব্রজগী রাখন্দা লুপখরে খোইমুগী খোঞ্জেন্দা ঙাউরে ॥
হুঁ হুঁ হায়না ঙংলে সাটিক বিকার ফাওহনা ফজনা জগোই শারে ।
ভাব খংলবা স্বরুপ্তা মুংশিনা ব্রজ লীলা গুণ শক্লক্রে ॥
ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা হরি নাম সঙ্কীর্ত্তন্না প্রভুবু পোৎথাহল্লে ।
গদাধরনচিংবা ভক্ত পুম্নমকপু প্রভুনা মুংশিনা কোল্লে ।

## এক তাল

শ্রীবাস পণ্ডিতনা মনাও অহুমগা লোইননা।
শ্রীনরসিংহ দেবগী প্রসাদি মাধবী মাণ্ডবতা॥
পুরক্তুনা প্রভু অহুম লুক মথেন হারে।
মিষ্টান্ন পাকান্ন লুচী পুরি কচৌরি ক্ষীরনচিংবা॥
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রসাদি পুক থন্না হাবীরে।
ভক্তশিংসু মহা মহা প্রসাদি ফংজরে আচমন তৌরে॥
আসন্দা লেংশিল্লে ভক্তশিংনা তাম্বুল সেবা চংজরে।
নুংঙাইনা চেপখরে গোবিন্দ দাসনা খোং নোইজরে॥
মিকপ থোক্লে আসন্দা লেংশিলক্লে চামর থৌগল্লে।
শুক শারি চোংঙা তেনব্রানচিংবনা গৌর গুণ শকলি॥
কবি শেখরনা গৌরগী থুপ্লবা গুণ পামজনা শকচরি।

শ্রীরাধা গোবিন্দ মধ্যাহ্ন লীলা

## কাট দাস পেডে

## রাগ অমৃত কল্যাণ

শ্রীগোর্ব্বদ্ধনগী তময়াদা; মণি লাইশং নিংথিবা;
হৈনম লৈনম্না চুরবা।
শিদবা উপালনা কোইশিলবা; ঋতু তরুরা থৌগলবা;
থোইনা হেন্না ফজবা॥
ফুগাইনা শাংপা থম্বাল্লক্তা; পোমবোম শাংপা থরোয়াইদা;
ঙাহু থঙ্গোংনা সুংঙাইনা শান্নরি।

লৈহি পাম্বা খোইমুশিং ; পঞ্চম স্বুরদা কোকিলশিং ;
খোংই নুংশিনা ঙংনা ঙংনা পাইররি ॥
লুরবা কুণ্ড মপান্নি ; মক্রুবা মণি তাংবল মথক্তা ;
সনাগী শেঙ্গা থন্না থমলরে সন্দেস ।
অথুম অহাও মখল মখল ; শ্রীফল খজুরনচিংবা ;
লড্ডু পেড়া জিলিবী ক্ষীরনচিংবা ॥
বৃন্দা দেবীনা কচ্চবা ; পুরি পুরা মাখন্নচিংবা ;
হরাওনা হাবীরে শ্রীগোবিন্দনা ।
ইবুংঙোগী প্রসাদি ; ইবেম্মনা পামজনা ফংজরে ,
অনিমক্কী প্রসাদি সখিশিংনা ফংজরে ॥

## ঠুংগ্গাঁর

সেবা খংলবী সখি, অনি অহুম্না, নিংথিবা লৈগী শর্য্যা শেমখরে ।
পানা থৌগল, চামর কাংহাই চবণ সেবা হকচাং নোইনবা থৌবাংগ্রে ॥
কুশুম লৈগী কুঞ্জনি লৈহি পাম্বা খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইরবে ।
হৈনম লৈনম চুববা মলয়া নুংশিংনা লিরি লিরি হুমলরে ॥
লেংশিনবীবে শ্রীরাধা মাধব লৈতনা শেম্লবা শর্য্যাথক্তা ।
কুঞ্জ ইচিক হুলখরে তাইবং মঙ্গল পীবিরে নুংঙাইববা ঈথক্তা ॥
মক্রুবা বৃন্দাবন্নি মক্রুবা লৈকোন্নি মক্রুবা অনিগী শান্নবনি ।

## সম্ভোগ : কুঞ্জ লীলা

শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই থম্বালদা শ্রীমতী ইবেম্মা চেপখবে ।
ইবেম্মগী মায়োক্তা ইবুংঙোগী খুৎ থম্বালম্না জগোই শাখরে ॥
নিংথিরে ফজরে ফুইনা হোবা নোংলক্তা লেংদবা নোংথাং কুপখরে ।

শ্যাম্না অশংবা তমান পাম্বী ওইরে রাইনা সনাগী উরি ওইরে ॥
অশংবা তমান পাম্বীদা সনাগী উরিনা লৈয়েং চানা য়েংখরে।
কুঞ্জগী থোংনাওদা উজবা ফংলে, নুংঙাইজবে মশাবু মশানা কাউজবে ॥
য়েংউ ইতাশা সনাগী থম্বাল ঙমজবা শ্রীমতী ইবেম্মগী তুংয়াম্নি ।
য়েংউ য়েংউ থরো অশংবা ঙমজনা ফজবা শ্যামগী খুকউনি ॥
অনিগী লীলা অশংবা থবো সনাগী থম্বাল থরো থম্বাল পুন্না শাংলি ।
সনাগী থম্বাল লৈহি অশংবা খোইমুনা হরাওনা চুপলি ॥
য়েংউ ইতাশা অমত্তা ওইবা প্রেমগী শক্তম বৃন্দাগী মপান্না উজবনি ।
'হ বৃন্দে থৌজাল হৈবী অমুক্তা চানবিযু মতমসে য়াম্না থেংলবনি ॥
কুঞ্জ ইচিক হুনখবে হৌদোকচবা ঙমদবে গুরুজনা রাথোক ওইবা তাবে
মতম খংলবা বৃন্দানা মবোল শুনা তম্বীববা হৈশিংবা কোকিল পুবল্লে ॥
পঞ্চম শুরদা শ্রীরাধা গোবিন্দ তত্তনা শোন্দুনা অনিবু হৌদোক্লে ।
হৌগৎলো ইবেম্মা করিগী অশংবা শয্যাদা নিংঙাইদনা চেপলিবা ॥
অহিং মত্তে মুংথিম্নি মতম চাদ্রে হৌগৎলো সূর্য্য পুজা তৌননবা ।
থৌগঞ্জগে ঙাইজবি সখি ঐখোয় ময়াম্না লেংলসি হে রাধে কুঞ্জগী মবেম্মা
তাবদা হৌগৎলে ইবুংঙো ইবেম্মা শেখরনা মতম চানা ঈশিং সেবা
( জল সেবা ) চংজবি ॥

ব্যাখা ঃ—রাধা মাধব মধ্যাহ্ন লীলা লোইরে অপরাণ্ড মতম চংলকপদা প্রেম্না পীঙমদনা বিদায় পীনজুনা ইবুংঙোস্ন সুবল সখা লোইননা সখা লক্তা চংখবে । শ্রীমতী ইবেম্মস্ন সখিশিং লোইনজুনা সূর্য্য কুণ্ডদা সূর্য্য পুজা তৌরগা শঙ্গাইদা লেংখরে।

মতম পুম্বদা হরি হরি তত্তমা শোল্লি।

শিবা রাত্রি

# মহাদেব পুজা ঈশৈ

## সিন্ধু রাগ – আড়া

### গৌর চন্দ্রিকা

লেংবিরক্লো গৌরহরি সঙ্কীর্ত্তনগী ময়াইদা।
নিত্যাইনন্দ শ্রীঅদ্বৈত ভক্ত পুম্বা য়াওবিরক্লো ॥
নংগী যন্ত্র নংনা পাইবিরো নংগী কীর্ত্তন নংনা তৌবিবো।
কৌজবিএ হে প্রভু তোল্লবা ননাই ঐখোয়না ॥

### খোইড়া

অঙকপনি হে গৌরাঙ্গ; উথিদরে শংবানবা কুচু;
শায়োলরে নবদ্বীপতা অঙৌবা কুচুনা।
কুম কুম চন্দনচিংবা; পামজবা পুম্বা থাদোকখরে;
হকচাং পুম্বা কৃষ্ণ নাম্বু পামজনা থিল্লরে ॥
কোথক্তা রাহোং চুরা: মালতি পরেংনা য়েংপা;
ফজবা চুরাদো কদাইদা লৈখ্রে।
বাধাগী রাখন্দা; লুপলতুনা নংনা;
ডর কৌপিন শেংপিররে ॥
ব্রজগী রাখালশিংগা; ষনবী ষন্নাও শেল্লম্বদো;
নুংশিবা মরুপশিং কদাইদা লৈখ্রে।
নিংখিবনা অরেপ্পা ওইনা; পামজনা চৈশু পাইরবে;
হরি হরি হরি তত্তনা শোল্লরে ॥
প্রেম চান্দনা হায়জে; ওহে প্রভু গৌর হবি;
হৌজিক লীলা পুম্বা কাউবিখরে।
নিংথিবা রাখল অহুম; পাংথোক্কে হায়না;
রাধাগী কুচু ওইব্বিররে ॥

## মহাদেব কৌজবা

### তাল অমা

লেংবিরক্লো ত্রিনাথ ঠাকুর জগকী মপু ।
লেংবিরক্লো হে ত্রিনাথ ঠাকুর তাইবংগী মপু ॥
থম্মোই যোগাসন্দা হন্না হন্না কৌজরিয়ে।
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর মিংলেন অহুম লৌবিরিবা ॥
মন্ত্র যন্ত্র খংজদে পুজা মিংলেনতবু শোঞ্জরিয়ে।
দম বম বম হর হর হর গঙ্গাধর শিব শম্ভু ॥

### আড়া

হৌখরে মতম শোল্লু ত্রিনাথগী মিংলেন ।
শোল্লু শোল্লু পামজনা হরিগী অথোইবা মিংলেন ॥
ওহে প্রভু ত্রিনাথ মরোল অহুম শেম্বীরিবা ।
গঞ্জা ভাঙ্গুক অহুম থোক্না নিংথিনা শেম্লহুনা ॥
হে সাধু ভক্তি তৌনা কংলু মৈখু যতন তৌনা ।
সন্ধ্যাগী মতমদা তোইনা শোল্লু ত্রিনাথগী মিংলেন ॥
দম বম বম হর হর হর বম বম বম বম বম্বুলা ।

### কৱাল

জয় গণেশ গণেশ গণেশ ভগবতী দুর্গাগী মপারি ।
লংজরা কোটি পাপ পুম্বা কোকপীয়ু চরন্দা চংজরি ॥
ভাম্থোইরি হে প্রভু সনা লুপা মণি মুক্তানা লৈতেং ওইরি ।
য়েংউ য়েংউ পুক্লিং হুনা ফজবা চাংদমনিংঙাই লৈতরি ॥
য়াতোন্না অঙৌবা মুক্তাবু ঙমজবা থোল্লবা পুক্না থোইনা মগুণ ওইরি ।
ভূতনাথ মহাদেবগী মচা য়ৈখাই থিঙ্গাই পুম্বা মাংহলবিরি ।
গজরাজ কোকলেন লৌবিদুনা কল্লবা শক্তিনা সাধু বৈষ্ণব কনবিরি ॥

# শিবা আরতি

আরতি কচ্চরি সদাশিবগী জয় ওইরি।
মোইবুং খোংলি শরিক খিংলি কাংশি হৌনা য়ৈরি॥
ভৃঙ্গিনা করতাল খিংলি নন্দিনা পুং ফজনা য়ৈরি।
মাইগৈ মরিমক্তা লাইয়াম পুম্বা ভাল ভাল লাওরি॥
উফুল লৈতেংলত্নুনা মহাদেব ডম্বুর খিংলকলি।
প্রেম্না ময়াই কারত্নুনা শ্রীগোবিন্দ তোইনা শোল্লি॥
মাইথোং থম্বাল মঙানা হরাওনা পঞ্চ নাম শোল্লি।
বৈষ্ণবদাসনা শ্রীচরন্দা স্তুতি কচ্চরিয়ে॥

# প্রার্থনা = খোইড়া

চানবিয়ু প্রভু ভুতনাথ ; চানবিয়ু প্রভু হে ভুতনাথ।
কৈলাশা চীংদোন্দা ডাম্থোইরিবা পার্ব্বতীনা ওইদা থৌগল্লিবা॥
গণেশ কার্ত্তিক থাদা কোল্লিবা নন্দি ভৃঙ্গিনা খোংশংলিবা।
অঙাংবা শিন্দুর শগোইহিদাক মপাল লোইননা কচ্চরি হৈখাগোক মপাল
ফজবা কোথক্কী জটা মুংদা গঙ্গাগী য়ুমফম ওইরিবা॥
নিনি পানবা থাজগী মকোইনা জটাগী লৈতেং ওইরিবা।
খৌরি মতা ফবদা কালকুট হুবু পুবিরিবা॥
অঙৌবা মিরুাই য়ুম্বীদা অশেংবা মণিনা ঙালবগুম্বা।
ভজনস্থু খংজদে সাধনস্থু হৈজদে হন্না হন্না খুরুমজরি॥

## কব্বালি

খুরুমজৈ শিব শঙ্কর হর ত্রিপুরারি পাসপশুপতি পিনাক ধারি।
মবোল অহুম লালবিবা মবোল অহুম শেম্বীবা জীব পুম্বা য়োকপিবা।
কোক্তা জটা পুবা ওক্তা কালকুট সাধু বৈষ্ণবশিংবু কলবিবা।
মিম্না থম্বাল অহুন্না ঙাবগা গঙ্গা কোক্তা পুব। উফুন্না লৈতেংলিবা।।
ত্রিশুল খুত্তা পাইরিবা অকিবা পুম্বা মাংহলবিবা হর হর মহাদেব।
হে দেব দেব মহাদেব মকারায় হন্না হন্না খুরুমজরি।।

## মালকোষ চৌতাল। কৃষ্ণ শক্তম

ব্রাহোং চুরানা কোক্তা থোনবা;
নাইন্না নাপাদা হাই হুম্বা।
মণি নোপুবনা চরন্দা নিল্লবা;
সনা ফিগে ফৈজোম থোনবা।
চিনবান থোংদা মুরুলী খোংবা;
মুংশিবা মিয়েংনা জগৎ শুমহৎপা।
মুক্তা পরেংনা ওক্তা থোনবা;
থাজ পরেংনা ঙানবগুম্বা।।

## কৃষ্ণ শক্তম – থম্বাক

শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণগী শক্তম উরুবদা পুক্নিং হুথরে।
কোকথক্তা ব্রাহোংগী চুবা মালতিপরেংনা য়েৎলবা।।
লাইবক্কী কেশর চন্দনবু উবদা মরোল অহুম শুমহৎলি।

অশংবা মণিগুম ফজবা চাইরুংদা মণিনা হায় হুম্না ঙালবদা ॥
ঙাগী নিংথৌরেলনি হায়রহুনা ঈশিংদা লৈবা জীব পুন্নমক।
পুখ্রি তুরেল থাদোক্কুনা ঙায়াম পুম্বা লোইনা পায়শিলক্লে।

উরুবদা মহাদেবনা ধ্যান কাইবা শক্তমনি।
ব্রহ্মানা বেদ থিবদা ময়েক কাউবা শক্তমনি ॥

কিঙ্কিনী নোপুরগী খোঞ্জেন্না তাইবং পুম্বা শুমহৎলবা।
গিবি ধারিগী চরণ থম্বালনি মীবাগী থম্মোই লন্নি ॥

## আড়া

লৈতে লৈতে হরি নামগা চাংদমনিংঙাই অমা লৈতরে।
আগম নিগম ভাগবত পুবাণ পুবাণ তবানিপান্দা ॥
থিকবদা লৈতরে তীর্থ চৎপা ব্রত তৌবা যজ্ঞ তৌবা।
দান কৎপা মান্নবা লৈতরে হবি নাম শোলবগা ॥
শ্রীকান্তনা হায়জৈ তাবিযু জীব পুম্বা হবি নাম চিন্তামণি তত্ত্বনা শোল্লু ॥

শকনিংবা ঈশৈ মথং মথং ... .



# দেবী পূজা ঈশৈ

## রাগ সিন্ধু – খেমটা

অনর্পিত চরিং চিরাৎ করুনা অবতীর্ণ্য কলৌ।
সমর্পিতু মুন্নতোজ্জল রসাং স্বভক্তি শ্রীয়ং ॥
হরি পুরট পুন্দর দ্যুতি কদম্ব সন্দি পীত।
সদা হৃদয় কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দন ॥

### এক তাল

কীর্ত্তনগী মণ্ডণস্থ খংজদে ভক্তিগী পোকফমস্থ লৈজদে।
কীর্ত্তন তম্বীয়ু প্রেম পীনবিয়ু তোল্লবা ননাই ঐখোয়দা ॥
ঙসি কীর্ত্তনদা গৌর নিত্যাই গদাধর অহুম পুন্না ঙানবিরবো।
পুজা কচ্চগে নিংজরি শ্রীনিত্যাই গৌরহরি ॥
কচ্চনিংঙাই পোৎলমদি লৈজদে কচ্চবা খরনা পেনবীয়ু।
মিংকী পিনা চরণ শেংজগে ভক্তিনা চরন্দুদা পুজা কচ্চগে ॥
শ্রীমুর্ত্তিবু থম্মোইদা থমজনা কীর্ত্তনগী ময়াইদা লেপচরি।
পুজা তৌজগে ; পুক্কিং তুলশী ভক্তি চন্দন কত্তুনা ॥
থম্মোই সিংহাসন্দা চরণ থমজত্থনা চরণত্থদা।
খংজদে খংজদে চরণগী মণ্ডণ ॥
য়েংনা ওইনা করি করি গুণ লৈবা অনি পুল্লগা করি গুণ লৈবা।
করম্বা চরম্নো বলিগী মকোক্তা ; করম্বা চরম্নো কালিগী মকোক্তা
যোগিনী নিংই চরণত মহাই ; মুমিনা নিংই চরণত মহাই।
করম্বা চরম্নো জাহ্নবী গঙ্গা পোকপা ;
খংজদে খংজদে চরণগী মণ্ডণ ॥

# গৌর শক্তম

## শ্যাম কৈল্যান — খোইড়া

নৌনা ফজুবা চন্দমা লৈতেংবা ;
গৌরগী শক্তমা পুক্নিংসে চিংথরে ।
ফজনা নৌরবা মুংশিবা শক্তমি ;
শাগৈ মৌশিংগী পুক্নিংবু হুরাল্লি ।।
নদীয়াগী থাজনা সন্ন্যাসী ওইরবে ;
বাধাগী ব্রাখন্দা অঙাউবা ওইরের ।
হবি হরি শোল্লি প্যাম্বোম ব্রাংনা থাঙ্গৎলি ;
অঙাউবগুম লৈমাই থক্তা থরো থরো ওল্লি ।।

### খোইড়া

ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা কুচু উরেনে ঐনা গৌরাঙ্গবু ।
সনাগী কুচুনা মপান্দা য়োমলে অশংবা কুচুনা মমুংদা লোৎলে ।
ব্রাখল শাথেক উবদা মাবু মুম্না খংলেনে ।
বাধাগী মবুংঙো শকহেনবা কৃষ্ণ ব্রজগী শকফমদো ।।
পুমলোৎ লোৎখবে ; লোৎপদা চিৎথবে খোই খোইবা মিংয়েং ।
মুংশিবা মিংয়েং উবদা খংলে ব্রজ রাজনন্দন কৃষ্ণনি হাযবা ।।
ব্রজগী নৌরবী ব্রজগী নৌরবা অনিনা অমত্তা ওইববিবনি ।
বাঁশিনা বাধা বাধা খোংলম্বদো বাধা প্রেমগী লমন হবি নাম্নি
ব্রজদা ওইরমই অমুবা থাজ খোংলমই মুংশিনা ঙমহৎপা বাঁশি
হায় অঙকপনি হবি হবি শোল্লি হবি নাম্না তাইবং লালবীবরে ।।

## শ্রীহরি সঙ্কীর্তন শৈরেং পরেং

## খোইড়া

মতম পুম্বদা মুংঙাইবা হৈবী ইমা।
তাইবং পুম্বা শুমহৎলিবী মহাকালি ইমা॥
যুগ যুগ খুদিংদা লীলা শাম্নবী অচুম্বা অরেপ্পা লেংদবিনি
ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা শিলবা থুংনা লৈবী, মীকোক পরেং॥
কবিগী শিবিবা ইমা ইমাদি জগৎকী মমানি।

## স্তুতি শ্লোক

হে দেবী জীব পুম্নমক্কী ইমাগী মশক ওইরিবী।
য়োকপী থাকপীবিবী খুরুমজরি খুরুমজবি খুরুমজবি॥
হন্না হন্না খুরুমজবি।

## আড়া

ওঁ কাবগী মশক্তি নংদি জীব পুম্বপী থোরুফমনি।
য়োকপী থাকপীরিবীনি জীব পুম্নমক্কী ইমানি॥
যাদা নাপী চিক্লত্নুা শ্রীচবন্দা খুরুমজবী।
ইমা ইমা ইমা অপোকপী খুরুমজরী॥

## দেবী আরতি — আড়া

জয় ওইরি আরতিনা দেবী ইমাগী।
চংজবিবা মনাইশিংগী অকিবা কোকহঞ্জবিবী॥
লংলবা ফজবা সনাগী ফিজোন্না লৈতেং ওইরিবী।
শিংগ্রেং সিন্দুব লৈতেংনি খৌবিদা মণি লিকথাংনি

ব্রহ্মা সোরারেন্নচিংবা লাইয়াম পুম্বনা খুরুমলিবী।
খুবাং তরা লোন্নত্নুনা সিদ্ধ মুনিশিংনা মাংদা স্তুতি কৎলিবী ॥
মোইবুং ভেরী শরিক বেনু কাংশি তোইনা তোইনা য়ৈরিবী
লাইগী লাইরেম্বীশিংনা চামর থৌগল তৌজরিবী ॥
রাম প্রসাদ দাসনা খুরুমজরি ইমাগী চরন্দা।
মপোক মপোক খুদিংদা শ্রীগোবিন্দগী চরণ কাউহনবীগনু ॥

## দেবী প্রার্থনা – খোইড়া

চানবীয়ু ইমা ; থৌজাল হৈবী ;
পুক্নিংগী লৈরাং কচ্চরি চরন্দা।
হৈখাগোক মনা ; লোইননা গঙ্গাজল ;
কচ্চরি শ্রীচরন্দা ॥
জবাকুশুম ; লৈহাও কেতুকী ;
লবঙ্গ মালতি পরেং।
অঙাংবা থরো, অঙৌবা থম্বাল ;
মনা চামনিপাল কচ্চরি চরন্দা ॥
ইমাগী থৌজালনা ; শ্রীরাম রঘু বীরনা ;
লঙ্কাগী রাবণবু লালবীখি।
গোকুন্দা গোপীশিং ; ইমাগী থৌজালনা ;
ফংজখি নন্দগী মচা কৃষ্ণবু ॥
হে ইমা কট্যায়িনী ; শ্যামাদেবী জগদম্বী ;
ভবানী দুর্গে।
হে বৈষ্ণবী শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈজবা পীনবিয়ু।

য়া দেবী সর্ব্ব ভুতানাং মাতৃরুপে ন সংস্থিতা।
নমতস্মৈ নমতস্মৈ নমতস্মৈ নমঃ নমঃ ॥